মাইকেল মধুসূদনদত্ত

দত্তবংশ মচা কবি শ্রীমধুসূদন
যশোর্দা সাগরদাঁড়ী কবতক্ষ-নাক্কা
জন্মস্থান্মি , জন্মপিতা দত্ত মহামনা
রাজনারায়ণ নাম, জননী জাহ্নবী।
বেদপক্ষ বসু বিধু খৃষ্টাব্দগী শশী
থাগী ভূত নেত্র সূর্য্যপুত্র দিক্ষা ভূদা।

# ভূমিকা

কৃষ্ণকুমারী নাটক—মাইকেলগী ঐতিহাসিক বিয়োগান্তক রূপক ( A tragedy ) অমনি। অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইব পদ্য অমসুং গদ্য—য়াম্লবনি। মণিপুরী কাব্য ভাণ্ডারগী লন্ অমা ওইনবা ইজবনি। মূলদি গদ্য ওাক্তনি। সুধী পাঠকশিংদা লাম্বোকচরি। ইতি

অনুবাদক

মাইকেলগী ফাওবব ঐতিহাসিক নাটক "কৃষ্ণকুমারী" শ্রীযুক্ত লৌরেম্বম ইবুঙোয়াইমা সিংহনা মণিপুরীদা পুথোকপিবক্তনা সাহিত্যসেবী অমগী থৌদাং পাংথোকপিরে। "কৃষ্ণকুমারী" মণিপুরী সাহিত্যদা শ্রীইবুঙোয়াইমা সিংহগী মমল য়াম্লবা খুদোংনি। ঐনা আশা তৌই ইযাম্বা অসিনা মাগী পুন্সিগী লেম্লিবা মতম্ খর অসি, ভাবতকী মমল্ যাম্লবা লাইরিক্শিং ইরোন্দা পুথোক্পিবদা শীজিন্নবিগনি। "কৃষ্ণকুমাবী", "পদ্মাবতী" ফংহন্বিবগুম্না মণিপুরী নহাবোল্শিংবু মচা-মনাওগুম্ নুংশিবিহ্নুনা ইয়াম্বা অসিনা মথং মথং মমল্ লৈব লাইবিক্ কয়া পাহন্বিরজনি হায়না নিংজৈ। ইতি

তাং ৫ | ৬ | ৬৭ ইং

শ্রীনীলমণি সিংহ
কোংবা বাজার

# চরিত্রশিং

## নিপা

| | |
|---|---|
| ভীম সিংহ | উদয়পুবগী রাজা |
| বলেন্দ্র সিংহ | মনাও । |
| সত্য দাস | রাজমন্ত্রী । |
| জগৎ সিংহ | জয়পুর বাজা । |
| নাবাযণ মিশ্র | রাজমন্ত্রী । |
| ধনদাস | বাজ সহচব । |

ভৃত্য, বক্ষক, দূত, সন্ন্যাসী —নচিংবা ।

## নুপী

| | |
|---|---|
| অহল্যা দেবী | ভীম সিংহগী পাটেশ্বরী |
| কৃষ্ণকুমাবী | ” কন্যা । |

তপস্বিনী, বিলাসবতী, মদনিকা ।

---



৩-৫-৬৭

শ্রীচৈতন্যসিংহ নাম লৌরেম্বম্বংশনি।
জননী অরুণাবতী, জনক রিপুজিৎ॥
চন্দ্রাকাশ গ্রহ শশী খৃষ্টাব্দগী বসু।
থা, রস তাং, কুজবার বসুধা তথাক্তা॥

লৈনিঙিঙ হৌজিক্কি। সন্ধ্যা মতুংদা পত্রশিং,
অসি য়েংবা য়ানিদনা ? মুসলমান্শিংনা
নত্রে মহারাষ্ট্র লান্মী লানদা রক্লি দনা
নগর অসিদা হৌজিন্নক্কি —

ধনদাস চঙলক্পা ধনদাস

নত্রা, লাউ, লাউ, মুণ্ডাইরিত্রা ?

ধন। অজ্ঞা, মহারাজে
তোল্লবা ননাইনি। করি অমঙ্গল লৈনি
ননাইগী, সনা চরণ কৃপানা ?

মন্ত্রী। মথন্তদা হা প্ৰ ল্লে,
খারেদা! খুং থাজিল্লরেনা হাক্ক জবদা!
য়াররোই থবক্ অমত্তা, কর্ম্মনাশ। অসি
হেক লৈরিমখৈদি। দূর! চত্তুম চংলগেদা।
হৈনিংদবে মতুং ইম্বা বাদনতা তোক্পা।

থোক্খিবা

রাজা। অহুদি করিনো ঈ-পাউ, হায় ?

ধন। নোম্লিহুনা মহারাজ,
মধুপান তৌবিরেদো অমুমুক্ শিংশিংনা
নিকুঞ্জ বন অসিগী লৈরাং খুদিং শুনা,
অনৌবৈ মরক্তা খালি কেংগে, শাগোল্লহিদাক্
নচিংব—লৈরাং খরত ভাইরে মশক্ খিব।
কদায় ? উদ্রে নৃপী অমত্তবু মহারাজে
মত্তিক্চাব জয়পুর অসিগী মন্নুংদা।

রাজা। কন্নি য়ানো 'হুদে ? ঈশিং কংলক্রা সাগর ?

ধন । কন্নি হায়নি, মহারাজ ! বিশ্রাম তৌদনা চুপশিন্নদি অসিগুম্ব * অগস্ত্য মুনিনা ঈশিং লৈগদরা অমুক্ সাগরদা ?

রাজা। 'হুদি মেঘরাজ 'সিগী কন্নি, হায়ু উপায়নো ?

ধন । অজ্ঞা, চিন্তাবিন্নু মহুইদমক্ । বসুমতী অসিদা অমত্তা নত্তে, তরেৎনি সাগর।

রাজা। নঙ্গী বা তাবদা, ধনদাস, খোয়রাংলক্লে য়াম্না ঐগী মনঃ অসি । কন্নি উপায়নো 'হুদি হৌজিক্, হায়যু ?

ধন । অজ্ঞা, হৃঙ্গচ্চগে তুংদা উপায়গী রারম্। সনা মিৎক্লেং তাবিখিসি হাম্নহুম্ চিত্র অসিদা। ম্না মিৎয়েং তাহন্গে অমুক্কং, পুজরক্পনি ঐনা মসি 'সিদা।

রাজা। চিত্র য়েংলগা।

বাঃ, কনাই প্রতিমুর্ত্তিনো 'সিদে ? অসিগুম্ব রূপ্তি উখিক্সিনা ঐদি কদৌঙৈদা।

ধন । করম উদগে মহারাজনা ? অসিগুম্ব রূপ্তি, উরম্মোই কনামতনা কদৌঙৈ জগত্তা।

রাজা। হৌইনে। আঃহা । চমৎকার রূপ্তি কয়াতনো।

* পুরাণগী অগস্ত্য মুনিগী বাব্রি।

ধনদাস, পুখ্রী করম্বদা শাংলিবনো
কমলিনী অসি হাযবা ওম্‌গত্রা ঐঙোন্দা ?
হৌজিক্সক্ পাইখ্রুগে ঐহাক্ অদু ওইরবদি
মাগী নাক্তা নুংশিজোনা।

ধন। অদুক হাথ হাথু
তৌবদা করি কান্ননি মহারাজ ? মসি
য়াম্না লায়ব থবক্ নত্তে। অমৃত অসিদি
চন্দ্রলোক্তা। রুদ্র চক্র লৈরি দিবানিশি
মসিগী মাইকৈ মরিদা। তুমিৎ-কাঙ ফাওবসু
পাইশিবা ওমদে মসিগী নাক্তা।

রাজা। কদোদনা ?
বাবিদু কবিনা, হায়ু

ধন। অজ্ঞা, মহারাজ—

রাজা। হায়ুনা কেত্তা কৈদোই ? কবি দোষ লৈগে ?

ধন। উদয়পুরগী রাজনন্দিনীনি মহাক্
মহারাজ,—মাগী মমিংনা কৃষ্ণকুমারী।

রাজা। ইঙক ওক্না
অং অং। চিত্র য়েংদুনা
ধনদাস, নংনা হায়খিবদাই, *সুধা
অসিদি চন্দ্রলোক্তা লৈ, অচুম্বনি মদু।
অহা। রাজসিংহ কয়া কয়া পোক্‌পিথিব
অচোব বংশ অদুগা বংশ'দুগী মিংচৎ—

* অমৃত

মনম্না ভারত ভূমি অ সি শিঙ্গুংলবা
পুন্সিগী, বংশ অহুদা উপমা লৈ ড বী
'সিগুবী কা মি নী পোক্লুবদি, পোক্লগে
কদায়দবু ? পারিজাত লৈরাং শে খি র ম
নন্দন কানন্দা বিথিছনা শে খি র মে
কুমারী অ সি বু উ দ য় পু র গী রা জ
কুলগী লাইবক্কী টিকা ওইনা অঃ হা য়েঙু,
ধনদাস—

ধন । সনায়াথং—

রাজা । নংবু বংশ মণি
বাপ্পারায় 'সিগী নাম অশেংব থ ও ব রা ?

ধন । অজ্ঞা, খওজদে ।

রাজা । মী থ্বাইনা বাপ্পা খোল্লি তরাম্
তরাম্না মহাপুরুষ অ হু বু, ম হা ক্বী
অশেংব নামদি শৈলরাজ কৌই । আঃ হা !
শৈলরাজনি হায়বদো— খওলেদনা শেংনা
চিত্র অসি হেক্ উবদা !

ধন । করম্না, করম্না,
মহারাজ ?

রাজা । মূ র্খ মা র্কা ! ভগবতী [illegible]
পোক্পিখিবদাইনে শৈলরাজগী [illegible] ?

ধন । মথন্তদা [illegible]
খোইদদি থুরে ঙা ভায়া । যেসা-উপায়না

হৌজিক্ মাবু কণ্ঠান্ য়োংহল্লগা লোইরেদবা।

রাজা। খেঙ্ ধনদাস।

ধন। সনা য়াথং, মহারাজ।

রাজা। চিত্র অসি পীরোদো মং ঐঙোন্দা —

ধন। ননাইদি, মহারাজ, ননাইনিনা, লৈজব পূম্নমক্ মহারাজগীনি। অ দ্ভু দ্র ক্তা — অদ্ভুদ্রক্তা—

রাজা। অদ্ভুদ্রক্তা, হায়্ —

ধন। অস্তা— ননাইগীদি নত্তে চিত্র অসি, ওইবদ্মদি কংলম্নি হৌজিক্লক্ মহারাজ গ্না চবন্দা। ঐগী খঙ্ অমা উদয়পুরদৈ লাক্ই নগর অসিদা। চিত্র অসি মা না য়োম্নবগী পী র ম্ব নি ঐাঙান্দা।

রাজা। কৈদনা। মতিক্ চাব মমল্ নঙ্গী খঙ্ দা পীরগা অদু নঙাইদনা?

ধন। মথস্তদা। কৈদা লিংজদগে? থুবেদনা হন্দক্লু ক্তি লাংদা কোংনা অস্তা, কৈদো য়ারোইদগে? য়োম্নবগী লাক্লে মহাক্, মমল্ মতিক্ চানা ফংলবদি কৈদো-পীজোইদগে? অদ্ভুদ্রক্তা, খর য়াম্নম্নাক্লে মানা হায়রিবা মমন্দো।

রাজা। ধনদাস, চিত্র

অসিদি ম ম ম্না ই দ ব র ত ন অমনি।
করে, হায়্ তাসি, কয়া হায়রি নং-বন্ধ্না?

ধন। মথন্তদা
মমম্লাইদব রত্নকো? 'হুদি কৈদৌ অ মু ক্
কিরূদগে? কোংনা
মহাবাজ, মানা লৌনিংবদি
মোহর লিশিং কুন্। সিদৈ তানা ব'কমতা
য়োন্নিংদে। মী য়াম্না লিশিং তরা তরুক্ ফাওবা
হুল্লম্মে অহুব্ মানা মহুদা—

রাজা। করে নে,
পীবা তাবেদনা মানা হায়রিবদো 'হুদি।
ট্রেজয়ারদা সেসে ঐ চিঠি অমা পীগে,
মঙোন্দগী পৈশা অসি লৌরগা পীরুচো
নঙ্গী বন্ধ্দা। কদায়নো? ই-শ্খাংনব পোচৈ
অমত্তা লৈতেনা সিদা।

ধন। মহারাজ, সন-
মাথং লৈ র ব দি পু জ র কে পুন্নমক্তু
হৌজিক্ হেক্ ননাইনা।

রাজা। পুন্নক্উ অহুদি।

ধন। অচ্ছা,
পূজয়রে। খোক্থিবা

রাজা। মথন্তদা ম হারাণা ভী ম সিং হ ম কী
অসিগুম্ব শুন্দরী কন্যা'মা লৈ- হা য় ব সি

মণ্ডদসু মণ্ড্লমদে ঐদি। হে * রাজলক্ষ্মি, নং
ঋষি অথোইব কনাগী শাপুগী লৈরিবা
সমুদ্র লৈখা অসিদা ?

মুকুন্দ-কলম-নচিংবা পুন্না ধনদাস অমুক্ চঙলকপা

ধন। লৈজরে অসিদা,
মহারাজ। রাজা ফবা অমসুং ইবা মথন্তদা
মহৈ য়াল্লে অহোব মক্তদা
মন্ত্রণাগী। য়েংবা তাবে হৌজিক্ করি তাবা
মমৈদা দোষদি লৈরোই খুজিন্ থৌরাংদদি।
অঙ্গবু অতৈ করিসু ওইদ্রবসু, খণ্ডলে
কাম্নিদো নোংমতা লেল্লবশু হুরাহগী
ফত্তববু করি লৈগে ? খরচ তিংদনা
কয়াত তোংলবা ?

রাজা। লৌরা সেসে! পত্র পীবা

ধন। মহারাজ,
শ্রীযুৎ দাতা কর্ণ মক্লি।

রাজা। ঐঙোন্দা নংনবে
পীরিব মমমাইদব রত্ন 'সিগীদমক্
পুন্সিগী লম্মন্ তোল্লেদো নহাকী ঐহাক্না।

ধন। মহারাজ, ননাইনিনা শ্রীযুৎকী ননাইদি।
সনা বুদ্ধি তৌবিয়ুদো, ননাই সিগী মরা

* দুর্বাসাগী শাপুগী চন্মী স্বর্গদগী সমুদ্রমথাদা লৌথি। সমুদ্র মহুত্তা স্বর্গদা অমুক্ হন্থি।

লৌ বি র ব দি শ্রীযুৎনা, নূপী রম্ব অসি
ফংবিগনি ইরাই লাইনা।

রাজা। হোগৎলগা করি, অওইবরা,
ধনদাস? ঐগী-ই রা ই ব ত্তা থোক্কদরা
ম হু ম্ব বু?

ধন। মহারাজ, উদয়পুরগী—
রাজকুমারীগা বিবাহ তৌ ন বৈ ইচ্ছা
ফো়দোক্‌পমক্তদা, শিরিযুৎকী আ শা অত্থু—
মহৈ য়ানৃগনি শোয়দনা, চিংননিঙাই লৈতে।
নবুবৌশিংসু বিবাহ তৌথি কয়া ক য়া
বংশ অসিদা, অদুগা শাগৈদা, ই জ্জ ত্তা
শক্তা, গুন্দা—হিরম্ পুম্নমক্তা শি রি যু ত্তি
যোগ্য পাত্রনি কুমারী কৃষ্ণাগী। *কৃষ্ণাবু
পৌরব মণি পার্থদা পীনবৈ থৌ রা জু ম্
মহারাজ দ্রুপদনা, তৌগনি ম হু গু ম্
মহারাজ ভীম সে ন্ শিরি যুৎকী নাম
তাবদা।

রাজা। হোই—উদয়পুর রা জ বং শ দা
বিবাহ তৌরম্মী—চু ম্মী ইপা-ইপুশিংনা,
'হুবু মহারাজ ভী ম সে ন গর্ব য়া ম্না
ত্তোই, বিযয়সি মানা য়াবিগ্রব্দি, ঐগী
মান লৈররোইদো অদুদদি।

*মহাভারতকী প্রসঙ্গ

মহাক্কা তাঁনগদব।

মন্ত্রী। কম্নগা তাকৃপিসি ম্না য়াখং

রাজা। য়েঙ্‌, মন্ত্রী, মহারাজ ভী ম সিং হ গী বু মচা-মণ্ড কৰা লৈ-লাকৃপয়া ?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, হোই, লৈ।

রাজা। নিপা কয়া, নুপী কয়া, খঙবরা মন্থ নং ?

মন্ত্রী। অজ্ঞা খঙজদে ননাইদি, ননাইনা তা ব দি রাজকুমারী কৃষ্ণাগী মমিংতনি।

ধন। চুম্ব।

মহাশয়, রাজকন্যা কৃ ষ্ণা য়া ম্না ফ জে হায়ববু ?

মন্ত্রী। হোই মীনা হায়নৈ— *যাজ্ঞসেনী খয়ং লেঙ্‌থবিরে অমুব্ হন্না পৃথিবীদা।

ধন। হৃদি

মহাশয়, ঐথোয়গী ম হা রা জ গা রাজ—কুমারী অ সি গা লু হৌং ন ব গী কৰিগী হোংনবিত্রিবা ? প্র ত্য ক্ষ ন র না রা য় ণ অবতারনিনা ম হা রা জ ম গ্ল্।

মন্ত্রী। ক রি

চিংনদগে! অদ্ভুত্তক্তা বাধা খরদ, লৈ মসিদা!

রাজা। করি বাধানৌ ?

*দ্রৌপদী

মন্ত্রী । অজ্ঞা, মহারাজ,
†মরুদেশগী স্বর্গীয় বীর সিংহ রাজা
অহুগা রাজকুমারী 'সিগা লু হোং নবৈ
হায়ন-খোৎনরম্মী, তু্‌দা অকালদা মহাক্
লৈখিদবদগী-পাঙথোক্‌খিদ্রে থবক্ অহু ।
মথং মথং অম্নুম্ ঐনা তায়, দেশ অহুগী
হৌজিক্ পাল্লিব মানসিংহনা লুহোঙ্গনি
হায়রি কন্যাসিবু ।

রাজা । অচুম্বরা ? থীক্লেম্বনা
খা লাম্ববা ! মানসিংহ-অসিনি মরুম্বী
অমগী য়োকচব মচা,—খ্বাইনা খভিগু রাসি ।
অহুগা লুহোংনিংলিবা কৃষ্ণকুমারীবু
মানা ? কয়াত ওকৃখ্রবা ! ফত্তব রাবম্
যোগ্যপাত্ররা বৈদেহী *জানকীগী ? য়েঙু ।
মন্ত্রি, উদয়পুরদা মী থাও, নং হৌজিক্লক্ !
রাজকন্যাসিবু লুহোঙ্গনি ঐ শোয়দনা ।
হৌগৎলগা
করিগুম্ব অত্যাচার তৌরবদি 'সিদা
মানসিংহ-হুনা তোক্লোইদবনি খক্ ঐদি
মতিক্ চপচাব দণ্ড পীদনা মঙোন্দা ।

মন্ত্রী । ধর্ম্মাবতার । হৌজিক্‌পু ইমুং মন্নুং থৎন-
চৈনম্ব মতম্না ? য়েংবিযুদো, মাইকৈ মরি

*রামায়ণগী প্রসঙ্গ । †মারবার

নোংম-নোংমৈ কনুথংলক্লি দেশ বৈবিদল।

রাজা। অঃ হা! দেশবৈরীদল। নং-সে পুমডাও ডাওরে দে শ বৈ রী দ ল গী য়্রাখন্তা খ য দ য়ী! অমনা দিল্লী স ম্রা ট, হু লৈ ত র ব্রী য়ি মহাক্তি হৌজিক্। অতুপা ম হা রা ই শি ঙী রাজা হায়বা য়ায়া শোভী। *শেন্ থুম্ খরত্তবু ফংলবগি হেক্তা পেঘী মাল্লি। 'হুনা চংলু । হৌজিক্ নং বিধি কায়দনা হুত খাখবোদো। করি ম তি ক্ লৈদগে মান্নিংহনী, মান্না ঐগা মকুবা ?

ধন। মী তাহন্দনা দাসবু, ম হা রা জ, 'হুদি ফরোইদ্রা থাবিরবদি ?

রাজা। মী তাহন্দনা য়াম হৈনা অতুদি। মাং ফুব ক্ষেত্রীনি নংদি, মহাম্ করি তানি ন. চংপুদা ? ফোঃনা

য়েঙ্., মন্ত্রি, উদয়পুরদা ধনদাসবু থাখোদো।

মন্ত্রী। মাক্তা', ম হা রা জ।

ধনদাসরোমদা

মহারাজ, 'হুদি ঐগা চংলগি লাকুশিরো। লেপরুরসি বি ষ য় অ সি মী কৌ দ র অমা।

রাজা। চৎলো, ধনদাস।

ধন। অজ্ঞা, মহারাজ।

মন্ত্রীগা ধনদাসগা থোক্‌খিবা

রাজা। কোয়চ্চৎলগা, মথন্তদা

অ হা, ঐগী ইরাইবক্তা লৈরিব্রা অতাওব রত্ন অসিগুম? করে য়েঙ্গে, বি ধা তা না করি তদ্বা। ধনদাস য়াম্না হৈ-শিংবনি, কর্ম্ম অসি শুমত্রবদি নিংথিজনা মানা, শুমদগে অতৈ কনানা?

ধনদাস অমুক্ চঙ্‌লকপা

ধন। মহারাজ,—

রাজা। কৈনো,

কৈদোরে হল্লক্লবদি?

ধন। অজ্ঞা, রা অ ম দা মন্ত্রী মহাশয়গা মোং মা য় দ রে ঐগা লাক্‌চরিবনি মহূগী রাজ সনা মা ঙ্ দা।

রাজা। করি রানো?

ধন। অজ্ঞা, ননাইগী বিচারদদি সৈন্য থর লোয়নবা কৈ, 'হুব মন্ত্রী নদি আপত্তি তৌরি মসিদা,—পৈশা য়াম্না তিংনি মহু তৌরবদি।

রাজা। হা! হা! হ মু র ক্ল ব দি অয়ুম্ পেং চোউরক্ই। 'হুদি মন্ত্রীনা পাম্মিব্জি

নং নথম্ত চৎলু ?

ধন । অঞ্জা, মঙ্খা তাইদনা ।

রাজা । কয়াত ইকাইব য়ানো ! অমরোম্দা য়াম্বা পোঙলিবনি মহারাজ ভীমসেন, ’হৃদা বিষয় অসিদা সীত্র খিত্তং হেক্ লৈ ব দ্বা, থক্-খা ওম্নকনি ।

ধন । অঞ্জা, অচুম্ব য়াকল্লি ।

ননাইনস্থ হায়জরস্মি মহু ।

রাজা । আচ্ছা — হা য় ক

নহাক্ মন্ত্রীদা য়া অসি,— নহাকা লোয়ননা শগোন্ চামা, শামু মঙা, ’হৃগা খোঙ্মী লিশিং অমা থানবা । মসিদা লীক্লবদি—থবক্ খোক্লোই ।

ধন । মহাবাজ, শিরিযুক্তি ইন্দ্রনি প্রভাপ্পা, কুবেরনি লন্দা, ’হৃগা বু দ্ধি দ শু স্বয়ং বৃহস্পতি অ ব তা র ! স্না বুদ্ধি তৌবিয়্, *দেবরাজ বা স ব না স মু দ্র ম স্থ ন তৌহ্না, অমৃত কং নিং ল ক্ পা মক্তম্’হৃদা, মা-মথস্তনা তৌরম্ব্রা হৃক্ চাউব থবক্ক ?

রাজা । য়েঙু, ধনদাস,—

ধন । তাক্পিসি স্না য়াথং—

রাজা । সে সে,

*পুরাণগী য়ারী

নংবু ঐনা থাংবিনি, *দময়ন্তী নাজা দূত থাবিখিবগুম্না নৈষধগী রাজা নলনা রাজহংসবু । য়েঙু, ধনদাস, নিষ্ফল ওইদনবা তৌকো ঐগী কর্ম্মসি ।

ধন । মহারাজ, প্রাণ থাগদবা লৈরবস্থু শ্রীযুৎকী কর্ম্ম তৌবদা, তৈয়ারনি ননাই অসিদি, অদুবু নিবেদন অমতং দি লৈজে স্না চরন্দা ।

রাজা । করিনিনা ?

ধন । মহারাজ,

নল রাজানা থাখিব হংস দূত 'দু দি সনাগী মশা পাল্লি দা, ননাইসিগী মহু লৈত্রা মহারাজ ?

রাজা । নোঙ্খিচুনা সেসে লৌবো খুদোপ্ অসি ।

ধন । মহারাজ, দাতাকর্ণ স্বয়ং নি শ্রীযুক্তি !

রাজা । অদুদি করিগী অমুক্ পল্লিবা ? মন্ত্রী দা হায়রু নং, ঙসিমক্ যাত্রা তৌননবে থোরাং তৌববা ! চৎলো খিল্লনু । †বিলাস কানন্দা চৎলগে ঐ হৌজিক্ ।

ধন । মথক্তদা চংলা হৌজিক্তু নংনিং তৌনা চৎনিংবু মুকম্‌দা । সোইরে তৌনিংবদি ঐনা । কোয়চঞ্চৎপা

*মহাভারতকী বাখী ‡Pleasure Garden

ধনদাস অচম মী নত্তে। কৈ ন শী নো উদয়পুরগী বা সি য়া অ ম দৈ চি ত্র, কৌশল তৌত্নুনা, ইথুং চন্দ্রম্ম্যেদো মমন্ ঈয়াউ-য়াওদগুয়া, 'হৃদৈ মহ য়োম্মোক্তনা য়াজাদা, পৈশা কয়াত ফংলবা। সামান্য থুজিগী কর্ম্মরা 'সিবু। হা। হা। হা! মোহন জিশিং কুন্! হা! হা! হা! ফরকগী থুদোক্সিয় তোংজরবা! য়েংলগা

বাঃ বাঃ। চমৎকার মণি-নিনা!

ঐগী ইবুঙোম্ উ থি র ম্মো ই থক্ অম্মুদ মমন্ য়াম মণি! অমা-অমা ও ই য় স ম, ধন্য ধ ন দা স! করি থিত্তাবু তম্নকপা! পাঞ্জিশিংনা হায়নৈদনা—রবিদেবৈ সেবা তৌত্নুনা গ্রহ ময়াম্মা তেজ ফংজে মাগী কৃপাদগী, নিংথৌ মনাইনিদনা ঐখোয়সু; রাজপূজাদা ঐখোয়না পৈশা কং দ্র ব দি ফংদগে অতে করিদা? অম্মুন্ তৌদোবনি! অহুগনে, হৌজিক্ কাল 'সিদা পুক্চেল্ য়াম্না তিংলবদি থবক্ য়াত্রা? কবিগুম্ব কান্দা মীগী মিথ্যা গুণ শকপা তাই, করিগুম্বদা দোষ-থৈজিবা তাই শত্রুংদা, কনা অমগী মন নুঙাইহবা তাইদো ওইদব য়া থম ওাওত্নুনা অহুগা কনা কনাগী ম য় তা

খৎনহন্বা তাই অমগামগা, সংসারগী নিয়ম মসিনিদনা। হায়বদি, যেসা 'মা তৌহনা কার্য্য উদ্ধার তৌবা তাই ইশাগী। মহু তৌদনা, পুক্রিঙ্গী য়া হায়দোক্‌প মীহু মীয়া ? হুঁ। মাগী মনঃস্থ অক্ষানি লেপ্তাগী থোঙ্‌জিন্‌গা। অপম্বা লৈতে। চঙ্‌নিং চঙনিং মথৈ চঙবা য়াই! অসিগুম্ব মীগীদি চিঞ্জাক্ কংবা লুই ইহকালদা 'হুগা পরকালদদি— পরকাল কবি ? পরকালদদি মপা— মপু নির্ব্বংশনিদনা—কৈদৌনি হায়বগে ? হা! হা। চৎলগে, হায়না থুং চনখিগে পৈশা- ময়াম্‌দো, মতুংদা চংপা তাই মন্ত্রীগীনাক্তা আ' তম্‌খিব তিন্ধ অমনি মহুন্ত অমুক্। আচ্ছা, য়েংবা তারে, মন্ত্রী ভায়াগী মবুদ্ধি কয়া লৈবা। থোক্‌খিবা

---

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক।

### জয়পুর, বিলাসবতীগী য়ুম্

বিলাসবতী

বিলা। বযাত ঙবৃথ্রবা। কৈননো ঙসি মহারাজ অমুক্ থীল্লিবা ? স্বর শাংনাহোন্দোকপা আচ্ছা— কৈননো ঐনা অমুক্ মুংশিরিবা *লম্পট জগৎসি হ অসিবু ? নব যৌবন অসিনা উৎ চাইত্না পুন্সি চূপ্পা মীনাই ওইহন্বগে নীংলম্ব মী অত্নগী—দাসী ওইরেদনা তম্থিব মদনগী খুজিন্না। ঐহুম্ উচেক্কোনা লাংদা হুরবরা চিঞ্জাক্ থিবদা ? মহু নক্রবদি করিগীনো ঐগী মনঃ অমুক্ চরংনরিবা রাজা উদবদা ? স্বর শাংনাহন্দোকপা রাজা লেঙ্লকপা মতমদি ওইরেসে, ঙসি ঐগী শক্তি করম্ তৌনিবা কনা খঙ্নি ? মিংশেন্ মনাক্তা লেপ্পা

মদনিকা চঙ্লকপা

কোংনা মদনিকা হায়বি, যেঙোয়াউদো অমুক্ত, ভাই, ঙসি ঐগী ইশক্তি মিংশেন্দা করম্ উরিবা ?

মদ। অংহা, ভাই, সনা-থম্বাল্ শুম্মদনা অরাব পুখ্রিদা শাংপা ভাইখোদা, পূম্নমক্ত, লৈখিসহু। হৌজিক্ ঐনা হায়গে লাক্লিবা রা সিত্নম্ হায়া নিংথিনা তাখো।

বিলা। করিমিনা, ভাই ? মহারাজ লেঙলক্লমায়ে ?

মদ। মহারাজবুরা ! মহারাজবু নঙ্গী অমুক্ লৈরিব্বা লেঙ্বিরক্লবা?

*নূপীদা ওক্তব

বিলা। কৈদোদনা ? করিগী ? করিরানো ? করিদোরে, হায়
তাসি—

মদ । করি অমুক্ তাগগে ? ধনদাস হায়বত্থ, উরেদনা, মাবুদি
নংনা মুন্না খঙ্দেদো। ইকাই-নাইদব মাগুম বিশ্বাস-
ঘাতক অনি শুবরা ?

বিলা। করিগী ? কৈদোরে মানা ?

মদ । করিবু অমুক্ তৌদগে ? নংনা মাগী-উপকার তৌরিমখৈ
মা নঙ্গী ওইরম্মী, হৌজিক্ মাদি লম্বী অমদা কৈখরে।

বিলা। করি হায়রিবনো ? ঐদি নঙ্গী রাসিবু করিমতা খঙ্বা
ঙম্দরে।

মদ । করিবু খজদগে ? নংবু উদয়পুরগী রাজা ভীমসেনগী নাম
তারবরা ?

বিলা। করিগী তারোইদগে ? মহাক্তি হিন্দু চূড়ামণিনি, মহাক্তী
নাম্বু কনা তাদবগে ?

মদ । নঙ্গী প্রিয়বন্ধু ধনদাসনা, রাজাত্থগী মজাইবেম্মা কৃষ্ণাগা
মহারাজগা লুহোংনবগী হোৎনরিয়ে।

বিলা। রা অসি নঙোন্দা কনানা হায়রিবা ?

মদ । করিগী ? নগর অসিদা নং নত্তনা, ঐনা অস্থম্ খয়দা,
রা অসি খ্বাইমক্ খঙিঙ। ধনদাস মশামক্ হয়েং অযুক্
ঙম্বানা উদয়পুরগী যাত্রা তৌগদৌরি বিবাহগী রা-রান্
ঙাঙননবগী। কৈনো কৈনো ? নং কপ্পবোইয়ে ? ছি। ছি।
রা অসি ভাবদা কপ্পা হোনবরা ? মহারাজদি নঙ্গী
স্বামীদি নত্তেনা, নংনা করিগী লোয়বীবু কিদোরিবা ?

বিলা। চংখে্া, নং হৌজিক্ চংখে্া— কপ্পা

মদ । হাইমা! কৈনোসিদে? নমিত্তা পিবু পৈরেত্রনা! শুস্থোক্-পনিদা! ঐনা, ভাই, খণ্ডলম্লবদি, না অসিবু অমুক্ নঙোন্দা হায়রমদ্রা?—আদো, ধনদাস অসামদা লাক্লি। য়েগু, ভাই, নংনসে বিষয় অসি থিঙ্গে নি লবদি মতুগী উপায় হোংনৌ। নমিত্তা ঈরা চেম্বতনদি কৈ কান্নি? নঙ্গী নমিত্তা পি উবদা মহারাজনা পুংশিংবিদরা, নত্ত্রে ধন-দাসনা কিদবা?

বিলা। লাউ, ভাই, অতুদি ঐখোয় থর খৈদাক্তুনা লেপ্সি। ধনদাস আদা লাক্লে। য়েংসিদো, মানা অসিদা লাক্লগা কৈদোরবা? মরুম্দা লৈবা

ধনদাস চঙলক্পা

ধন । মথন্তদা হা। হা! মন্ত্রী ভায়ানা ঐগা লোয়ননা সিথাই ময়াম থাবা য়ায়া য়াদবনি, অতুবু ঐনা খুজিন্ অমা তৌবদগী ভায়াম্সু মমৈদদি ঐগী যোত অতু য়ারে। হা! হ! রাজামক্ ওইসনু অতুগা মন্ত্রীমক্ ওইসন্নু, ধন-দাসগী লাংদা ওম্নমক্ থুবা তাবানি! ঐমন্না ইশাগী থবক্তাদ কাউদবা! হায়বদি অহাৱদা সিফাই শঙ্গুগী থবচগা ফঙ্গদব পৈশা অতু খুৎ চঞ্জিন্গদবনি অতুগা লখীদা যেসা মফম্দা ফঙ্গদবতুসু থাদোক্লোই। মী অমুক্ য়ামা লোয়নরগবু অমুক্ কিগদ্রা? চিন্তা তৌবগা মহা-রাজনা বিলাসবতীবু তুংশিনবা অতুদি নোংম নোংমগী হুম্বরক্লে। হৌজিক্লি করি তৌনদগে? মঙোন্দগী ঐগী

উপকার করিমতা ওইবা য়াররেহি। অমুক্কা—নূপীসি পরম সুন্দরীনি। ভাগ—অমুক্তং করিগী য়েংঙেভাই? কোংনা কনা লৈ? বিলাসবতী কদায় লৈ? কদায়, কনাশু খুমদেনা?

বিলাসবতী অমুক চঙলক্পা

বিলা। কৈনো, ধনদাস? করি খল্লুরিবা, হাল্লুদনা অসি?

ধন। করিবু অমুক্ খল্লদগে, ভাই? নঙগী অওকপ রূপকী রাখস্ত খল্লমীবা!

বিলা। ঐগী অওকপ রূপকী রাখল? রাহৈসি নঙোন্দা কনানা তাক্পিরকুই, হাল্লুদা?

ধন। কনানবু তাকদগে অমুক্, ভাই? ঐগী ইমিৎ অনিমক্তা তাক্পিরেদনা।

বিলা। বেশ। বেশ! হে ধনদাস, নংশে *রসিক পুরুষ অমদি ওইরেদনা?

ধন। ভাই, ওইদনদি করিদি তৌমি? য়েঙঙ্দনা, গৌরীগী চরন্না শোকপদা নূং অমা মহাকপ্পদোনা নিংথিজেনা, ধনদাস 'সিদি নংমকী দাসনিদনা।

বিলা। আচ্ছা ধনদাস, নং মঙ্গা মহারাজ গা খুত্তা চিত্র অমা লূপা লিশিং কুন্দা য়োল্লি হাল্লুবো?

ধন। ঐ—মস্তে-মাস্ত। রা-অ-অসি নঙোন্দা কমা হাল্লরিবা?

বিলা। অমনবু হাল্লসনুনা কৈদৌই? রা অসি সন্ত্যানিদনা?

ধন। মস্তে, চুমদে। অসিগুম রাবু নঙোন্দা কনানা হাল্লরিবনো?

*রাইহৈ রাভা মুত্তাইৎ, Humorous

কন্নুনেম্লো ভাই ! আজকালদা লুপা সিঙ্গিং সুম্‌ কনাগা কনাদা পীনবগে ?

বিলা । সিনা অমুক্ কয়িনো ? মংনা ভাই, খুদোপ্‌ অসি কদায়গী কংলুবা ?

ধন । মথক্তা আঃ, নুপীসিদে, প্রোক্ প্রোক্ চাক্‌হনা হৌরে-দনা ? কোৎনা খুদোপ্‌সি মহারাজনা ঐঙোন্দা থম্‌-জিনবা পীখিরম্বী ।

বিলা । অওইবা ! অহুদি রা হায়গে । করে, ধনদাস, মরুভূমিনা আকাশগী ঈশিং ফ বদা যতন তৌনা থম্বগুম্না, নংনসু মহা-রাজগী করিগুম্ব পোচ্চে ফংবদা চেক্‌শিন্না থম্মী, নত্রদো ?

ধন । কনা খঙ্‌নি, ভাই ? নংনা কৈনো হায়রিবসি, ঐদি করি-মতবু খঙদ্রেনা ।

বিলা । খঙেভাই, কৈদো খঙ্গদগে ? নংদোনা সরল ওইনব মীদি অনি শুদে । ঐনা হায়বিবদি অসিনি—মরুভূমিদি ঈশিং হেক্ ফংবদা মহু চুরুপ্‌ চুরুপ্‌ চুপ্‌শিল্লিন্দা, নংনসু রাজাগী করিগুম্ব পোৎ ফংবদা মহুম্ তৌইদনা ? মহু চুম্মেদনা, হৌজিক্ অতৈ রা অমা হাঙ্গ । উদয়পুরগী রাজকন্যাগা মহারাজগা ল্যুহো নবা হোৎনরি হায়না নংনা ?

ধন । মথন্তদা সর্ব্বনাশ শারেদনা ! কৈ-অমোম্ অসিনা করম্না রা পুম্নমক্সি তাবন্সিবানা ?

বিলা । কম্‌দোরে *ঘটক মহাশয, তুমিন্ নৈবিয়বোইয়ে ?

ধন । নঙোন্দা ওইদব রা পূবগি কনানা হায়রিবা হায়ুদো ?

*Match-maker

বিলা। ওইদব যা ওইরবা ? ঐনা নঙ্গী চালাকী অদু অমুক্ কুইবসিদা মনুংথিংনা খুডলে, নংনা ঐঙোন্দা চংলিবা ব্যবহার অদুগা। থাঙা-শাঙা পুন্নমক্ অদু মহারাজ মপা নাকোং য়োরবদি, নহাক্পু উদয়পুরদা ঘটকী থবক্ তৌ-রুনবা থাদহনা, সিধা যমপুরদা থারম্নি ! খঙবরা মহু নং ?

ধন। হৌজিক্কি হায়ররনি মহু ন না ? নঙ্গী করি দোষনো, ভাই ? কালগী ধর্ম্মনি মসি! কলি কালনিদনা হৌজিক্কি ? উপ-কার তৌদো কনাগুম্বগী কাল অসিদা, মানা হন্না অপকার তৌই ! খন্দুনা যেঙউ, ভাই নংনা কবি ওইবম্ব, অদুগা করি ওইবিবা। হৌজিক্ নংনা নুঙাইবা ফংলি রাজ ইন্দ্রাণীগী, কনাগী কৃপানো মসি ? 'দুনা হৌজিক্ ঐগী বিরুদ্ধদা চুগলি তৌদ্রবদি চংনবি করম্না ? ঐগী ফত্তবা হায়দ্রবদি নংনা, হায়দগে অতৈ কনানা ? কলি কালগী নূপী অমনিদনা নহাক্ন।

বিলা। হোইনে, কলি কালগী নূপী ঐনা, অদুগা স্বয়ং কলি-অবতার নংনা। ঐঙোন্দ ন না মমাঙৈগী থা নিংশিং-হন্নিংলি, অদুবু অমুক্তং খঙ্গদুনা যেঙউদো। পুন্নমক্ অদু নং নশানা। পৈশা পামদুনা নংমকা ঐগী ধর্ম্ম নাশ তৌথিবা নত্রা ? লাইরবগী মচানূপী ওইরবস্তু ঐদি ধর্ম্মগী লম্বীদা চংলম্মী। হৌজিক্, ধনদাস, নংমক্না হায়ুদো, করম্বা দুষ্ট বেদনা চেক্লা আসবু লাং থাক্নুনা ফাররুগা সনাগী পিঞ্জরা অসিদা থম্নম্বা ? কপ্পা

ধন। মথন্তদা নূপী অসিদা অতৈ করিপু হায়বা কররাই, মাদি

রা পুন্নমক্ খঙিঙ, অদুগা মহারাজনা তারবদি নাম্মোক্পা য়াররোই। ফো.না ঐদিনে ভাই, নঙ্গী কনবা নক্তনা ক ঙনবা থক্ তৌথ্রিনা, 'দ্বদি করিগীনো নংনা ঐবু বৃথাদা শাউরিবা?

বিলা। অদুদি বিবাহ তগিগী প্রাক্ষম্ কনানা হৌদোক্লবা?

ধন। অদুবু করম্না খঙ্দগে ঐনা?

বিলা। করম্না খঙ্দগে? নংনা ঘটক ওইরি মসিগী, নংনা খঙদনা খঙদগে অতৈ কনানা?

ধন। হা। হা! নাখায় নূপাগী বুদ্ধিদি অদুনিদনা! তাও, ঐনা ঘটক ওইবিবসিদি থালি নঙ্গী উপকারগী দমক্তনি! ঐ চংলবদি বিবাহ অসি থোক্লনি হায়বসি নং য়ানিংবরা? বিবয় অসিদা নিঙাইদনা লৈথোকউদা! মতুংদা খঙলক্কদবা লৈবে, ধনদাস মহাক্কী করম্ব বন্ধুনো হায়বদু।

নেপথ্যদা কনা লৈ, ধনদাস মহাশয যুম্দা লৈবরা? মহারাজনা মাবু কৌরি।

ধন। তো তো তাও! ভাই, ঐ হৌজিক্ চংলগে। নং বিষয় অসিগী করিমতা চিন্তা তৌরুদ্র। মহারাজনা বিবাহ তৌরবস্থ ঐ লৈরিঙৈদা নঙ্গী চিন্তা করিমতা লৈতে। নঙ্গী নব যৌবন অমস্থং রূপ অদুদি কুবেরগী ভাণ্ডারনি। মথক্তদা হৌজিক্ নশক্ য়েংদুনা মুঙাইহৌরো, ঐদি চংলে নঙ্গী নকোক্ শায়নবা। থোক্থিবা

বিলা। ঘর শাংনা হোক্ল অমস্থং মথক্তদা হৌজিক্ ইরাইবক্তা করি তঙ্ক্লিবা, করিস্থ হায়বা ঙমদ্রে! কদায়? মহারাজদি

ঙসি লেঙ্‌লক্কবেনা।

মদনিকা অমুক্‌ চঙলক্‌পা

মদ। কম্‌দোই, ভাই? ঐনা হায়বতু সত্য নত্তরা? অতুদি হৌজিক্‌ মসিগী উপায় করিগনা? বিবাহ অসি ওইরবদি, নংদি পুন্সি চুপ্পা মাঙজরেদো।

বিলা। করি উপায়নো?

মদ। উপায় করি নৈতনি? করি দায় নৈ? ধনদাসনা খল্লি মাদোনা হে শিংব মী অনি শুদে, অহুবু হন্দক্তি য়েঙ্গেদো মাগী বুদ্ধি কয়া লৈবা। লাউ, ঐগা চংনি লাউ। হুই অতুবু ঠকিবা থোইনা লুবা নঙো।

বিলা। ক্করে 'হুদি চৎলসি।

অনিমক্‌ থোক্‌খিবা

ইতি কৃষ্ণকুমারী নাটক্কী অহান্ব অঙ্ক।

---

## অনিশুব অঙ্ক

### অহান্ব গর্ভাঙ্ক

উদয়পুর সনাসঙ্গায়

অহল্যাদেবী অমসুং তপস্বিনী চঙলক্‌পা

অহ। ভগবতি, করিগী অমুক্‌ হংবিরিবা ঐগী অরাব-রাবু। ঐনা হিংহনা লৈবিবসিমক্‌ ভগবান * একলিঙ্গগী কৃপা অদুগা ইবেম্মাখোয়গী আশীর্ব্বাদননিদনা? অরাবলি!

---

*মহাদেব

মহারাজগী সনা মায়খোং উবদা ঐগী হৃদিসে শেং কায়রে।
ভগবতি, ঐখোয়না করি পাপ লাওজখিবনো, বিধা-
তানা অমুক্ খোশাবিদ্রবা ঐখোযবু।

তপ। রাজমহিষি, সনা পুক্লিং অহুক্ হাক্লা য়াংবিরোই। মসিনি
সংসারগী নিয়ম্মক্। অমুক্ নুঙাইবা, অমুক্ য়াবা, অমুক্
হুরাওবা, অমুক্ শুক্থবা ওইরিদনা! মীনা রাজভোগ
হাযনরিবদে। নুঙাইবতা নত্তে। য়েংবিয়ুদো, সমুদ্রদা হঙ্গৎ-
হন্দা চৎপ মীশিংহুনা সদাই অতপ্প নুংশিং ইরোইনহুনা
চৎপ্রা। নোংমংবা কযা, নোংলৈ কয়া, নোং কয়ানা
মতম্—মতমদা মখোযগী লম্বী থিংলিবনি, মহুগী নশিং
নাইববা ?

অহ। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা ভগবতি, প্রলয়গী নোং-নুংশিং উবা
মীতনা থডিও, কযা কিব পোচ্ছক্লা হায়বহু! ইবেম্মনা
ঐখোয়গী অরাব দশাগী রা তাবিরবা, মহু ওইরবদি—

তপ। দেবি, সন্ন্যাসিনীনি ঐদি। সংসাব সাগরগী ঈথক্-
ইপোম্না ঐগী নাকোং মখুন্দা চঙবা ভমদবনা নম্মি।
অহুদ্রক্লা—

অহ। য়াম্না বানা ভগবতি, মহারাজগী মায়খোং লাংশিব উবদা
হিংনিংদরে। অ হা! সনা হক্চাং অহু অমুক্তোইনা ইকা-
কাহৎলে। বিধাতাগী মসিবু সানাগ্ৰ নিন্দারা।

তপ। মহিষি, সনামচুদি মৈশাদা অমুক্ হেন্না লডিও! অহুনা
ইবেম্মখোয়গী অরাব-দশা অসি ইবেম্মখোয়গী সম্মান
হেল্হবা নত্তনা ময়েং থক্ ঊাহল্লোই! য়েংবিযুদো, স্বয়ং

ধর্ম্মপুত্র *যুধিষ্ঠিরনা কয়া কাওবা অত্তাবা খাঙ্খিদবগে !

অহ। ভগবতি, ঐগী বিচারদদি রাজভোগ অসিদগী যাবজ্জীবন বনবাস তৌবনা হেন্না কৈ। রাজপদবী শুঙাইব ওইরদবু করিগী ধর্ম্মরাজনা রাজ্য থাদোক্লুনা * মহা যাত্রাদা চৎলম্‌দরা ?

তপ। হোই-মহা সত্যনি। করে, রাজমহিষি, অতৈ অমা হঙ্গে, সিবি, ইবেম্ম'খায়না রাজকুমারীগী বিবাহগী মরম্‌দা করি লেপ্পরবগে, হায়ু ভাসি ?

অহ। করিবু লেপ্পগরনো ? মহারাজগীবু বিষয় পুম্নমক্ অহুদা মন চঙলিবরা ? হোন্দোক্লগা ভগবতি, করি অমুক্ হায়সিগে, ঐগীস্তু মতম্ থজিক্ত শংদে মহারাজগী মফম্‌দা খারম অসি হৌদোক্লবা ।

তপ। করি খানো মহিষি ? থবক্ অসিদা থৌশাদবা 'করিমতা চুম্‌দেনা। সুকুমারী রাজকুমারী কৃষ্ণাগী যৌবন কাল ওইরক্লেদনা, অহুনা মতম্ অসিদা বিবাহ তৌত্রবদি কদৌঙৈ ভৌগদগে ?—মহারাজ নত্রা অসোম্‌দা লেঙ-লক্লিবসে ?

অহ। ভগবতি, মহারাজগী মায়থোংদা অমুক্ত মুন্না য়েংকিয়ুদো ! হা বিধাতা, হিন্দুকুলরবি অসিবু নংনা রাহুগ্রাস অসিদগী কদৌঙৈ থাদোক্পিদগে ? হাইরে, প্রাণ পুবা রাদরে !

তপ। দেবি, তপ্‌থবিয়ু। মতম্ অসিদা ইবেম্মনা অহুক্ তরাং-

*মহাভারতকী প্রসঙ্গ

তশোইনবা হৌনদে। মহারাজনা ইবেম্মবু অবস্থা অসিদা উরবদি কয়া য়াম্না স্না পুক্নিং সুঙাইরোই হায়বত্থু ইবেম্মমক্না বিচার তৌবীয়ুনা।

অহ। ভগবতি, কন নবু হিংনিংবনো মহারাজগী দশা অসি—উবদা! হা বিধাতা, ঐনা কবি জন্মদা করি পাপ তৌরক্নুনা নংনা যন্ত্রণা অম্মুক্ পীরিবা ঐঙোন্দা? কপ্পা

তপ। মথন্তদা অঃহা। পতিগী অরাবা উবদা পতিনিংবী নুপীনা তংতাবা ওয়রা? কো না মহিষি, ইবেম্মা হৌজিক্ থর থৈদোক্নুনা লেপ্লিয়ু, মতুংদা থর ঈংলগা মহারাজগা উনবিয়ু। মথু- পায়ত্নুনা লাক্পিরো, ঐখোয় অনিমক্ থর থৈদোক্নুনা লেপ্লসি।
মরমদা লৈবা

ভৃত্যগা লোয়ননা রাজা ভীমসিংহ চংলক্পা

রাজা। রামপ্রসাদ!

ভৃত্য। স্না য়াথং, মহারাজ!

রাজা। পত্র থরসি সত্যদাসদা পীরুচৌ। 'হুগা য়েঙও, মঙোন্দা হায়রম্মু, পুন্নমক্ অসিগী উত্তর ওসিমক্ থাদবা যাদে।

ভৃত্য। স্না য়াথং, মহারাজ।

রাজা। উত্তরগী মর্ম করি করিনো হায়বত্থু পত্র থুদিঙ্গী লামাইদা ইরবনি।

ভৃত্য। স্না য়াথং, মহাবাজ। থোক্খিবা

রাজা। মথন্তদা হে বিধাতা, অসিরা খ্বাইনা রাজভোগ হায়নবদো!

তপ। চঙশিন্নগা মহারাজ, চিরঞ্জীবত্তু!

রাজা। প্রাণাম তৌত্নুনা ভগবতি, অম্মুক্ কুইরবগী মতুংদা ইবেম্মগী

পাদপদ্ম দর্শন ফংঙবদা ঐ কয়ামুক্ মুণ্ডাইজরে, করি অমুক্ হায়সিগে ? রাজমহিষীদি কদায় ? মহাক্ পুদি অসিদা উদেনা ?

তপ। অঙ্গা, মহাক্ অসিদা লৈরম্বগুম্ তৌবনি, হৌজিক্তক্ অমুক্ লাক্লনি।

রাজা। ভগবতি, ইবেম্মবু অমুক্ কুইবা কদায়দা লৈবিরুবা ?

তপ। অঙ্গা, ঐদি তীর্থ কোয়বা চচ্চরুই। মহারাজগী হিরম্ পুম্বদা মঙ্গল ওইবিরিদনা ?

রাজা। উবিরিবা অসিনি। ভগবান একলিঙ্গগী কৃপানা অদুগা ইবেম্মখোয়গী আশীর্ব্বাদনা রাজলক্ষ্মী হৌজিক্ বাজগৃহ অসিদা লৈবিবি, অদুবু অসিগী মতুংদা লৈবিখিগদ্রা, মদু হাযবা লুরে।

তপ। মহারাজ, অদুগুম্ব য়া হায়বা হৌনদেদা ? মন্দাকিনীনা কদৌঙৈ *শৈলরাজগৃহ থাদোকৃই, কমলানা রাজভবন অসি ত্রেতা যুগ ফাওবা লৈবিরম্মী। শরচ্চন্দ্রগুম্না অরাব নোং কযাদগী হন্না হন্না নাম্থোকুনা পৃথিবীবু মহাক্কী নিংখিজবনা নিংথিজহল্লি। অচৌব রাজকুল অসি হেক্তা মাঙবা য়াত্রা ? শ্রীযুৎনা অমুম্না থক্ খম্বিবোই।

অহল্যাদেবী অমুক্ চঙলক্পা

লাক্পিসি, মহিষী লাক্পিসি।

অহ। রাজাগী খুৎশায়দুনা নাথ, অমুক্ কুইববগী মতুংদা অমুক্তং লৈমাকোন্দা য়া খোঙদাবিরে, মসিবু ননাই ঐগী য়াক্না

---

*চীং নিংথৌ মমাং হিমালয়

লাইথক্ করনি।

রাজা। দেবি, ঐনা নঙ্গী নফম্‌দা দোষ কয়া তৌরে, মত্থু খল্লুবদা য়াম্না ইকাই। অদুবু করিদি তৌনি? ঐনা খুদীনা তৌব দোষনা করিমত্তা দোষী ওইবা নত্তে। লাউ,প্রিয়ে, কম্মু। তপশ্বিনী য়োম্‌দা ভগবতি, ইবেমমু আনন্দা লেঙ-শিন্বিয়ু। পুম্নমক্ কখা

ভৃত্য অমুক্ চঙলক্পা

ভৃত্য। ধর্ম্মাবতার, মন্ত্রী মহাশয়না পত্র অসি ম্না চন্নদা কংলক্‌ই।

রাজা। কদায়? য়েঙ্গে। পত্র পারগা আ:, অসুক্ কুইরবা তুংদা রাজ্য অসিগী আপদ মতম্ খবগীদমক্ লৈত্রেদনা।

ভৃত্য থোক খিবা

অহ। নাথ, মত্থু করম্ তৌদননো?

রাজা। মহারাষ্ট্রগী বাজাগা মঙ, অমা তৌদুনা সন্ধি তৌননবা হোৎনরম্মী। মহাক্না পত্র অসিদা অঙ্গীকার তৌরক্লে, মোহর লাক্ কুম্মু কংলবদি স্বদেশদা হন্‌খিগনি। দেখি, সংবাদ অসিদা *রাজা দুর্য্যোধনগী মতৌগুম্না ঐগী অরা-মুঙাইবা ওইবে। বৈরীবলগী মশক্ ঈচাওনা রাজ্য অসি থাদোক্পসি মুঙাইবগী বিষযনিদি হাযববু থাদোক্পগী হেতু অত্থু খল্লুবদা ঐদি ক্ষণ অমা ক্ষাওবা প্রাণ পুনিং-দয়ে। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা অরাবনি। ঐসে ভুবন ফাওব শৈলরাজগী বংশধরনি, দুষ্ট, লোভী মহেন্দ্র অমবু

*অশ্বত্থামানা দ্রৌপদীগী মচা মঙ হাৎপদা কৈগন্ তেক্লগ দুর্য্যোধননা অরা-মুঙাইনা প্রাণ থাখি। মহাভারত।

কিতুনা পৈশা পীতুনা রাজ্য ঙাক্পা তারবা ঐনা? তোল্লিদা ঐসে। অসিদগী হেন্না শাথিব ইজ্জৎ মাঙবা আত্তে করি লৈরি?

তপ। মহারাজ, শ্রীযুক্তি পুন্নমক্ খঙবিরিবনি। দ্বাপুরদা চন্দ্র-বংশ রাজা যুধিষ্ঠিরনা *বিরাট রাজাগী সভাসদ ওইতুনা মতম্ লেপ্লিখি। †সূর্য্যবংশ চূড়ামণি নলসু সারথি ওই-বিখি। অদুনা পুন্নমক্কি বিধাতাগী লীলা ঙাক্কি।

রাজা। অজ্ঞা, চুম্মি, চিংনমিঙাই লৈব্রা?

অহ। মহারাষ্ট্রপতিনা তেঙ্গোল্ লোয়নতুনা স্বদেশদা হল্লিখিব্রা অসিমক্ ভগবান একলিঙ্গগী কৃপাননি।

রাজা। মোমোন্দুনা দেবি, নরাধম অতুনা ঐখোয়বু পুম্নমক্ থাদোক্লম্লে হায়বসিবু নং য়ানিংবরা? মঙ্গোম্মনম্ অমুক্তং থেংনখিব মফম্ অতুবু হোৎদা্না থাদোক্কি্বরা? পৈশা লৈরক্লবদা মহাক্ অমুক্ হেক্তা লাকনি, চিংনরুম্লু।

তপ। মহারাজ, মাঙ্-তুং-হৌজিক্কী কর্ত্তা-ইবুঙো মহাক্কনা শ্রীযুৎপু মতুংদা রক্ষা তৌবিনি। বিষয় অসিদা খুংশা থিবিরোই।

অহ। নাথ জঞ্জাল অসিদি লোইশিন্নরদনা। হৌজিক্কি ‡নঙ্গী কৃষ্ণাগী বিবাহগী মরমদা স্না পুম্নি্ তারো।

রাজা। মতুংগীদমক্ অমুক্ হাথু হাথুবগী দরকার করিনো?

অহ। করি হায়নো, নাথ? অমুক্ চাউব নৃপী মচা অসিবু

---

*মহাভারত বিরাট পর্ব্ব †মহাভারত নল-দময়ন্তী প্রসঙ্গ।

‡ইমুং-মনুংদা নং-মা শিজিন্নবা।

অমুক্স্, লুহোংদনা থম্বা য়াবিবরা? নেপথ্যদা থাপ্পা বংশী ধ্বনি

রাজা। করিনো সিদে? অ হা! কনাননো বংশী খোংলিবা?

অহ। য়েংলগা আহ্ৎ নঙ্গী কৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোয়নহনা লৈকোন্দা শান্নরি।

তপ। অঃ হা! মহারাজ, স্না মিৎযে, তাবিয়্, বনদেবীনা মাগী সহচরীশিঙ্গা লোযনন৷ বন্দা কোযরিমাল্লে।

অহ। নঙ্গী, নাথ, ইচ্ছাসিবা, নলিনী অসিবু রাজসবোবব 'সিদৈ পুখিবা হেক্তুনা পাপী *যবন অমনা খুদক্তা লাক্তুনা?

রাজা। কবি রানো, প্রিয়ে?

অহ। মহারাজ, দিল্লিগী বাদশাহ, নত্রগা অতৈ যবন রাজ অমনা, মিপাউ-খোন মাল্‌বনা হুমহ্না নলিনী অসিগী মুংশিব মনম ফ্‌বদা, কম্বা য়াগদ্রা? কবিগী নবুধো ভীমসেনগী প্রিযা পদ্মিনী দেবীগী বারি †কাউবিরিবা?

নেপথ্যদা থাপ৷ বংশী ধ্বনি

রাজা। বা বা৹ খোইথুন্নব মখোনো!

নেপথ্যদা—

গীত।

ধানী-মুলতানী—কাওয়ালী।

তাবদা মোহন মুরলী গান।

তৌরে অন্নমান, চৎথ্‌মাল্লে কুলমান।

---

* পাঙল্ †পদ্মিনীগী জহরব্রত- রাজস্থান ইতিহাস

মুংশিব স্ববনা প্রাণ থক্-খা ওন্নে ।
মন তপ্থব য়াদার
শ্যাম দরশন তোগ নিঙিঙ তত্তনা ,
পোলাই ওইরে ইকাই-ইকিবনা ।
ঙম্‌দ্রে সখি, যুমদা লৈবা,
ত্রিভঙ্গ শ্যাম নত্তনা কঙবাই মিলন থুমা
উাদ্র উপায় মতুগী ।

---

তপ । বাং মুংশিখারেদা ! অমৃত হৈথারেনা । মহারাজ, ঐখোযদি তপোবন্দা করি কবিগুম্বদা অসিগুম্ব মুংশিব স্বর আকাশ থক্তা তানৈ । মতুদা ঐনা থল্লম্মী, সুবসুন্দরীগী নত্তনা স্বর অসি অতৈগী লৈতে ।

রাজা । অঃ হা, হোইনে, চুম্মীনে । আচ্ছা, মহিষি, কৃষ্ণাগী হৌজিক্‌পু চহি কয়া শুরে ।

অহ । করি ৱানো, মহাবাজ ? খঙবিদরানে ? কৃষ্ণাগী চহি তরা মঙা চঙলেদনা ।

তপ । মহারাজ, কলি কাল অসিদা স্বয়ম্বরগী বিধি শূন্নে লৈখিদরে, নত্রবদি রাজকন্যা কৃষ্ণাবু লুহোংনিংবদগী তাঙ্গা অসিদদি রাজা লিশিং লিশি. লাক্কুনা হাঞ্জির ওইরম্মনি ।

রাজা । ঘর শাকনা হোক্লোক্লগা ভগবতি, ভারতবর্ষ অসিগী শ্রী অহু অমুক্ লৈরিব্রা । দেশ অসিগী থায়নগী ৱারি পুন্নমক্

নিংশিংবদা, ঐখোয় মীনি হায়বসি, করিমতবু বিশ্বাস তৌদে! জগদীশ্বরনা ঐখোয়দা অসুক্ য়েক্কবিরিবা,—হায়বা ওম্‌দরে। হাইরে। থুমৃহৗ ঈথক্ অমনা ঈশিং অহাওব-তুরেন্ অমদা চথগা মহৃগী ঈশি, অহাওবছ নাশ তৌবগুম্না দুষ্ট যবন দল-নসু দেশ অসিবু সর্ব্বনাশ শাহল্লে। ভগবতি, ঐখোযনা অমুক্ কদৌঙৈ আপদ অসিদগী নাম্বোক্কদগে?

অহ। হা *অদৃষ্ট! হৌজিকপু মতম্ অহৃগুম্বছ অমুক্ লৈরিব্রা? স্বয়ম্বর উৎসবতি থাপ্না থম্‌খা, হৌজিক্তি সুন্দরী কন্যা পোকপ রাজবংশ অহৃগী মান ওাক্পা লুরে।

তপ। সত্যানি মহৃ। হে প্রভু, নহাক্কী ইচ্ছানি। মহারাজ, ভারতবর্ষগী অবস্থা অসি কবিসু কুইমা লৈরোই। সমুদ্রদা লুপ্পরী বসুমতীবু ববাহ রূপ লৌহৃনা উদ্ধার তৌবিখিব পুরুষোত্তম অহৃনা পূণ্যভূমি অসিবু মতম্ কুইনা কাউহৃনা লৈবিগদ্রা? হৌজিক্ ফাওবা সুমিৎ-থা থোক্লিদনা, হৌজিক্কু ধর্ম্মগী ৪পাদ অমা লৈরিনা।

রাজা। অহৃনদি ভাগ্যদা লৈবহৃ ওইবগনি। দেবি, নং কৃষ্ণাবু অমুক্কুং অসিদা কৌকদা। অঃ হা। কয়া কুইরবনো, ইচাহৃবু নিংখিনা উখিদ্রিবা।

অহ। কৌক্কখিগে হৃদি।

তপ। মহিষি, ইবেম্মনা করিগী লেঙ্গদগে? ঐ হেক্কা চচ্চগে।

অহ। হৌগৎলগা করি ধ্রামো, ভগবতি? ইবেম্মা করিগী লেঙ্গদগে?

---

*লাইবক্ Fate ৪চুমগুৎ অমা

রাজা। য়েংলগা কনাম্থ চংকদবা লৈত্রে। আদু য়েঙু, কৃষ্ণা মশামক্ অসোম্দা লাক্লে।

তপ। অ. হা। মহারাজ, শ্রীগুংকী লাইবক্ কযাদ যথ্বা! মহিষি, মবেম্মবুস্থ ঐনা চামবক্ ধন্যবাদ তৌরি,—মবেম্মনা অভাঙ্গ বস্তুসিবু ফংবিরে। অ হা। মবেম্মনা স্বয়ং উমাবু গর্ভদা পুবিরবা! মবেম্মখোয়না পূর্ব্বজন্মদা পূণ্য কয়া তৌখিবা—মদু শিংথাবা ঙমদ্রে।

অহ। কম্লগা মিত্তা ঈন্না চেন্না ভগবতি, হোজিক্তি — আশীর্ব্বাদ অসি তৌবিয়ু—নূপী মচানা মনি তৌনা লৈসনু। মাগী মশক্-মতৌ অযব-মচৎ-ব্যবহার অদুগা বিদ্যাবুদ্ধি উবদা, ঐগী পুরিংদা ভাব কয়া থোরক্ই, মদু হায়বা ঙম্দে।

কৃষ্ণাকুমারী চঙলক্পা

লাউ, মেমা লাউ। মেমা, নং ভগবতী কপাল-কুণ্ডলাবু খঙ্দ্রবরা ?

কৃষ্ণা। ভগবতীগী শ্রীচরণ মতম কুইনা দর্শন তৌখিদরে, অদুনা, ইমাসি, মহাকৃপু অহান্বদা খঙবা ঙম্মুদবে। প্রণাম তৌরগা ভগবতি, ননাইগী দোষ মার্জ্জনা তৌবিয়ু।

তপ। নূপীমচা, পুন্সিয়্, কঙাইয়ু। রাণীবামদা মহিষি, ঐনা তীর্থযাত্রা চংপা মতম্দা ইবেম্মগী সনা থন্বাল্ অসি পোম্বোবত ঙাইহৌই।

রাজা। ফম্মু, মেমা, ফম্মু। নং লৈকোন্ অদুদা কবি তৌরুবা ?

কৃষ্ণা। কম্মগা অজ্ঞা, লৈ-পান্বীদা ঈশিং চাইনা চাইনা, ঐনা

ওবা ইবুঙোদা অনৌব মত অমা ওসি তখিরম্বত্থ ঔরাইরম্মীবা। পাবুংখা, কয়া কুইরমদ্রো ঐগী লৈকোন্দা খোঙ্দাবিখিত্রিবা, ওসি অমুক্তং লোঙ্সি। অ. হা! মতুদা লৈরাং মখল্ কয়া কয়া শাংলিরো, শ্রীখুংনা মিংয়েং তাবিবদা কয়া মুঙাইবিরিনি হেক্তা।

অহ। মতুমি করি লৈনো, মেম্মা!

কৃষ্ণ। ইমাসি, মসি গুলাপ্নি, ঐগী লৈকোন্ অসিদগী নঙ্গী-দমক্ হেক্তুনা পুরকপনি। মমাগী মখুত্তা পীবা

রাজা। মমাঙৈদা লৈ অসি দেশ অসিদা লৈরম্দে। ঐখোয়না মপি অসি লীনখা লোয়মনা কংলম্মী; মতুগী তুনা ভারতভূমি অসি দিনদিন চাকৃশিনল্লক্লে। মর শাংনা হোংখোরুদা লৈরাং-মত্ন অসি মবঙ্ছিংনা দেশ অসিদা পুরক্ই। থাপ্পা ঢুন্দুভি ধ্বনি

পুয়মক্না- ইথক্ থক্লা করিনোসিদে?

রাজ। রামপ্রসাদ!

নেপথ্যদা - মহারাজ? ভৃত্য অমুক্ চঙলকপ্পা

রাজা। য়েঙ্চো ঢুন্দুভি ধ্বনি অসি করিনোমো?

ভৃত্য। সমা রাথং, মহারাজ! থোক্খিবা

রাজা। বিপদ অমামুক্ থুঙরলবা করিনোসিদে, য়েঙ্? মহারাষ্ট্রপতিনা সন্ধি থুগাইদুনা যুদ্ধ হৌরক্লবরা অমুক্ করিনো? হৌগত্না আঃ, ভারতভূমি অসিদা হৌজিক্পু অদিগীর মঙল থনিবু থাইগী মাকোংদা ইতত্তরমা চঙবরা। ঐনা অসি, করি অসিগীর নাপকনা লোংশুংলিংইতত্তনা

শিংলি; অহুদি দেশ অসিদস্থ দশা অহু থোক্লবরা ! হাই ! হাই ! -

ভৃত্য অমুক্‌ চঙলক্‌পা

ঈ-পাউ করিনো ?

ভৃত্য। অজ্ঞা, মহারাজ, পুন্নমক্‌ মঙ্গল ওইরি। জয়পুরগী রাজা জগৎসিংহ রায়না রাজ সনানাক্তা কবিগুম্ব বিশেষ কার্য্যগীদমক্‌ দূত থাবিরক্লে।

রাজা। মহুরা ? আঃ, হিংলেদনা ! ঐনা খল্লুরিবদি, সিবি, বিপদ অমমুক্‌ থুংলরমাক্লে। জয়পুরগী রাজাদি ঐগী অথোইব জ্ঞাতীনি। জগদীশ্বরনা তৌবিসনু, মহাত্মা করিগুম্ব অৱাবদা তাহুনা ঐঙোন্দা দূত থারক্তবা। তপস্বীনিরোম্‌দা ভগবতি, ঐঙোন্দা হৌজিক্‌ বিদায় পীবিবো। রাণী-রোম্‌দা প্রিয়ে, ঐ অমুক্‌ রাজসভাদা চৎপা তারে।

অহ। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা প্রাণনাথ, মিকুপ্‌ অমম্তুংদস্থ নাথগা লৈমিন্নবগী হুঙাইবা কংজদা—অহি গুম্ব সৌভাগ্যবু ননাইসিগী থোক্কদবা ?

রাজা। দেবি, বিষয় অসিগীদমক্‌ নংনা নপুক্লিংদা য়ায়োবা বৃথানি। খ্বাইনা নরপতি হায়রিবসে, খঙ্হুনা য়েংলবদি, নরদাস নত্রা। অহুনা মী অস্থুক্‌ য়াম্বগী পেন্নবা ভৌরিব মী অহুনা থোইদিং মখাইগীদমক্কস্থ বিশ্রাম তৌবা গুম্বা ? ভৃত্যগা থোক্‌খিবা

অহ। ভগবতি, লেঙসি, অহুদি ঐখোয়স্থ চৎলসি। কৃষ্ণারোম্‌দা লাউ, মেমা-ঐখোয় নঙী লৈকোন্দা অমুত্তং কোয়রুখিগে।

কৃষ্ণা। চৎকেরা, ইমাসি ? চৎলুসিদনা। য়েও, ইমা, ওসি পাঙ্খুখা অমুক্ত ঐগী লৈকোন্ মিংয়েং তাবিদ্রেদো ?

পুমনক্ থোক্‌খিবা

ইতি অনিশুব অঙ্কগী অহান্ব গর্ভাঙ্ক।

---

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক

### উদয়পুর রাজপথ

*নিপা শাদুনা মদনিকা চঙলক্পা

মদ। মথন্তদা হা! হা! হা! 'নঙ্গী নমিং করিনো, ভাই ? ঐগী নাম মদনমোহন।' হা! হা! হা!—নত্তেদা, অসুম্ তৌনা নোক্লবদি য়াবরোই। মশাদা য়েংলগা কয়াত চমৎকারনো বেশসে, ফরেদা! কনানা হায়নি ঐ বিলাস-বতীগী সখী মদনিকানি ? হা! হা! হা! দূর দূর! - নোক্লরোই হায়না খন্না শাই, মথন্ মথন্তদগী নোক্লিতি হেক্তা। ধনদাস শংশংব মঙ্গুবগী চূড়ামণিনি, মা মক্লা ঐবু শক্ থঙত্রবসিদদি অতৈ কিনিঙাই করি লৈরি ? বিলাসবতীনা য়াম্না পাম্বিবদি বিবাহ শুকুওই ওইদবা; মসি ওইরবদি ধনদাসগী মমায়দা হামুক্ তৈবগুম্বনি। য়েংখিগে, করি থোক্লবা। ঐমদি রাকায়গুবী

---

*নিপা অমসুং নূপীনা অতৈগী মশক্ লোবসি য়ুরোপ্‌কী নাটকী প্রভাবনি খিশেষ ওইনা সেক্সপীয়রগী নাট্য কৌশলগী রা মধুসূদন্না নীংশিংলম্বী।

মঙ্গলচণ্ডী অসিদা পুতুনা লাক্লে। অদুগা কৃষ্ণকুমারীগী মমিংদা জাল তৌদুনা রাজা মানসিংহদা পত্র অমত্তু ইথরে। হা। হা। হা। কৌশল তৌদুনা ইথিব পত্রনি। মদু হেক্ কংবদা মানসিংহদি কৃষ্ণাদমক্ অমুক্তোইনা মথুম্-মরাং হৌরনি। রুক্মিণী দেবীনা, শিশুপালগী মথুত্তগী হিংননবগীদমক্, যদুপতিদা মিনতি তৌদুনা পত্র ইথিরম্মী, ঐখোয়নসু ম'তৌ অদুগুম্না ইখ্রেদো। হৌজিক্ যেংবা তারে, ঐ'খোয়গী শিশুপাল অসিগী ভাগ্যদা করি থোক্‌পা? আদু ধনদাস, মন্ত্রীগা লোয়ননা অসোম্‌দা লাক্লি। ঐনা মন্ত্রী অসিদা বিলাসবতীগী ম্না কয়া হায়খ্রবনি, মাগী মপুক্লিংদা ঐখোয়গী রাজাবু য়াম্না শাউরম্‌দোমাল্লে"। য়েংঙুম্ য়েঙ্গে, মখোযনা করি করি ভাঙনরিবা। [শরুম্‌দা লৈবা]

সত্যদাস অমসুং ধনদাস চঙলক্‌খ্রা

ধন। মন্ত্রী মহাশয়, পাথং ওটবিঙেল মীনা করিগুম্‌বা তৌনদবগে? অদুনা ঐখোয়গী নরপতিনা মরক্ মরক্তা ভগবান কন্দর্পগী সেবক ওইবদো থোইনা অসন্তুষ্ট নত্তে। মহা-রাজগী বয়স য়াম্না মহাসি। থোইদোক্না, মহাশয়মক্না হায়রিবুদো, অচৌ-অপাগী মদুমদা করি ঘটনা থোক্লবগে?

সত্য। অজ্ঞা, মদু চুম্মিনি। অদুবু ঐনা ভাবদি অসিনি, জয়-পুরগী অধিপতি বিলাসবতী কৌবী ক্বায়বিলাসিনী অমগী খুদোংবীগী মথা অশুক্ পোল্লখ্রে,—

ধন। হা! হা। করি হানো মহাশয়? খাংজেংবনু কনোইগে

লৈরাং অমগী মখাদা লৈবরা ?

সত্য। মহাশয়, ঐনা তাবদি বিলাসবতী অসি য়াম্না চঙ্ব লৈরাং নত্তে হায়য়ে !

ধন। মখন্তদা থোইনা মিথ্যাদি নত্তেসে। নত্রবদি ঐগী মনঃ কষ্টিগী থোয়নাংনি। ফোংনা অজ্ঞা, মহাশয়দা ম্না অসিবু কনানা হায়বগে ? মাদি করিগু লৈতবা নুপী অমনি, ওসি লৈরে, হয়েং লৈত্রে।

সত্য। মহাশয়, রাজনন্দিনী কৃষ্ণাদি রাজকুলমণি ভীমসিংহগী প্রাণনি। অতুনা মহাত্মা ম্না পুন্নমক্সি তারবদি বিবাহ অসিদা সম্মত ওইনি হায়বসি ঐদি করিমত্তা বিশ্বাস তৌদে !

ধন। সর্ব্বনাশ। মহাশয়, ম্না অসিবু মহারাজগী সনা নাকোং য়োহন্না হোৌনবরা ?

সত্য। অজ্ঞা, মতুবুদি তৌরোই, অতুবু তোক্‌ণাগী মবৈ লিশিংবু কনানা থিঙ্গনি ? বিবাহ অসিগী ম্না শন্দোক্‌পদা কনানা কন্না কয়া হায়রকনি, মতুগী মশিং অমুক্ লৈরিব্রা ?

ধন। মহাশয়, চন্দ্র কলঙ্ক পাক্‌ই হায়্রনুনা কনানা মাবু থোশাদবগে ?

সত্য। অজ্ঞা, নত্তে। অতুবু মসিদি অতুগুম্ব কলঙ্ক নত্তে। মসিদি রাহুগ্রাসনি। মসিনা মহাশয়খোয়গী নরপতিগী লক্ষ্মী অতু পুম্নাং মাওবা য়ারিবনি !

ধন। মখন্তদা মসিদি মহা *বিভ্রাটনি ! বিভ্রাট্টরনে ?

*Danger

অতোইনত্থম্ ঐমক্কী উপকারনি। মহারাজনা তেমুন্না মচা অসি পোন্ হাংন্থনা থাদোকৃপদা অতৈ কনানা ৠংদগে ? ঐনিনে লাং থাক্তু না খিন্দুনা লৈরিবা।

সত্য। মহাশয় ভুমিন্ লৈবিরেনা ?

ধন। অজ্ঞা, নত্তে, করি হায়সিগে খল্লি, তুচ্ছ বিষয় অসিদা মহাশয়না অত্থ য়েৌনা য়াবিনিংত্রবদি, ঐ মহারাজদা মসিগী মরিদা পত্র অমা ইরসিরা, পত্র হেক্ পাবদা মহাক্লা ছুষ্টা নূপী অক্সবু দেশদগী তাম্বোক্লবা। মত্থ ওই-রবদি অতৈ আপত্তি অমা লৈররোইদমাল্লে।

সত্য। অজ্ঞা, মসিদগী হেৱ অতৈ অফব †পবামর্শ করি লৈনি ? রাজা জগৎসিংহনা কর্ম্ম অসি তৌবিরবদি বিবাহ অসিগী মরম্দা অতৈ বাধা অমত্তা লৈরোই।

ধন। অজ্ঞা, মসিবু করবগী তৌরোইদগে ? কোরিগী মহুক্তা সনা কনানা লৌদবগে ?

সত্য। অত্থদি ঐদি হৌজিক্ বিদায় লৌজবগে। মহাশয়স্থ সঙ্গায়দা বিশ্রাম্ তৌবিরুরো। মহারাজগা অমুক্ সন্ধ্যাদা উনবা তারেদনা।

খোকৃথিবা

ধন। মথক্তদা ঐখোয় মহাবাজগী মিংচৎ'সিদি য়াম্না-লংনা উরেনা। আচ্ছা, তোকৃঙা হায়রিব অসিগী মচিন্ মেন্নবা লম্বী অমত্তা লৈত্রবরা ? করম্ হায়নবু লৈদগে ? মসিগী গতি মহানন্দগীপা মারৈ। অহাবদা চীঙ্গী ঈকুত্তগী ঈশিং

---

†Advice

চুম্থরক্তুনা ঈশিং ভূংকম্ ওইরে, মহ্নদগী চেম্মোরক্তুনা মথং মথং ঈচেল কন্থংলকৃই; মতুংদা অত্তে অত্তে ঈচেল্গা ভিন্নহ্নুনা ঈচাও ওইরকৃই। তোক্তা অসিগী থোদোম্ন মসিগুম্বনি। মদনিকাবু থাগ্না উরগা বাঃ বাঃ! কজব অঙাং অসি কনানো? মসিবু থঙ্গম্-লাক্কুম্ তৌইদা। মাবু কৈদনো উথিবগুম্ তৌইদা? কোংনা ও ভাই, নং অমুক্ত অসোমদা লাউদো।

মদ। চঙশিল্লগা করি তাকৃপিগদবা?

ধন। নঙ্গী নমিং করিনো, ভাই?

মদ। অজ্ঞা, ঐগী মিং মদনমোহন কৌই।

ধন। বাঃ নঙ্গী নমা-নপানা নঙ্গী নশক্ উবদা নমিং অসি থোন্থিমাল্ল? নং অসিদা করি তৌরি, ভাই?

মদ। অজ্ঞা, ঐদি সনা কোন্নুংদা লৈহ্নুনা লাইরিক-লাইগু তম্লি।

ধন। হুঁ! মুক্তাগী আশাদগী মীনা সমুদ্রদা ঈরুপ্পী। সনা কোন্নুংদি শেন্গী রত্নাকরনি। অহ্নুদি নং অসিগুম্ব মফমদা লাইবিক্-লাইগুত তৌবরা? করিগীনো? নখোয়গী দেশদা টোল লৈত্রা? ফরে, অমামা ওইরসঙ্গু, নংদি রাজনন্দিনী কৃষ্ণাবু উরবরা?

মদ। অজ্ঞা, করিগী উরোই? চন্দ্রলোক্তা লৈব মীনা অমৃত য়েংবা থাক্তুনা অমুক্ থম্লা?

ধন। বাঃ বাঃ, বেশ! আচ্ছা ভাই, হায়্ তাসি, নখোয়গী রাজকুমারীগী মশক্ মতো করম্ তৌই?

মদ। অজ্ঞা, রূপ অহ্ন বর্ণনা তৌবা ঐগী ইতিক্ মত্তে; অহ্নবু

মহাক্তি বিলাসবতীগী মনাক্ নক্পা য়ারোই।

ধন। এঁ—কনাগী মনাক্ নক্পা য়ারোই।

মদ। ও মহাশয়, না খর তাখিয়াল্লে? বিলাসবতী। বিলাস-বতী। তাবিরবরা?

ধন। এঁ—বিলাসবতী কনানো?

মদ। হা। হা! বিলাসবতী কনানো, মাবু মহাশয় খঙ্বিদরা? হা! হা। হা।

ধন। মথন্তদা সর্ব্বনাশ শারে! মাগী নাম অঙাং অসিনা কৈদগী অমুক্ তারক্পা? কোংনা ঐনা মাবু করম্ হায়না খঙদগে?

মদ। এ, ঐঙোন্দা ঝুং তৌহ্না নম্থাক্ তৌবিরিবা করি-গীনো? মহাশয়না মন্ত্রীবরদা হায়বিখিব পুন্নমক্ ঐ তাহৌরে।

ধন। মথন্তদা বা অসিদা অমুক্ হেন্না নৈশিন্দুনা কান্নররোই। কোংনা য়েঙ্দো ভাই, ঐগী মায় য়েংহ্না, নংনা তাখিবহ্ তারে, অহ্নবু অতৈ-অতৈদা বা অসিগী বারি শারুন্নু।

মদ। করিগী? মহ্না করি মহাম্ তানি?

ধন। নত্তেদা ভাই, নঙোন্দা ঐ মিঠাই খর পীজগে, রাজা-মহারাজগী রা-রান্দা নং য়াওরুহ্না করি কান্নদগে?

মদ। শাউনা নং সিদে তারি পাগলনিদনা। মিঠাই উত্না ভুলাইবা য়াবা অঙাং নবা ওইনা ঐবু খল্লবরা।

ধন। অহুদি হায়, ভাই, নং করি কংলবদি পেন্গনি?

মদ। আচ্ছা, নঙী খুত্তা শিরিব খুদোপ্, অহ্ ঐঙোন্দা পীয়,

অঠু ওইরবদি ঐ অতৈ কনাদম্নু করিম্নু হাযবোই।

ধন। সেন্না ভাই, নংনা ঐবু পাগলনি হায়রগা ন.ম্নু পাগল ওইরবরা ? মসি লৌরগা নং করি তৌদৌরিবা ? মসিবু কনাদবু পীনবগে ?

মদ। আচ্ছা, অঠুদি ঐ বাজমহিষীগী মনাক্তা চৎলে। চ.কে তৌবা

ধন। ও ভাই, ঙাইখো, ঙাইখো, শাউহুনা চৎলরা। ন্না অমতা হায়গে তাখোবা। মথন্তদা ন্না অসি প্রচার তৌরবদি করিম্নু কান্নররোই। হৌজিক্ করি তৌনি ? মমন্ নাইদব খুদোপ্ অসিবু করম্না পীদগে ? করিনো তৌদৌবসে ? পীবা তারবরা ! হাই। হাই। খুদোপ্ অসি কয়া নুনা মহারাজগী ম্না খুত্তগী ফ.লকপনি,- খল্লুদ্না শরিবু তৌগবনো ?

মদ। ও মহাশয়, কপ্পিরবরা ? হা ! হা। হা !

ধন। মথন্তদা অঙকপনি। অঙা. অমনা ঐবু ঠকাইরবা ? অচ্চা চা। করি অমুক্ তৌনি ? পীরগে। ফরে, কর্ম্ম অসি মহৈ য়াল্লবদি, রাজাদগী য়াম্না ফংবা য়ায়না। ফো.না লৌয়ো সেসে, ভাই। য়েঙু, ভাই, ন্না অসি হায়দোকন্নুকো।

মদ। খুদোপ লৌরগা অজ্ঞা—অঠুদি ঐ চৎলে। মরুমদা লৈবা

ধন। মথন্তদা দুর, লাইবক্ থীব অঙাংনিদা। ঙসি করম্ব ক্লেন্দা মাবু উরম্বনো, হায়বা ঙমদয়ে। করি অমুক্ তৌদগে, চৎলগে হৌজিক্ য়ুম্দা। থোক্থিবা

মদ। চণ্ডশিল্পগা মথন্তদা হা। হা। ধনদাসগী অন্নাবা উবদা

পংনোক্তা নোক্লিডি। হা! হা! বেটা লুবগী মতিক্ চপ্‌-চাব মহৈ ফংলেদো। অসিদনস্‌ লোইগদ্রা ? মাবু মতিক্ চাব শাস্তি পীগদবনি, নত্রবদি ঐগী ইমিং লৈত্রেদনা। অহুদি হৌজিক্ চৎলেদনা। নূপী শাহুনা অমুক্তং রাজ-কুমারী কৃষ্ণাগা উনরুখিগে। আচ্ছা, ঐগী করি পরিচয় পীরুনি ? চিন্তা তৌরগা হোইদা। মহুনা ফরে। মরু-দেশগী রাজা মানসিংহগী দূতীনি হায়রুগেদহৈ। হা! হা! হা!

থোক্‌খিবা

---

## অহুম্‌শুব গর্ভাঙ্ক

### উদয়পুর, রাজ উদ্যান

অহল্যাদেবী অমসুং তপস্বিনী চঙলকপা

তপ। মহিষি, মসি য়াম্না মুঙাইব বিষযনিনা। জয়পুবগী রাজ-বংশ ভগবান দিনমণিগী মহাতেজ ঙাক্তুগী মঙান্‌গুম্ব অমনি। অহুনা মহারাজ জগৎসিংহ কৃষ্ণকুমারীগী যোগ্য-পাত্র অমনি, সন্দেহ লৈত্রবনি।

অহ। অজ্ঞা, হোইনে, রা অসি লেপ্পমক্ য়াফম্ থোক্লেদনা।

তপ। ঐনা তারম্মী,—রাজা নহা য়াম্না ওইরি, অহুগা মহাক্ ধর্ম্মদা পুক্নিং য়াম্না চঙবা অমসুং বিদ্যাপাস্ব মীনি।

অহ। ইবেম্মগী আশীর্ব্বাদনা পুম্নমক্ অসি সত্য ওইসনু। প্রলয়গী নোং-মুংশিংনা কমলিনীবু ছারখার শাহল্লি,

অত্তুবু মলয়-মারুৎব শিৎপদা মাপ্পী লিংথিজবা দ্বিগুণ হেন্বগুম্ ত্তোই, শুদ্মৈভব স্বামীগী থুব্বাক্তা তারবদি নৃপীগী *শ্রী-লৈত্রা? চিন্তা ত্তোরগা কয়াত ভক্রবা। ভগবতি, ঐনা কন্যাগী বিবাহগী মরমদা ময়া মুংশা থিরথা, মতু অমুক্ করি হায়নি? অত্তুবু হৌজিক্ মাপী বিবাহ ত্তোরনি হায়বা বাসি ঐনা খল্লকপদা ঐগী প্রাণ অসি কপ্পগুম্ ত্তোরক্ই। কপ্পা

তপ। অঃ হা। মমাগী প্রাণনিদনা। অত্তুনি।

অহ। ভগবতি, ঐগী হৃদি সরোবরগী পদ্মিনীসি কনাদা পীগনি? কনানা হেক্তুনা পুথিগনি? ঐনা চোঙা-অচাসিবু অম্সুক্ কুইবা প্রাণ য়াউনা য়োল্লক্পনি, মাবু ঐনা করম্না অতৈগী মথুত্তা পীদগে? ঐগী অমম্ব ইমুঙ্গী মনিল্লি চৎখ্রবদি ঐনা করম্না প্রাণ পুত্থনা লৈদগে? কপ্পা

তপ। দেবী, পুম্নমক্সি বিধাতাগী নিয়ম্নি। কন্যা পোক্পা মকমদা যন্ত্রণা অসি খাওবা তাই। য়েংবিয়ু, চীং নিংথৌগী মহিষী মেনকানা চহি অমগী মতুংদা মহাক্কী উমাগী চন্দ্রমুখ মুমিৎ হুম্নিত মউজৈ। অত্তুনা চিন্তা অত্থু বৃথানি। লেঙসি, হৌজিক্ ঐখোয় মতুং সঙ্গায়দা। মহারাজনু মতম্ অসিদা রাজসভাদগী লেঙথৎলগা য়ারে।

অহ। অজ্ঞা — অত্থুদি লেঙো। অনিমক্ থোক্খিবা

কুক কুমারী অমসুং মদনিকা চঙলক্পা

*অকবা, মঙ্গল। তুগী পুজাগী বা।

কৃষ্ণা। করি য়ানো, দূতি? নঙ্গী য়া তাবদা, ঐদি কিন্থম্ কি। নংনা অম্মুক্ য়ানা অণিদা লাক্লিবা?

মদ। রাজনন্দিনি, অয়োক্‌প চেক্লা পোন্দগী পাইখোরকপদা বনগী চেক্লা পুম্বনা মাগী মতুং ইন্নগুন্না, ঐগীস্থু দশা অন্থু থোক্লমী। অন্থবু ইবেম্মগী চন্দ্রবদন উবদা, ঐদি অন্নাবা খিবিক্তু ঙসাইনা কাউখরে।

কৃষ্ণা। করে দূতি, রাজা মানসিংহনা, ঐখোয়গী পাবুং স্নাখ্বাগী স্নানাক্তা দূত থাদনা, নংবু ঐগী ইক্মদা থাবিরক্লিবা করিননো?

মদ। অক্তা, রাজনন্দিনি, ইবেম্মদি য়াম্না বুদ্ধিমতীনি, ইবেম্ম-নন্থম্ থোইনা খঙবিরিবনি। মুংশিব মী অন্থগী মথুক্লিং খঙদনা কনানা থবক্তা থুৎ থিংজিন্নবগে?

কৃষ্ণা। মোমোয়ন্থনা কৈদোদনা? নহোইগী মহারাজনা ঐবু মুংশিবিবনে?

মদ। রাজনন্দিনি, মুংশিবিবরা, হায়না অমুক্ হংবিরিবা। ঐখোয়গী মহারাজদি দিবানিশি শুপ্পা ইবেম্মগী বাত থিবি, ইবেম্মগী নাম-ত শোল্লি। মহাক্কী মনঃ চঙদরে করিগুম্ব থবক্ অমদা?

কৃষ্ণা। কয়াত ঙক্লবা। মহাক্কদি ঐবু কদোঔঙদা উবিথিন্ত্রি। অন্থদি মহাক্না ঐবু অম্মুক্ য়োনা মুংশিবিরিবা, মরম্ করিননো? করে, দূতি, হায়ুদো তাসি, নহোই মহা-রাজগী রাণী কয়া শুই?

মদ। রাজনন্দিদি, মহারাজদি হৌজিক্ ফাও লুহোংত্রিদা। ঐনা

তারুমী, মহাক্না রাশকৃষে—ইবেম্মবু ফংগ্রবদি মহাক্তি অতৈ কনাবুম্ব লুহোংলোই ?

কৃষ্ণা। সত্যরা ?

মদ। রাজনন্দিনি, ঐনবু ইবেম্মদা মিথ্যা হায়গঙ্গা ? মহা-রাজনা ইবেম্মগী রূপ প্রথম্‌দা মঙদা উই, মতুংদা মাগী মচিন্দগী ইবেম্মগী গুণ তাবদা মহাক্ পুম্ঙাও ঙাওবগুমে।

কৃষ্ণা। য়েঙু, দূতি, ঐগী ইকোক্ চাবা শকুউ, নং থাঙ্গে-শেংবা হায়ু য়েংসি, নখোয়গী রাজাগী মশক্ - মতৌ কমদৌই ?

মদ। রাজনন্দিনি, মহাক্কী রূপকী রা অমমম্ ওইনা ইবেম্মদা করি হায়গনি ? মহাক্না মান্নবা মশক্ ফজব নিপাবু ঐগী ইমিৎনা থক্ উথিদ্রি। অঃ হা ! রাজনন্দিনি, মশক্ অহুগী রা ঐঙোন্দা নিংশিহল্লে, ঐগী মন অসি অমু-ক্তোইনা খাই লাউরমাল্লেদা, আঃ, ফাজদা ! নিংথিদা। করি কুচু-কুমেল্লো ! করি শাওং-শাদানো। সাক্ষাৎ কন্দর্পনি। রাজনন্দিনি, ঐনা মহারাজগী চিত্র অমা পুরক্ই, ইবেম্মনা মিৎয়েং তাবিগে হায়রবদি ঐ মতম্ অমদা পুরক্কনা য়েংহল্লগে। মিৎয়েং তাবিবদা ইবেম্মনা হেক্তা খঙবিগনি, মহাক্কী রূপ কম্‌দৌগে হায়বত্থ।

কৃষ্ণা। মথক্কদা দূতী অসিগী রা সত্য ওইরিদরা ? ওইবস্থ য়াই। কোংনা য়েঙু, দূতি, নং অমুক্ লাকখো ঐগা উনথিসি। হৌজিক্ ঐদি চৎলে। ঐগী সখীশিংনা আদৈ পুখ্রী মপান্দা ঐবু ঙাইরি।

মদ। অস্তা।

কৃষ্ণা। থর চংলগা য়েঙ্ও, নং কাউম্লুকো; দূতি। নক্সা ঐগা ঙাংনগদবা রা য়াম্ নৈ। থোক্‌থিবা

মদ। মথস্তুদা মী খাইনা বিলাসবতীধু রূপবতীনি হায়। অত্বুবু মহারাজনা নারীরত্ন অসি ফংলবদি মাগী মশক্ অমুক্ য়েংনিঙ্গদ্রা ? অঃ হা। অসিগুম্ব রূপ পৃথিবী অসিদা অতে লৈরিদ্রা ? অত্বুগা গুণশু অত্বুমঙাই। সাক্ষাৎ কমলানি। অ হা! অমুক্ মবুক্‌তিংবী নুপী লৈগদ্রা ? চিন্তা তৌরগা করে অত্বু মঙাইরে। মহাক্কী মনঃসি রাজা মানসিংহ-রোম্‌দা অমুক্তুং নিংথিজনা ওল্‌হন্বা ঙম্মগা লোইরে। তুরম্না অমুক্তুং সমুদ্ররোম্‌দা পাংখ্রবদা অতৈ মাইকৈ অমরোম্‌দা ওম্বা ? চিন্তা তৌরগা বাজা মানসিংহগী দূত য়াম্না থুনমক্ অসিদা লাক্লমি, করি থোইনা চিং-নদরে। মহাক্না পত্র অত্বু ফংবদবু নিঙাইদনা অমুক্ লৈথোক্‌কদ্রো ? মহারাজ ভীমসিংহ অসাম্‌দা লেঙলক্লিদনা। ঐ উ অসিগী মরুম্‌দা ঙহাক্ লেপ্তুনা লৈথিসিরা ? মরুম্‌দা লৈবা

রাজাগা, অহল্যাদেবী অমসুং তপস্বিনীগা অমুক্ চঙলক্‌পা

তপ। মহারাজ, রাজদূতকী নাম করি তাক্‌পিথিবদো ?

রাজা। অস্তা, মাগী নামদি ধনদাস। নিপা অত্বু গুণ য়াম্না চেন্নি অত্বুগা য়াম্না থঙি। অত্বুগা রাজা জগৎসিংহ মশামক্ মহাগুণীনি, মহাক্কী অক্ষর মিংচৎ পাক্-চাউই।

তপ। মহারাজ, শ্রীযুৎথোয়দা ভগবান একলিঙ্গগী মীমাংকেতম কৃপানিদনা। য়েংবিয়ুদো, কয়া শুকুপ্ব ঘটনাবো। মহাত্মা রঘুকুলমণি রামচন্দ্রবু জানকী সুন্দরীগা লুহোংনবগী পুরক্কুনা পীবিররেদনা। অসিদগী হেৎ অত্তে মুঙাইবগী বিষয় করি লৈনি, হায়বিয়ুদো?

রাজা। অজ্ঞা, ঙয়মক ইবেম্মথোয়গী আশীর্বাদনি।

তপ। ঐগী সংকল্পদি অসিনি,- বিবাহ অসি লোইবগা ঐ অমুক্ তীর্থযাত্রা চৎলগে। অদুম্না মদি অমুক্ পন্থবিদবা। 'শুভস্য শীঘ্রম্' হায়নরিদনা।

অহ। নাথ, অদুদি কর্ম্ম অসি পন্থবিবা কায়ব্রে? ঐগী কৃষ্ণা- কপ্পা

রাজা। মথুৎ পায়রগা প্রিয়ে, শুভ কর্ম্মগী মরমদা নংনা কপ্পা হৌনবরা?

অহ। প্রাণনাথ, ঐগী হৃদিমণিবু করম্না অতোপ্প অমগী মথুক্তা শিন্নগদগে? কপ্পা

রাজা। খর শাংনা হোম্মোক্লগা দেবি, বিধাতাগী বিধি কনানা কক্পা ঙমদগে? খন্দুনা য়েঙু, নং নশামক্ হৌজিক্ কদায়দা লৈরি, অদুগা হায়া কদায়দা লৈরম্বা? বিধা-তাগী সৃষ্টি মতৌ অম্মুম্না চত্থরক্লি। লৈরাং-উঁরী লিশিং কয়া, উঁহৈ-পাম্বী লিশিং কয়া মীনা লৈকোন্ অমদগী পুরক্লগা অত্তে লৈকোন্ অমদা থানরি, অদুগা মথোয়দু অনৌব আশ্রমদা মহৈ-মপান্না নিংথিজনা লৈরি!

নেপথ্যদা

গীত

আশা গৌড়ি—আড়া

মুণ্ডাইতে খোইমু শঙ্গুনা।
মক্লে থম্বাল্ মথং মথং
ঈশিং থক্তা লৈরে ব্লানা॥
মুমিং তাখ্রে, থা-খোরক্লে,
উবদা থরো নোক্চরে,
শাবি-শানৌ য়াম্ হরাওরে,
বিরহিনী পিনা তাউরে॥
অহিং চঙ্বদা মুণ্ডাই কনানা,
কনাই মনঃ চাক্ই অবা-মৈনা॥

---

রাজা। অঃ হা!

অহ। মহারাজ, ঐগী কোকিল অসি বন অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি ঐবু অমুক্ হিঙ্গদরা? কপ্পা

তপ। মহিষি, ইবেম্মনা অত্তুক্ হাক্লা পাখৎপিরোই। য়েংবিয়ু, ইবেম্মগী ব্লাবদা মহারাজস্থ মা মায়থোং কয়া লাংশিল্লে?

কৃষ্ণা অমুক্ চঙলক্পা

রাজা। লাউ, মেমা, লাউ। মকোক্তা চুপ্পা

কৃষ্ণা। পাবুংখ্রা, ইমাসিনা অস্থুম্ তৌরিবসি করিদোরে? নং কৈদৌ কপ্লি ইমাসি!

অহ। কৃষ্ণাবু অথাক্তা পম্নগা মেম্মা, নংদি অস্থুক্ কুইরবা মতুংদা নঙ্গী দুঃখিনী নমাবু থাদোক্তুনা চৎলেদনা? ঐগী অত্তৈ

কনা লৈ, মেম্বা, ঐবু অমম্মা 'ইমা' হায়না কৌবিনবা ?
কপ্পা

কৃষ্ণা। করি হায়নো ইমা ? নংবু থাদোক্‌না ঐ কপ্পায়দা চৎকদগে, ইমা ? কপ্পা

রাজা। ভগবতি, মোহগীমশক্‌ লৈরাং-তিংখং চুমত তুম্বু !

তপ। অজ্ঞা, চিংনজন্ত্রে। মরম্‌ অসিদগী মমাঙৈদা মহর্ষি-বংশদা অয়াম্বনা সংসার ধর্ম্ম থাত্বনা বনবাসী ওইরম্মী।

ভৃত্য চঙলক্‌পা

রাজা। করি সংবাদনো, রামপ্রসাদ ?

ভৃত্য। ধর্ম্মাবতার, মরুদেশগী ঈশ্বর রাজা মানসিংহ রায়না রাজ স্না মাঙদা দূত থাবিরক্লে।

রাজা। মথন্তদা রাজা মানসিংহনা ঐগী ইফম্‌দা দূত থাবি-রকপদি করিগীনো ? কোংনা আচ্ছা, দূতকী বিধি চানা সৎকার তৌনবা সত্যদাসদা হায়রুচো। ঐ ?না লাক্লগে।

ভৃত্য। সনা য়াথং, মহারাজ। থোক্‌খিবা

রাজা। প্রিয়ে, চৎলো, ঐখোয় মন্থংদা চঙসি। ঐদি অমুক্‌ রাজসভাদা চৎপা তারে।

কৃষ্ণা। মথন্তদা দূতী অহুগী রা সত্য ওইরবদি, দূত অসি ঐগী দমক্তা লাকপা ওইরম্মি। হৌজিক্‌ পাবুংথানা করি লেপ্পিবা—খণ্ডত্রে।

অহ। লেঙসি। তপস্বিনী রোম্‌দা ভগবতি, ইবেমম্মু লেঙবিরক্লো। পুরুরবা থোক্‌খিবা

মদ। চিত্র পারক্লা চঙলগা মথন্তদা অং; হা। রাজমহিষীগী

অম্বাবা উরগা থম্বোই কায়দো। অসিগুম্ব মচাবু মমা-মপানা অমুক্ মুংশিত্রবদি অতৈ কনাবু মুংশিবিদগে ? অনৌব দূত অমা করি দেশদগী লাক্লে হায়রিবসিদি নিংথিনবু খঙত্রিনা। চৎলগে, ম্বারমত্থ করিনো, য়েঙ্খিগে ? ঐনা য়াম্না বিশ্বাস তৌরিবদি, দূত অসি রাজা মান-সিংহমক্না থাবিরক্লম্মি। অঃ হা, পরমেশ্বরনা মহুম্ শীথি-সম্নু। হৌজিক্ চৎলগা নিপা অমুক্ শারুখিগে। মসি মানসিংহগী দূত ওইরবদি, ঙসিদি ধনদাসগী সর্ব্বনাশ শাহল্লুরগে ? হা। হা! নূপীবু অপংবীনি হায়না তুক্চব মথোয়না খন্দবনি, নূপীগী মপোক্ শক্তি কোন্দগীনি হায়বসি। ত্রিভুবন্ মিকুপ্ অমদা প্রলয়-ওম্ব মহাদেবধু *ভগবতীনা কৌশল তৌদুনা মহাক্কী খুয়া-খাদা থম্বিরি। হাই! হাই! নূপীগী বুদ্ধিগী কাদা অতৈ করি বুদ্ধি লৈবা ? য়েংবা তারেদনাসে, ধনদাসমক্কী বুদ্ধিনা কয়া, অদুগা ঐমক্কী বুদ্ধিনা কয়া। হায়নরিঙৈদা রাজনন্দিনী অমুক্ অসোম্দা লাক্পিরি। লোইরেদনা! মায়থোং উবদা ফজনা থঙ্লে, মনঃ খিত্তংদি পেৎলমাল্লে। মহু নত্রবদি, ঐবু অমুক্ তোয়না তোয়না উননিংলিবা করি-গীনো ? হন্দক্তি চিত্র অসি য়েংহন্বা তারে। য়েংদা য়েংখিগে করি ভাব থোরক্পা। হা! হা। হা! মসিদি মানসিংহগী বংশগী কনা অমগী চিত্র নত্তে। ওইদসু কৈদৌনে হায়বগে ? উগী হোদোং ওইসম্লুদনা, উচিক্ফাবা

*কালী মূর্ত্তিবু থাগৎপা

ভম্বগা লোইয়ে।

কৃষ্ণা অমুক্ চঙলক্পা

কৃষ্ণা। অসিরা! দূতি, নংনা ঐবু থিরিবা? নহোই মহারাজনা দূত থাররে হায়বহ্ন ঐ হৌজিক্ তাররে। ঐনা থম্মী-বদি নংনা ঐঙোম্বা য়াচোই অমা ভাওলিবনি—

মদ। রাজনন্দিনি, মহুবু থক্ য়াবরা। ঐখোয়গুম মীভাগী কদৌঙৈদা সাহস অহুক্ লৈগদরা?

কৃষ্ণা। অহুদি, দূতি, থিবয় অসিদা ঐদি উরে, শাখিব বিবাদ অমা নত্রগা অমা থোক্পা ভারে! নং তাত্রিবরা, জয়-পুরগী রাজানসু ঐহাক্কীদমক্ দূত থাবিররে?

মদ। রাজনন্দিনি, মহুদা ঐখোয়গী মহারাজনা কিবিগদরা? ইবেম্মগী য়াথং লৈরবদি মহাক্না জয়পুরবু মিকুপ্ অমদা ভস্মরাশি ওইহনা ওগ্নি।

কৃষ্ণা। যোখোয়ছনা নংনদি নঙ্গী রাজাগী প্রশংসা তরনা তৌরি। করে য়েঙসি করি থোক্লবা।

মদ। রাজনন্দিনি, ইবেম্মনা মহারাজগী-রোম্দা লেপ্লিরবদি, মহাক্পু অতৈ কনানা কংনি?

কৃষ্ণা। লোক্‌না য়েঙ্, দূতি, পারিজাতকীদমক্ *ইন্দ্রগা যদু-পতিগগী-বিবাদ হৌখিদো। হৌজিক্ য়েঙসি কনা ওগা! নং অহুদি হৌজিক্ নখোয়গী রাজদূতনা অমুক্তং উবোদো।

মদ। অজ্ঞা। থর চংলগা অমুক্ হাক্পা রাজনন্দিনি, ইবেম্মদা

*সত্যভামানা হায়জবদগী পারিজাত হরণগী প্রসঙ্গ।

ঐখোয়-মহারাজগী চিত্র অমা হেক্লকুগে হায়রবদো, সেসে হেক্লিরো। মতুং পীবা মসি হৌজিক্ ইকেম্মগী মাতা থম্বিরো; ঐহোন্দা অমুক্ হন্থিরক্লে। থোকচিল্লু

কৃষ্ণা। মথক্তদা করাত ত্তকখ্ৎবা! রাজা মানসিংহগী কা তাবদা ঐগী মনঃ অমুক্ চরাংনরিবা করি মরমসো? চিত্র রেংলগা ইস্! রূপ অসিদে! অঃ হা! চিত্রান্ মতা! মনোহর অমুক্ ফজব নিপা পৃথিবীদা লৈব্রা? আঃ ফজেদা, ফজৈ! দূতী অমনা হায়রবছ সত্যনিদনা! হাই! হাই! ঐগী ভাগ্যদা মসি তক্লম্গদ্রা?—ঐগী মনঃ য়াম্না চরাংনরক্লে! নত্তে-সিদা লৈবা হৌনদরে, কনা অমা লাক্লগা উথ্ৎগনি। চংলগে, ঐগী য়ুম্তারা। মমুদা চিক্লা চিত্র অসি রেংলুগে। অঃ হা! চমৎকারনিদা—

চিত্র রেংনা রেংনা থোক্‌থিবা

ইতি কৃষ্ণকুমারী নাটকী অনিশুব অঙ্ক।

---

## অহুম্শুব অঙ্ক

### অহানবা গর্ভাঙ্ক

উদয়পুর, রাজধানীগী মমাঙ্দা

মরুদেশগী দূত অমসুং (দিপাশালা) মদনিকা চঙলক্পা

দূত। করাত ত্তকখ্ৎবা! অদুদি পত্রগী বা অসি সত্যরা?

মদ। অজা, অহোই, সত্যনিদনা? রাজকুমারীনা পত্র ইরগা অহাক্লা ঐহোন্দা পীবি; মতুংদা ঐনা বিশ্বাসী মী অমদা মহাশয়খোয়গী রেংদা থাথি।

দূত। মহু ওইরগনু, ঐখোয়গী মহারাজগী ভাগ্য য়াম্না কৈ হায়রবা তাইদনা, মহু নত্রবদি নখোয়গী রাজকুমারীনা মহাক্পু অমুক্ মুংশিবিগদ্রা? অংহা। কয়াত ওরুব লীলানো বিধাতাগী। মহা মণি পাম্ভুনা কনানা চভিও অমম্ব খনিদা, অহুগা তারম্ভুনা খুল্লি কনা অমনা লম্বীদা। মবাইবক্কী বানি পুম্নমক্নি! মহারাজনা পত্র অসি ফংব-দগী মতৌ অমা তৌবক্পহু করি অমুক্ হায়গনি নওোন্দা?

মদ। য়েংবিযু দূত মহাশয়, খর চেক্শিন্না চংপিগনি। পত্র অসিগী ৱাফম্ অসিদা প্রকাশ তৌবিগনু, মহু ওইর-বদি রাজনন্দিনী ইকাই-হঙ্গোইবদগী প্রাণ ফাওবা থাবা য়ায়।

দূত। হোইদা! কবি ৱানো? ঐদি ওাওবমক্তি ওাওত্রিনা বাফম্ অসিবু প্রকাশ তৌবা হৌনত্রা।

মদ। জয়পুরগী দূত ধনদাসবুদি মহাশয়না নিংথিনা খওবি-বিরোইদো।

দূত। খওনদে, মহাক্ত ঐগা থোইদোক্পা ৱারি-ৱাতাই শানবা লৈতে।

মদ। মহাশয়, মাননে ইবুঙোখোয়গী রাজাবু কয়া নিন্দা তৌই, মহু তারবদি মহাশয়দি মৈদোনা চাক্লকনি।

দূত। অচুম্বরা?

মদ। মহুদা রাজনন্দিনীনা কয়া মুঙাইতে, মহু করম্না হায়সিগে। মহাশয়, মাবু খজিক্তং পঙহন্বিবা ওম্গদ্রা? মহু ওইরবদি য়াম্না ফনি।

দূত ! করিগীনো ? মানবু করি করি হায়রবগে ?

মদ। মহাশয়, মানা হায়বহুবু ঐখোয়দি চিন্দা পম্বদা ইকাইজৈ। মানা মীঙোন্দা কোয়চচ্চত্তুনা হায়রিব্দাই— মহারাজ মানসিংহদি ভ্রষ্টা নৃপী অমগী য়োক্চব মচানি, অহুগা মহাক্তি মরুদেশগী অশেংব অধিকারী নত্তে।

দূত। এঁ—করি, করি হায়বা ? মাগী মতিক্ অত্থক্ লৈরবরা ? করি হায়নি ? ঐদি ব্রাহ্মণ অহন্নি, নৎলমদ্রদি দণ্ড অসিদা মাগী মকোক্ কক্লম্দৌনি !

মদ। মহাশয়, মসিদা অত্থক্ হাক্লা শাউরবদি থবক্ য়াররোই। বাহৈ রাতা অমা-অনিনা মচৎ ফত্তবহুবু দণ্ড পীবা ঙম্লবদি কৈ, মত্তনা অতৈ করিগুম্ব অত্যাচার তৌবদি মথোং চারোই।

দূত। আচ্ছা, ঐ হৌজিক্ রাজমন্ত্রীগী মনাক্তা চৎলে। মতুংদা অমুক্ তানরগা তৌবা তাবে। লক্মুইগী মচিন্দা নোংশাক্লী নিন্দা। মসিবু কদৌঙৈদা হেক্ খাঙবা য়াব্রা ? খোক্থিবা

মদ। মখত্থদা বাঃ ! বিবাদ অমদি থোক্হল্লেদনা ? হৌজিক্ জগদীশ্বরনা শীম্বিরসু, মসিদা রাজনন্দিনী কৃষ্ণাগী করিগুম্ব বিম্নি থোক্হম্বিরমু। ফরে, মসিমু য়াম্না ঙক্থেদ্না ; ঐদি বেশ্যা অমগী লোয়নবীনি, বনগী উচেক্কোনা স্বাধীন্নি, কদৌঙৈদমু সংসার-পোন্দা ফারুব্রি। অহুবু সুন্দরী রাজকুমারী অসিগী স্বভাব উৎদা ঐগী মনঃ

অস্নুম্ তৌরিবা করিমনো ? সত্যানিনে ! ইকাইবা অদুগা ফজব-ব্যবহার নূপীগী অথোইব অলঙ্কারনি। অঃহা ! থম্বাল্ অনিসি পুৎরী অসিদগী হেক্তুনা লংশোক্লম্বা ঐনা কত্তব-ক্লেশ করম্বদা ; মদু হৌজিক্তুদি খঙবা ওয়ে। ধনদাস অসোম্দা লাক্লেদনা।

ধনদাস চঙলক্পা

মহাশয়, নুঙাইবিরিবরা ?

ধন। হে হে মদননিনা ? কম্দোরিবা ? ভাই, নং খুদোপ্ অদুদি কদায় থম্থে ?

মদ। অজ্ঞা, মহাশয়দা তম্গদবা ইবু ইকাই ! অদুগা মদু তাকি-রগন্নু শাউবিবা য়াই ?

ধন। কবি বানো ? করিদোরে ? কৈদো শাউদগে ?

মদ। অজ্ঞা, অদুদি তাবিয়ু। নগর অসিদা মদনিকা কৌবা য়াম্না ফজবী নূপীমচা অমা লৈ, মাবু ঐনা য়াম্না নুংশি। মানা ঐওোন্দগী খুদোপ্ অদু মুন্দুনা লৌথরে।

ধন। সর্ব্বনাশ শারেদনঃ। অদুগুম্ব মমন্-নাইদব্র রত্নবু বেশ্যা অমদা পীবা হৌনব্রা ? নঙ্গী মতৌসিদি য়াম্না অঙাঙ্গী বুদ্ধিনিদনা। অচা চা। অদুগা নংদি নহা অস্নুক্ ওইনা অসিগুম্ব মীশিঙ্গা সঙ্গ তৌবরা ?

মদ। য়েংবিয়ুদো, মহাশয় শাউরোই হায়বিখ্রগা শাউদিরিবা করিগীনো ?

ধন। মথক্তদা চুম্মী মহুম্নু, ঐমক্না শাউরিবা করিগীনো ? কোংনা হা ! হা ! হা ! ঐনা কাগি তৌখনিদা। করে, নংসিদি,

উরেদনা, য়ামা হুডাইব মীনিনা। করে, নঙ্গী মদনিকা অসিদি কদায়দা লৈ, হায়ুদো ভাই।

মদ। অজ্ঞা, মাগী যুম্‌দি সহরগী মপান্দনি।

ধন। মথন্তদা নূপী অতুগী ময়ুম্ খণ্ডলবদি খুদোপ্ অতু পৈশা থর পীডুনা লৈহৌনবগী হোৎনবা য়ায়। তরাই তরাইনা পীত্রবম্ উপায় অমা তৌরুবা য়ায়। কোংনা কদায়দনি হায়বা ভাই?

মদ। অজ্ঞা, সহব অসিগী মপান্দা।

ধন। করে, নূপীমচা অতুগী মশক্-মতৌদি ফজৈদনা?

মদ। অজ্ঞা, থোইনা থীবা নত্তে। মহাশয়, অসোম্‌দা য়েংবিয়ুদো, রাজা মানসিংহগী দূত মন্ত্রীগা লোয়নহুনা অসোমদা লাক্‌পিরি।

ধন। অফব বা নিংশিংহল্লে, ভাই। নঙোন্দা ঐনা মপুং সঙ্গায়দা হায়রুনবা হায়রম্ব য়াশিংদো হায়বম্মেদনা?

মদ। অজ্ঞা, মহাশয়গী থবক্তা ঐনা কদৌডৈদস্ থৌশাদবা তৌত্রা?

ধন। নঙ্গী ভাই, গুণ কয়াতনো, ঐনা ইচিন্ অমতনা মতু কয়া হায়গনি? করে হায়ু তাসি, নঙ্গী মদনিকা কদায়দা লৈবা?

মদ। মাগীদমক্ মহাশয়না অদুক্ লাঙতক্লবিরিবা করিগীনো? নোংমা, নত্রগা, চৎমিন্নরগা মহাশয়গা মাগা উনহন্‌গে, মতু তৌরবদি য়ানিদনা? ঐ হৌজিক্ চৎলে, লেপ্পরোই

অমুক্ । মখক্তা য়েঙ্গেদো, ঘটক ভায়াগী ভাগ্যদা ওসি করি খোক্পা । খোক্‌খিবা

ধন । মখক্তা থুদোপ্ অহু কংত্রিমখৈদি ঐগী মনঃ অসি'করিমতা তঙ-তারোইদৌরে । মহুগী মমন্ লুপা লিশিং তরামুক্কি'। মহুবু তরাই তরাই' খাদোক্পা য়াবরা ? অহো । মহারাজবু কয়া কয়া ভুলাইহনা মহু ফংলম্লি ; মহু নিংশিংলুবদা মিত্তা পি তাই । থজিক্ খরাকীদমক্তা মহু ঐগী খুত্তগী নাম্থোক্পা ওম্মম্মোই । য়েঙ্গে, মদনিকা অসিগী মযুম্ থগুলবদি অমুক্তং খগুদোক্পা ওম্গনি । ধনদাসগী চালা-কীবু করিমতা কায়দনা তোক্লদরা ?

সত্যদাসগা লোয়নহনা দূত অমুক্ চঙ্লগা

সত্য । অসিদা ধনদাস মহাশয় লৈরেদনা । লেওসি, রাজসভাদা অমুক্তং লেঙ্সিদনা ।

দূত । মহাশয়, মহাক্নি রাজা জগৎসিংহগী দূত নত্রা ?

সত্য । অজ্ঞা, মানি ।

দূত । ধনদাসয়োম্দা মহাশয়, ঐখোয় অনিমক্না মমন্-নাইদব রত্ন অমগী আশাদা দেশ অসিদা লাক্লবনিনা ঐখোয় অনি মহৈ মহৈ বিপক্ষ ওইরে , অহুবু ঐখোয় অমগা-মগা নত্তব-বেভার তৌনবা হৌনবরা ?

ধন । অজ্ঞা, মহু য়াবরা ?

দূত । অহুদি—ত্রা অমতং হংজগে ,—সিরি, মহাশয়না ইতত্তনা মরুদেশগী রাজ্যেশ্বরগী নিন্দা তৌই, মসিবু মহাশয়গী য়োক্ত্য কর্মরাঃ ?

ধন। হায়বিরিবা করিনো মহাশয়? দ্বা অসি মহাশয়দা কনানা হায়বগে?

দূত। মহাশয়; সুংশিং শিত্রবদি উনা থক্ লেগুদে।

ধন। মহাশয়না ঐগা য়াম্না বিবাদ তৌনিংবনিদ্দা?

দূত। মহাশয়গা ঐগা বিবাদ তৌরগা করি কল কংদোরিবা? অছুমদি ওইরবদা মহাশয়না ছুকম্ম অসিগী মতিক্-চাব কল কংবিনি: করিমতা সন্দেহ তৌবিনু। মহাশয়খোয়গী নরপতিদি বেশ্যাদাস, জগোই, ইশৈ, প্রেমালাপ-বিদ্যা-পুম্বসিদা য়াম্না এক্সপার্টনি, অতুনা মহাকৃপু, রাজেন্দ্রসিংহ মানসিংহগা লাম্বা য়াব মীরা? নত্রগা সুন্দরী রাজকুমারী কৃষ্ণাগী যোগ্য পাত্ররা?

ধন। সত্যদাসরোম দা মহাশয়, তাবিরেদনা? নাকোং মথুৎনা মেল্লগা দূতরোম দা ঠাকুর, করি হাযনি, নংদি হমুব ব্রাহ্মণি, নত্রবদি মংবু ঐনা গুসি অম্নম্ থাদোকদরা!

দূত। করি, করি? নং করি তৌগে হায়বগে? এঃ। গুম্নিদে পোওলেদা?

সত্য। মহাশয়খোয় তপ্থবিয়ু। অরেম্বদা চিন্দা-পাউদানবগী দরকার করিনো? খোইদোকপদি, মফম্ অসিদা মহাশয়-খোয়গী অসিগুম্ব নত্তব বেভার প্রকাশ তৌবা হৌনবরা?

ধন। অস্তা, হোই, অচুম্বনি। অছুবু ইবুঙোনম্ব বিচার তৌবি-য়ুদো, হিরম্ অসিদা ঐগী দোষ করিনো? মহাক্তনী বিবাদ তৌরিবনি।

বলেন্দ্রসিংহ চংলক্পা

বলে। করিনো তৌরিসিদে, মহাশয়? ইবুঙৌখোয়দি শাথিনা

তাবানরেদনা ? মহাশয়খোয়দি যুদ্ধ চৌখিরখোইরে * লক্ষ্য কক্তিংউরেদনা ?

দূত। অজ্ঞা, নচ্চদে। যুদ্ধ করিগীখু হৌদগে ? অহুদা, জয়পুরগী দূত মহাশয়দা ঐনা পাউতাক্ অম-নিংং পীরম্বনি।

ধলে। করি পাউতাক্ পীবিরম্বা, হায়বিয়ু তাসি ? মহাশয়গী ইচ্ছাবু মসিরা, মহাত্মা বিবাহ অদিগী আশা থাদোক্তুনা স্বদেশদা হন্থিবা, মত্রদো ? হা। হা। হা!

ধন। হা। হা। হা! অজ্ঞা, অমরোম্‌দা মহু তারেদনা।

দূত। অজ্ঞা, মানি! ঐগী বিচারদা মহাক্না তৌকম্ থোক্লবনি। মহাশয়, সম্মান অচৌব পোৎনি। মরম্ অসিনা অসি-গুম্ব সম্মান অসি ঙাক্লবগী বিষয়দা থৌশাদবা থক্ তৌরোইদবনি।

ধলে। হা। হা! দূত মহাশয়, ইবুঙোদি, উরেদো, স্বয়ং চানক্য অবতারনি। ফরে মহাশয়, ঐনা তাখি, ইবুঙোখোয়গী মরুদেশদা ভগবতী বসুমতীদি চাবোক্তবীগী স্বভাব চৎলি, অদুদি—হায়বিযুদো, ইবুঙোখোয়গী রাজকর্ম করম্না পাঙ-থোকই ?

দূত। বীরবর, চাবোক্তবীগা কনানা যুম্বাম্নদবগে ?

ধলে। হা! হা! বৈশ! ধনদাসিরোমণা তাবিয়ু মহাশয়, ইবুঙো-খোয়গী অম্বরদেশগী বর্ণনা অমুক্তং তৌবিয়ু তাসিদনা।

ধন। অজ্ঞা, মহু বর্ণনা তৌবা ঐগী ইতিক্ করি লৈনি ? * পঞ্চাননমক্না অম্বরগী ঐশ্বর্য্যগী বর্ণনা নিংথিজনা তৌবা

* মহাভরতকী প্রসঙ্গ * মহাদেব

গুম্‌দে। মহাশয়, ঐখোয়গী অম্বর, সাক্ষাৎ * অম্বর দেশ-মরি। মকম্‌ অহুদা নৃপী নহাশিং তায়া-মপৈ মায়না ফৈরে, অহুগা নোংদা, নোংথাং অমম্ভুং নোংমরিক্‌মচা রাজভাণ্ডারদা হীরা-মুক্তানচিংবনা থল্লি, মহুগী মথক্তা ঐখোয়গী মহারাজদি স্বয়ং চন্দ্রমানি—

দূত। হোইদা, চন্দ্রমাগুম্না কলঙ্কীশুনি।

বলে। হা! হা! করি হায়রবা, ধনদাস?

ধন। অস্তা, অহুক্‌ হায়জবা শাবনিদো, করিবু হায়নি? মকুদি শুমিৎকী মঙান্‌ কদোতৈদো। থাঙবা গুম্‌দেদনা! অহুগা মরুক্‌ লাম্‌চুনা অহিংদা মপান্‌ থোক্লবসু, চন্দ্ররোম্‌দা মমিৎ ফন্দোক্‌না য়েংবা গুম্‌দে। তেজলৈব পোৎমখৈদি মাগী মিৎকী হুনি।

বলে। হা! হা! হা কম্‌দোই, দূতবর! হাযরিবসে! নেপথ্যদা ঘন্ন ধ্বনি করিনো তৌরিসিদে?

নেপথ্যদা পুং শেন্‌ য়েবা

সত্য। তোতো, মহারাজ রাজসভাদা লেঙশিল্লক্লে। লেংগসি, ঐখোয় হৌজিক্‌ চৎলসি।

রক্ষক চঙলক্পা

রক্ষক। খুৎলোয়চুনা, বীরবর, গণেশ গঙ্গাধর শাস্ত্রী কৌব দূত অমথক্‌ মহারাষ্ট্রপতিগী লাঞ্জংদগী সিংহদ্বারদা থুঙলে। করি আজ্ঞা তাকৃপিগদবা?

বলে। দূতলা? মহারাষ্ট্রপতিগী লাঞ্জংদগী হায়রা? আচ্ছা,

* আকাশ।

মহাক্পু রাজসভাদা পুশিল্লু, ঐ লাক্লে। লেওসি অহুদি ঐপোয় পুন্নমক্ রাজসভাদা অমুক্তং য়ৌরুসি।

পুন্নমক্ থোক্খিবা

মদনিকা অমুক চঞ্চলক্পা

মদ। মথন্তদা ছোৌজিক্তি ঐগী কর্ম্ম মহৈ য়াক্লে, অহুনা নগর অসিদা অমুক্ পম্বক্লবগী দরকার লৈতরে। ঐগী খুজিন্দগী রাজনন্দিনীশু রাজা মানসিংহবু অম্বুক্ মুংশিবিয়ে, মহাক্তি রাজা জগৎসিংহগী নাম পষদা অমুক্তোইনা মৈ ক্রুং ক্রুং ছোৌই, অহুগা ঐগী পত্র কংবদা মানসিংহনশু দূত থাবিরক্লে। অহুনদি অসিদা অমুক্ লৈহুনা করি কাম্লনি? চৎপদি তারে, অহুবু রাজনন্দিনীবু থাদোক্তুনা চৎপদা প্রাণ অসি কৈনো অমা তৌই। অঃহা! অসিগুদ স্বভাব নিংথিবী নুপীমচা অনি শুদেদা! হে পরমেশ্বর, ঐনা বন্দা মৈ চুরম্মে, মসিনা লাশ্মে শাহুনা সুনয়নী কুরঙ্গিণী অসিবু চাক্হন্বিগন্‌হু। প্রভু, মহাক্লা মাবু কৃপা তৌবিহুনা কল্লু। চৎলগে, ঐমক্লা ধনদাসগী মমাঙ থানা জয়পুরদা থুংদবা য়াদে। থোক্খিবা

---

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক

### উদয়পুর, রাজ-উদ্যান

তপস্বিনী চংলক্পা

তপ। মরম্দা কয়াত চেক্থ্রবা ! ঐনা ত্রিপতিদা ভগবান গোবিন্দরাজগী মন্দিরদা কৃষ্ণকুমারীগী মরমদা কত্তব-রম মঙলমশু থাজেশেংনা থোক্লবরা ? রাজা মানসিংহ অমসুং রাজা জগৎসিংহ—অনিমক্না রাজনন্দিনীগী বিবাহগী আশাদা নগর অসিদা দূত থাখিরক্লে, অদুনদি শামু অনিসিনা থেঙ্নাইমদনদি হন্গদ্রা ? নক্রগা মখোয়গী অকিব লড়াইনা বনগী সামান্য দুঃখ দশা থোকদরা ? হাই !' হায় ! বিধাতানা কয়া খৈরীবিরবা ! স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা দীনবন্ধু নংতমি সত্য ! কৃষ্ণানস্ উরে, রাজা মানসিংহবু য়াম্না নুংশিরে। করে, চৎলগে, রা পূর্ণমশি রাজমহিষীদা অমুক্তং খঙহন্নবনা চুপ্নি। গোক্থিবা

কৃষ্ণকুমারী চংলক্পা

কৃষ্ণা। শখ্না উচেক্তোনা ক্রং পাইথ্রবরা কজিনেন্ দূতী অদুবু ? ঐনা মাবু থিরুনবা মী কয়া কদায় কদায়দা থাক্সে, মশিং নাইদরে। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা কয়াত ওকথ্রবা ! মানা করি মায়ানা ঐবু অস্কু খোয়রাংহল্লিবা, ঐদি করিমতবু খঙবা ঙম্দরে। হা অপংব মন. ! করিগী বৃথাদা অস্কু তথক্ তথক্লিবা ? অহিংগী মতবু কদোম্তে মহে রাষগে ? দূতী অসিনা ঐবু হল তৌরবরা ? মহুস্

রুকয়া হায়রিসিবা ? মখোয়গী রাজাগী দুত কাওবা লাক্লে। কিন্তা তোবগা ভগবতী কপালকুণ্ডলাদা ঐগী মনগী ৱা পুখ হায়দোক্লে রক্সিবু করিবরা ? অসিগুম রহস্য অসিবু পুক্নিংদা লোত্তুনা থম্বা য়াত্রা ? তীম্না লৈরাং মথোন্ চিক্থত্তুনা থোরকপগুম্না, মসিস্ মহুম্ তোই। আছু ভগবতী, ইমাগা ৱারি শানা শানা অসোমদা লাকপিরিদনা। ঐগী ৱা ওইরম্লি। হাইমা, ইকাইজেদা! ইমানা তাবদা করি হাযরিগবা ? ঐদি ইমাদা ইমাইসি করম্না উৎকদগে ? বিধাতানা লাইবক্ অসিদা করি ইবিরম্বা, করিস্ত্রু হায়বা য়াদ্রে। চৎলগে, হৌজিক্ সঙ্গীত-শালাদা চেল্লগে।

থোকথিবা

অহল্যা দেবীগা লোয়নহুনা তপস্বিনী অমুক্ চঙলকপা

অহ। করি বানো, ভগবতি ? ইবেম্মনা ৱা অসি কৃষ্ণাগী মচিন্দগী তাবিরব্রা ?

তপ। অজ্ঞা, তাজরে। মা মশামক্তা হায়রম্মে।

অহ। কয়াত ওকথ্রবা।—

তপ। মহিষি, লজ্জা যুবতীগী হৃদি মন্দিরগী দ্বারি মশক্তি। মাবু মাইথিহম্বা তরাইব কর্ম্মরা ? ঐনা কয়া কৌশল তৌদুনা বিষয় অসিদা মহে য়াল্লকপা, মহু ইবেম্মদা করিমুক্ হায়দিগে ?

অহ। অঃহা ! মরম্ অসিননিদনা নুপীমচাবু মমায় অমুক্ মক্তা উরিবা ! করে, ভগবতি, কৃষ্ণানা রাজা মানসিংহবু অমুক্ [illegible] মরম্ [illegible] থওবা ওম্বরা ?

তপ। মহিখি, লাইনা তম্বনি পুন্নমক্কু। আহু সূর্য্যমুখী লৈরাং উবিরিদনা, মানা হেক্ শাংপদা সূর্য্যদেবরোম্দা য়েংহুনা লৈ, অহুব্ করিগী য়েংলিবনো হায়বহু কনানসু হায়বা ঙমদে।

অহ। সূর্য্যদেবগী অরংব মঙান্ উবদা সূর্য্যমুখীনা মহাক্কী মখা পোম্বনি, ঐগী কৃষ্ণাদি রাজা মানসিংহবু থক্ উখিদ্রি—

তপ। দেবি, পুক্লিং-মিংনা করিবু উদবগে মীনা? থোইদোক্-পদি, ভগবান কন্দর্পগী লীলাখেলা অসিবু ইবেম্মনা খঙবি-দরা? *দময়ন্তী সতীনা রাজা নলবু মহাক্কী চর্ম্মচক্ষুনা উহুনা মহাক্কী মফমদা মুংশিবা পোক্খিবরা? ইথক্ থক্লা অংহা! কয়াত মনঃ হুরব গন্ধনো! দেবি, য়ে বিযুদনা, মুংশিব গন্ধসি গন্ধ-পুবগা লোয়ননা আকাশদা তাউরি, লৈবাং করম্বদগী মহাক্ পোক্লকৃপা, ঐথোয়না মহু উবা ফংদে। অহুবু ঐথোয়না নিংখিজনা খঙি,—লৈরাং অহু য়াম্না ফজে। মসিনঃ মখোন্ থোক্লনা ঐথোয়দা মাগী অপোক্প লৈরাঙ্গী নিংখিজবা শন্দোক্লা তাক্লরি। দেবি, মিংচৎ-মনম্গীসু, খঙবিসি, রীতি অসিনি। মরুদেশগী মবুঙো মানসিংহ রায় মমিং চত্তব নিপা নত্তে।

অহ। অজ্ঞা, মহু সত্যনি। নেপথ্যদা যন্ত্র ধ্বনি

তপ। তাবিয়ু মহিখি, রাজনন্দিনীগী মপুক্লিঙ্গী ভাব অহু হৌজিক্মক্ প্রকাশ ওইরক্লি।

* মহাভারতকী নল-দময়ন্তীগী প্রসঙ্গ

নেপথ্যদা—]

গীত

ভৈরবী-মধ্যমান।

মাবু উদবদা ইমিৎ চোৎলে।
প্রাণ হুখে কাম্‌ভেল্লা মন্থহল্লে॥
দিবানিশি ফুণ্ডাইবা লৈত্রে পুক্লিংদা,
পুক্লিং বাবা, ইভা, হায়নি কনাদা॥
মলয়-মালংব চাক্‌হল্লে ভত্তনা,
থমোইদা লেংলয়ে কোকিল-কুহুনা॥

---

তপ। অঃহা! ঋতুরাজ বসন্ত খোংদাবদা, কোকিলবু কনানা মচিন্ মেন্দুনা থম্বা ওবগে? মানা শোয়দনমক্ মবুক্লিঙ্গী ব্বা দিবানিশি পঞ্চম স্বরনা বন্দা কোংদোক্‌ই। যৌবন চওবদা মী ওইবগী হৃদিশু মতৌ অত্থম্না তুমিন্না লৈবা ওমদে।

অহ। করে ওইরসম্ন। ভগবতি, ইবেম্মগী ব্বাহ্ন তাবদা ঐগী মনঃ কয়া খোয়রাংলক্লে, হায়বা ওম্‌দ্রে। হাই, হাই, ঐগুম্না লাইবক্‌থীবী নূপী অতৈ লৈব্রা? ইচাগী বিবাহ নিংথিজনা তৌগে হায়না আশা চাউনা লৈজরম্বনি, অহুবু বিধিনা চাম্বিদবনা, উরেদো, পূয়মক্সি অরেম্বদা তারে। কম্না

তপ। করিগী, মহিবি? করিগী লেম্‌গ্‌দৌরিবা?

অহ। ভগবতি, ইবেম্মনা খম্বিরিব্রা,—মহারাজনা মরুদেশগী রাজাদা মজাইবেম্মা পীবিগনি? অমরোম্‌দা রাজা মানসিংহগা

অহ। হাঁয়হৈদে! কৈদৌদনা মেমা! ইচাবু ঊশিংদা করিগী লাংশৈকদগে? নুপী মচাশিংনা পুন্সি চুপ্না মপামদা লৈবরা, ইবেম্মা? কপ্পা

তপ। ইচাসিংদে, উচেকু মচানা পুন্সি চুপ্না পোকৃকম্ মহুম্‌দা লৈহুনা মতম্ লেবরা? য়েঙ্‌দনা নঙ্গী নমাসিংজ, মহাক্না করম্না মপাবুঙ্গী যুম্ থাদোক্‌না যামৌগী যুম্‌দা লৈরিবা? নংশু মহুম্ তৌনিদো, মহুপা করি য়ারিবা?

কৃষ্ণা। ভগবতি,— কপ্পা

অহ। তপ্‌থো, মেমা তপ্‌থো। ছি, মেমা, কপ্‌কনো। কপ্পা

কৃষ্ণা। ইমা, ঐবু অসুক্ কুইনা য়োকৃপিরক্লগা মমৈদা বনবাস তৌহল্লগেরা? কপ্পা

তপ। মহিবি, আঁচু মহারাজ অসোম্‌দা লেঙবিরক্লি। মহাক্না নখোয় অনিগী দশাসি উবদা য়াম্না ৱারনি। অহুনা থবক্ অমা তৌবিযু, রাজনন্দিনীবু পুহুনা থর থৈদোক্‌না লৈবিরু।

অহ। লাউ, মেমা, ঐখোয় হৌক্লিক্ চৎলসি।

অহল্যাদেবী অমসুং কৃষ্ণা থোকৃখিবা

তপ। মথন্তদা তুম্‌দবা, চাদবা, অকব তপস্যা—পূর্ণমক্ অসিনা সংসার-মায়াগী য়োংহল্লিংদগী মুক্তি পীনৈ হায়না ঐনা থাম্লিবানি। কদায় অহুদি? ঐনা মুক্তি অহু কংলে হায়বন্থ করিমত্তা থম্লুদে। অঃহা! মখোয় অনিগী অয়াবা উবদা থমোই কায়রে। থর শাংনা থোংদোরক্লগা হে বিধাতা, মীপী থমোইদা মংনা ইন্দ্রিয় পূথগী বীজ থাবিরম্মে, মহুবু

মরম্ কংনা মুক্তোক্পা মীগী মতিক্লা? কুপ্-লাক্টবা তাবদা * যোগীপ্রলীস্থ মনঃ চরাংনরক্ই।

রাজা ভীমসিংহ চঙলকৃপা

রাজা। ভগবতি, মহিষী নত্রা অসিদা লৈরম্বদো?

তপ। অজ্ঞা, মানি! মহাক্ অসিদা লৈরম্বনি, হৌজিক্ অমুক্ হেক্ লাকদৌমাল্লে।

রাজা। মহাক্না ঐগা ওাঙ্নগদবা অরুব ধ্বা অমা লৈ। কোয়চচ্চংলগা ভগবতীস্থ তাবিরম্বা য়ায়, মরুদেশগী অধিপতি রাজা মানসিংহরায়নস্থ কৃষ্ণাগী বিবাহগী আশা তৌত্থনা ঐগী ইকম্দা দূত থাবিরক্লে।

তপ। অজ্ঞা, তাজরে।

রাজা। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা ভগবতি, পুম্নমক অসি ঐগী লাইবক্তদ থোক্লরবা!

তপ। অজ্ঞা, করি য়ানো, মহারাজ? অসিগুম্বদি সর্ব্বত্র থোক্ইনা।

রাজা। ভগবতি, ইবেম্মদি পুজিগী তপস্বিনীনি, অদুনা দেশ অসিগী মীগী চরিত্তি মুন্না খঙবিদে। বিবাহসিগী মরম্দা গোলমাল কয়া থোক্লগদপে, মশিং লৈরিবরা?

অহল্যাদেবী অমুক্ চঙলকৃপা

প্রিয়ে, নঙ্গী কৃষ্ণাগী বিবাহ ইনিংতৌনা কজনা পাঙ-থোক্লনি হায়বসি ঐদি করিমতা বিশ্বাস তৌদ্রে।

অহ। করি য়ানো, নাথ?

* মহাদেব

রাজা। করি অমুক্ হায়্রগে? বিষয় অসিগী মহারাষ্ট্র অধিপতিনা রাজা মানসিংহগী পক্ষ ওইনা, ঐঙোন্দা হায়জরক্লে—

তপ। নবনাথ, অদুদি নজাইবেম্মবু রাজা মানসিংহদা হেক্ পীথোক্পিব্রিবা করিগীনো? মহাক্ সামান্য রাজপাদি নত্তেনা—

অহ। প্রাণনাথ, দাসী অসিগীসু প্রার্থনা অমুনি।

রাজা। করি ব্রানো, দেবি? রাজা জগৎসিংহ ঐগী য়াম্-চান্নব মরি-মতানি, অদুগী মথক্তা অমুক্ মহাকী দূতনা হায়লাক্লে, হৌজিক্ ঐনা করি হায়রুনা মাবু বিষয় অসিগী আশা কায়হল্লি? শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা হে বিধাতা, নংনা ভ্রমগী মৈ চুরম্মিব অসিবু ঈ-ঈচেন্ নত্তনা অতৈ কবিনা মুৎহন্গনি?

অহ। প্রাণেশ্বর, মহারাষ্ট্রপতিনা মসিদা থুং থিংজিল্লিবা অসিগী কারণ কবিনো? মহাক্ নত্রনে স্বদেশদা হুন্নবা তৌথে হায়বত্রু।

রাজা। দেবি, নংদি নরাধম অদুগী চরিত নিংথিনা খঙদেদো। মাদি অসি পাম্মিবনি। যেসা লংজিন্ অমা ফংলগা লোইরে।

তপ। হরে, মহারাজ, শ্রীযুৎনা মসিদা সম্মত ওইত্রবদি, মহারাষ্ট্রপতিনা করি তৌদগে?

রাজা। অদু ওইরবদি মাগী গুণ্ডাদলনা অমুক্ দেশ লুট তৌবা হৌগনি! হাই। হাই। মহুদবু দেশদা অতৈ করি লৈদগে?

ভগবতি, ঐহাক্কী হৌজিক্পু অবস্থা অহু লৈরিবরা, মপাঙ্গল্ কয় বৈরী থিংননবা ?

তপ। মহারাজ, ইমা ইন্দিরাগী কৃপানা শ্রীযুৎকী করি অৱাৎপা লৈবগে ?

অহ। রাজাগী মথুৎ পায়হনা নাথ মসিদা স্নাপুক্লিং অতুক্ হাক্লা য়াংবিরুনু। ভগবান একলিঙ্গগী কৃপানা হুংশাথিবসি য়াম্না থুনমক্ ঈঙ্গনি থক্লে।

রাজা। মহিষি, নংদি রাজা পুত্রীনি। ন৲ খণ্ডদ্রা, বিবাহ অসিদা ঐনা আশা থুগাইব নী অহুনা খুদক্তা থাংশাং লাপ্পা লংশেক্কদ্রা ? প্রিয়ে, নঙ্গী কৃষ্ণা, * সতীগী মতৌগুম্না মাগী পাবুঙ্গী সর্ব্বনাশ তৌনবা লাক্লববা ? হাই, হাই ! ঐনা বিধাতাগী মফম্দা কবি পাপ তৌবদননো মহাক্লা ঐবু অম্বুক্ যে৲থিবিরিবা ! ঐগী মমন্ নাইদব রত্ন অসিস্থু মৈ ওইহনা ঐবু চাক্পা হৌরক্লে ! ঐগী হৃদি মণিদগী ঐগী সর্ব্বনাশগী রাহৌদাক্ ওইগনি হায়বসি মঙদস্থু মঙলম্দে।

অহ। খুম্দনা কপ্পা

তপ। করি মতৌনো ? মহিষি, করিনো তৌবিরিবা ?

অহ। ভগবতি, যম-না ঐবু কাউবিরমাল্লে ? কপ্পা

তপ। হায়হৈদেদা ! মহাক্লা ইবেম্মগী শত্রুবু নিংশিংসম্থু।

---

* দক্ষ যজ্ঞদা সতী প্রাণ থাখি। অহুদগী শিবগী মনাইনা যজ্ঞ থুগাই। দক্ষসু প্রাণ থাখি। তুংদা শিব কৃপানা হামেং মকোক্ক ফংখি। পুরাণগী বারি।

মহারাজ, স্না য়াথং লৈরবদি, ঐখোয় হৌজিক্ মঙ্গং-সঙ্গায়দা চচ্চরগে।

অহ। নাথ, ঐগী কৃষ্ণাগী মসিদা করি দোষনো, হায়বিয়ুদো? ঐগী ইচাদি অক-ফত্ত করিন্নু খঙজদে। মহারাজ, মশাঙ্গা অসুম্ তৌনা হায়বিরবদি মমাগী প্রাণনা খাঙবা য়াত্রা? মেমা, করিগীদমক্ অভাগিনীসিগী গর্ভদা নং পোক্লম্বা!

কপ্পা

রাজা। মথুৎ পায়হুনা দেবি, ঐগী অপরাধ অসি ঙাকৃউ। হাই! হাই! ঐদি কয়াত তোল্লব! ঐগুম্ব ভাগ্য-লৈতব নিপা অতৈ লৈরিরোইদা! অসিগুম্ব অমৃতম্নু ঐঙোন্দদি হূ ওইরে। অহুদি চৎলসি, প্রিয়ে, হৌজিক্ মনুং-সঙ্গায়দা চৎলসি। সূর্য্যদেবম্নু অস্তাচলদা লেঙশিন্খরে। স্বর শাংনা হোল্লগা। হে দিননাথ, * নহাকৃপু মীনা রাজকুল অসিগী হৌরক্-ফম্নি হায়, অহুনা নহাক্নু মাগী অন্নাবদা মক্লবরা!

পুন্নমক থোকৃখিবা

কৃষ্ণা অমুক্ চঙলকৃপা

কৃষ্ণা। কোয়চচ্চংগা মথন্তদা অংহা! মহুনা মতম্ অমা অহুগা মসিনা মতম্ অমা! ঐনা করিগীনো অরেম্বদা অমুক্ অসিদা লাক্লিবা? পুন্নমক্ অসি ঐঙোন্দা মুঙাইরিবরা! স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা অংহা! ঐনা মল্লিকা অসিবু লুনা তৌহুনা বনবিনোদিনী থোল্লম্মী। ফজব ক্যাম্নে পাম্বী-সিবু সখী হায়না বরিরম্নি! ইঙক্ ঙক্লা কৈনোদো?

* মেয়ারগী রাজবংশ সূর্য্যবংশনি হায়নৈ।

অঃহা ! সখি, নখো মাইকক্ খীবী অমিলী অবাবা উবদা স্বর শাংনা হোন্দোক্লবরা ? করিগীনো ? নংদি পুন্সি-চুপ্প মুণ্ডাইবীনি ,, মনী অবাবগী বিষয় করিনো ? মতম-মালংবনা নংবু মায়া লুনা তৌরিবনি, ইতস্ততা নঙ্গা মধুর স্বরনা প্রেমালাপ তৌরিবনি, অহুবু নং অতৈগী অবাবা খণ্ডবিবরা ? কয়াদ ওকৃখ্রবা ! চিন্তা তৌরগা হাই ! হাই ! মায়াবিনী অসি করম্ব কত্ত-ক্লেন্দা দেশ অসিদা লাক্লম্বা, হায়বা ওমত্রে। কয়াদা ওকৃখ্রবা ! ঐনা কদৌ-ঙৈদা উথিত্রিব, কদৌঙৈদা মমিং তাখিত্রিব, কদৌঙৈদা রারি-বাতাই শানখিত্রিব মী অহুগীদমক্ ঐগী প্রাণ তঙ-তাত্রিবা করিগীনো ? থালি দূতী অহুগী মায়াদগী ঐগী মনঃ অম্বুক্ চরাংনববা ? অঃহঃ ! ঐনা কৈদৌদনা চিত্র অহু য়েংঅল্লিবা ? কৈদৌদনা মনোহর মূর্ত্তি অহু ঐগী হৃদি-পদ্মদা লিংখৎলল্লিবা ? মীমা হায়নৈ, মরুদেশ লৈহাও-চেন্দব লম্‌গংনি , মহুদা বসুমতীদি সদাই বিধবা শাহুনা লৈ , হৈরা-লৈরাং-নচিংব অলঙ্কার অমত্তা শিদে। অহুবু কয়াদ ওকৃখ্রবা ! ঐগী মনঃদা দেশ অহু নন্দন কানন দৌনা পাক্লে ! ঐনা মাগী বিষয় কয়া কয়া খল্লকৃই, মহু ঐগী মনতেনা খণ্ডিত। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা অমুত্তং চৎলগা য়েঙ্গুগে, দূতী অহু খিবা ফংলবরা হায়হুনা ? কোয়চচৎলগা ইত্তণ্ডক্লা করিনোম্নিদে ? নৈকোন্ অদি খুদক্লিদা খম্বামনম্না হারিবা করিননো ? কিনা কয়াদ ওকৃখ্রবা ! ঐদি লোত-লাক্লগা য়াত্রবা ! ঐগী ইশাপুম্ব খুদক্লিদা

তুজুংলক্লে। নেপথ্যদা য়েংলগা কৈনোসে? কৈনো!ও!ও!

মূর্চ্ছা ওইখিবা, আকাশদা য়েঙনা পুংয়িবা।

তপস্বিনী কন্না হোচ্চিনকৃপা

তপ। মথন্তদা সর্ব্বনাশ শারে! সর্ব্বনাশ শারে! কৃষ্ণাবু অথাক্তা পয়গা কৈনো তৌরিম্নিদে? সর্ব্বনাশ! ঐনা অসোম্‌দা ল্যাক্রস্বগী ফবনি! হৌগৎলো, মেমা, হৌগৎলো! কৈননো অসুম্‌ তৌরিবা?

কৃষ্ণা। হিপ্না হিপ্না দেবি, ইবেম্মনা মধুর-বাণীশিংদো অমুক্তা হায়বিযু। ঐহাক্‌ নিংথিজনা তাজগে। করিনো হায়বিখিবা? অ হা! "অচৌব শাগৈ অসিগী সম্মান মশাগী প্রাণ থাত্তুনা ভাকৃপা যুবতী অত্তুবু লুনা তৌবগী সীমা লৈতে স্বর্গপুরদা।" অঃহা! অভাগিনী অসিগী লাইবক্তা অসুক্‌ মুঙাইবা লৈরিব্রা?

তপ। করি ব্বানো মেমা? করিনো হায়রিদো মথন্তদা হাই, হাই! য়েঙ্‌দো, বিধাতাগী করম্ব বিম্নিনো? অমরোম্‌দা য়াক্ষসী বেলানিসে, অত্তুদা অমুক্‌ কৃষ্ণাগী নবযৌবন্নি, কনা খঙি কনাগী দৃষ্টি—

কৃষ্ণা। হৌগৎলগা ইওকৃওক্লা ভগবতি, ইবেম্মনা অসিদা অমুক্‌ কদোম্‌দগী লাক্‌পিরিবা?

তপ। করিগীনো, মেমা, কৈদৌরবা?

কৃষ্ণা। মাইগৈ মরি য়েংলগা কয়াদ ওকৃখ্রবা! ভগবতি, ঐনা অওকৃপ মঙ-অমা মঙলম্মী, মহু তাবিরবদি ইবেম্মা অমুক্তোইনা ওকনি।

তপ। করি মওনো, মেমা ?

কৃষ্ণা। ঐনা সনাগী মন্দির অমদা কমল-আসন অমদা ফমহনা নৈবগুম্ তৌরম্মী, মতম্ অহুদা য়াম্না ফজবী নুপী অমনা মখুৎনা পদ্ম পায়হনা ঐগী ইমাওদা লাক্লগা লেপ্তুনা হায়রম্মী,—নুপীমচা, নং ঐবু প্রণাম্ তৌ। মরি থিনবদা ঐ নঙ্গী মমা থোক্‌ই।

তপ। মতুংদা ? মতুংদা ?

কৃষ্ণা। ঐনা প্রণাম তৌরম্মী। মথংদা মহাক্না হায়রম্মী,—“য়েঙু, নুপীমচা, অচৌব শাগে অসিগী সন্মান প্রাণ থাহনা ঙাক্‌প যুবতী অহুক্ লুনা তৌবগী সীমা লৈতে স্বর্গপুরদা! ঐ শাগে অসিমক্কী মৌ ওইরম্মী। ঐগী নাম পদ্মিনী কৌই। নংসু ঐগী মতৌদোনা কর্ম্ম তৌ, অহু ওইরবদি ঐমক্কী মতৌগুম্না মি‚চৎ লৈবী ওইগনি *।

তপ। অহুদগী, মথংদা ?

কৃষ্ণা। উং, ভগবতি, ইবেম্মনা ঐবু অমুক্ত পায়বিযুদো। ঐগী ইশাপূম্ব নীক্লে।

তপ। মাঙলে, করিনো! চৎলসি, মেমা, নং মহুং-সঙ্গায়দা চৎলো। অসিদা লৈহম্মা কান্নদরে। য়েঙু, মেমা, ঐঙোন্দা হায়খিব ন্না অসি নং অতৈ কনাদস্ু হায়নুকো। আকাশদা মেঙনা পুং শেন্ মৈবা

* প্রেতাত্মা ( spirit ) থোক্‌পগী সেক্সপীয়রগী নাটকী বিশেষ কৌশলনি, কনিনা প্রেতাত্মা থোক্‌হন্নবা মতাংদা উহল্লে। মসিনা সেক্সপীয়রগী প্রভাব মাওই হায়বা উৎলে।

কৃষ্ণা। অঃ হা হা। ভগবতি, আহ্ তাখিযু!

তপ। মাঙলে মাঙলে। নূপীমচা, ঐনা করিবু তাম্বগা!

কৃষ্ণা। করি বানো, ভগবতি? তাখিদরলে, কম্মাদ মুংশিরব মখোয়ো! অঃ হা হা!

তপ। চৎলসি, মেমা, অসিদা অমুক্ পাম্বা কান্নদরে। নং থুনমক্ অসিদগী চৎলো। অনিমক্ থোক্খিবা

---

## অহুম্শুব গর্ভাঙ্ক

### উদয়পুর নগব—সিংহদ্বার

বলেন্দ্রসিংহ অমসু, রক্ষক খর চঙলক্পা

বলে। রঘুবর সিংহ।

অহাঘ। থুৎলোম্নহুনা করি য়াথং, বীরবর?

বলে। য়েঙঙু, নখোয় পূম্নমক্ যাম্না হুসিয়ার তৌনা লৈযু। ঙসি কনাবুস্নু নগব অসিদা চঙহনগনু।

অহাঘ। অজ্ঞা! ইবুঙোগী অনুমতি য়াওদনা, কনাগী মতিক্ লৈ, নগর অসিদা চঙবা।

বলে। অতুগা য়েঙঙু, মহারাষ্ট্রপতিগী লাহুংদা করিগুম্ব গোলমাল তারবদি, থুদক্তা ঐঙোন্দা পাঙ হায়রো।

অহাঘ। অজ্ঞা!

বলে। মেংলগা মথন্তদা মহারাষ্ট্রগী লঙ্গ্ইই অসি সামাস্ত *ধূর্ত্তরা!

---

* cunning—মরৌলৈবা।

অমুক পৈশা পায়, মাঙনবা তৌবা, নরাধম ডাকাত অনি শুবরা? অহুগা মানসিংহগা মাগা খুদক্তা অমুক্ চায়ম্নি-বসিগী কারণ ঐদি করিম্নু খঙ্‌বা ঙম্‌দরে। চিন্তা থৌরক্লা কারণ অমা নত্রগা অমদি শোয়দনা লৈরে। মহু নত্রবদি বৃথাদা রাবিগদব অহুগুম পাত্রদি নত্তে মহাক্। কৃষ্ণাবু বিবাহ তৌগে তৌসম্নু তৌরোই তোক্লম্নু, মহুদা মাগী করি মহাম্‌ তাদগে? থোব্‌খিবা

নেপথ্যদা লাষুং য়ৈবা—

অনিশুব। আচ্ছা, রঘুবরসিংহ—

অহাব। কৈনো?

অনিশুব। নঙোন্দা, ভাই, ঐ রা অমতা হঙ্গে, নংদি সদাই ঐখোয়গী সেনাপতি বলেন্দ্রসিংহগী মনাক্তা লৈবদাই, সনাকোম্নুঙ্গী রারি নংনা খঙ্‌বা অহুক্ অতৈ কনাম্নু খঙ্‌দে।

অহাব। হোইনে, খর-খরদি মগণ্ডিঙ। অহুদি করি হঙ্গে হায়রি-বনো, হায়য়ু তাসিদনা।

অনিশুব। য়েঙঙু, ভাই, মহারাষ্ট্রপতিগা ঐখোয় মহারাজগা সন্ধি তৌখরে হায়না ঐদি তাখরে, অহুগা মহাক্লা অমুক্ লাক্কুনা থানা ফম্মরিবসিগী কারণ করিনো?

অহাব। করি রানো? নং মসিগী করিম্নু তাত্রিবরা?

অনিশুব। তাদে, ভাই!

অহমশুব। কদায়? ঐখোয়দি মসিগী করিমতা খঙ্‌দেনা।

অহাব। মরুদেশগী রাজা মানসিংহ, অহুগা জয়পুরগী অধিপতি

জগৎসিংহ অনিগক্কা ঐখোয় রাজনন্দিনীবু লুহোংনিংদুনা দূত থাবিরক্লে।

অহুম্‌শুব। হোই, হোই। মহুবুদি থুঙ্লিদা। সিবি, বিষয় অসিদা মহারাষ্ট্রপতিনা থুং থিংজিন্বা করিননো?

অহায়। ঐখোয় মহারাজগী ইচ্ছা মপুংদি—মজাইনেম্মবু জগৎসিংহদা পীবা, অহুবু মহারাষ্ট্র বাজাগা জগৎসিংহগা পুন্সিচুপ্প বিবাদনিদো, মহাক্কী ইচ্ছাদি—মহারাজনা রাজকুমারীবু মানসিংহদা পীবিবা।

অনিশুব। করে, ভাই মহাক্না বিবাহগী ঘটক ওইদুনা লাক্লবদি সৈন্য অমুক য়াম্না লোয়নরকপগী দবকার করিনো?

অহায়। হা! হা! মসিমু খঙবিদ্রিবা ভাই? মাগা মারব ভিখারীদি অনিশুদে। মাদি অসিগুম্ব গোলমাল অসিত পাম্জে। করিগুম্ব অমা থিত্তং থোক্পদা, ছল-নরা, মাগী ভিক্ষাগী ঝুলি থল্‌হল্লি।

অনিশুব। মহু সত্যনি। অহুদি ঐখোয় মহারাজনা করি লেপ্লিরে, খঙব্রা?

অহায়। করি অমুক লেপ্‌কদা? জয়পুরগী রাজদূতপু বিদাইনবগী স্নাথাখং পীখরে। অহুগা মুমিৎ থরনিগী মতুংদা মহারাষ্ট্রপতিগা ভগবান একলিঙ্গগী মন্দিরদা উনবিগনি। মতুংদা বিবাহগী বিষয় করি ওইরগথা, হায়বা ঙম্‌দে।

অহুম্‌শুব। করে, নংদি, ভাই খঙরা, মসিদা জয়পুরগী রাজানা কুমিন্‌ লৈগদ্রা?

অহায়। হায়বা ঙম্‌দে। রাজাদুবু লানূ য়াম্না পাম্‌দে হায়না

তাখি। অদুবু থেসাস্থু ওইরসনু, রাজপুত্রশিনা? অপমান অসিবু থাওবা ঙমগদ্রা?

অহম্‌তুম। ত্তোত্তো, অসোম্‌দা কমানো মী অনি লাক্লি, য়েঙ্‌দো।

অহাং। থ্‌াইপুং হুসিয়ার হে! মন্ত্রী মহাশয় ওইরম্লে।

সত্যদাস অমসুং ধনদাস চঙলক্পা

সত্য। মরুবরসিংহ—

অহাং। খুৎলোয়রুনা— অজ্ঞা।

সত্য। পুন্নমক্ মঙলানিদনা?

অহাং। অজ্ঞা!

সত্য। আজ্ঞা! ধনদাসবাম্‌দা মহাশয়, অসোম্‌দা অমুক্ত লাকপিয়ু।

ধন। মন্ত্রী মহাশয়, থৌদৌ অসিদি ফরিবরা?

সত্য। অজ্ঞা, মতু অমুক্ পথিরম্নু। মহারাজনা মসিদা কদায় ফাওবা শুঙাইতে হায়রদু মহাশয়মক্ কৈদৌই, খল্লুনা য়েংবিয়ুনা? অদুবু করিদি তৌনি? মসিদা অতৈ উপায় অমত্তা লৈতে।

ধন। অজ্ঞা, মানি, রা অসি অচুম্বনি। অদুবু ঐখোদি, থওজরে, সর্ব্বনাশ শারে! ঐনা কমম কক্ত-ক্ষেন্দা দেশ অসিদা লাক্লমবনো, হায়বা ঙম্‌হরে।

সত্য। কৈদৌদনা, মহাশয়?

ধন। অমুক্ কৈদৌদনা, মহাশয়? অহান্দা য়েংবিয়ুলো, ঐখোই থর লৈঙ্গরম পুন্নমক অত্ত ভাবুদল, অসিনা মুক্ত

তৌবিখে। অহুগী মতুংদা রাজা মানসিংহগী দূতকী মথুত্তা ঐনা কদায়কাও অপমান থাওখিবা। মতুদি মহাশয়না নিংখিনা থওবিরিবনি, অহুগা—

সত্য। মহাশয়, থোক্খিবা থোকখ্রে। মা পূমমক অহু অমুক্ মাহেল্লৌনবিবমু। হোজিক্ চাখিহুনা খুদোপ্ অসি লৌবিযু। মহারাজনা মসি মহাশয়দা পীনবা পীখিরকপনি।

ধন। মহারাজগী সনা কৃপা ইকোক্ থোংজরে। খুদোপ্ লৌবা

সত্য। মহাশয়, ইবু ঙাদি হৈ-শিংব মা অমনি। মরম্ অসিনা ইবুঙোদা খোইনা হায়রুহুনা অরেম্বা তানি। মহাশয়না মহারাজ জগৎসিংহবু বিষয় অসিদা চংশিন্দনবা * পরামর্শ পীবিগনি। ইমুং-মনুং কায়নবগী সময় নাত্তে। তিজা তৌরগা য়েংবিযু মহাশয়না থবক্ অসি তৌবা ঙম্বিরবদি মহা-রাজ-ইবুঙোমু মথৈ শৈতনা পেখিগনি।

ধন। অজ্ঞা। ঐনা ঙম্মথৈ হাৎনজরুগে। অহুবু জগদীশ্বরগী কৃপানি।

সত্য। ঐনা রাজকর্মচারীশিংদা রাজ-আজ্ঞা হায়দোকখরে। লম্বীদা মহাশয়গী করিঙুম অরাবা লৈরম্লোই।

ধন। অহুদি ঐ হৌজিক্ বিদাইজরে।

সত্য। অজ্ঞা, লেঙবিরসি অহুদি। খোক্খিবা

ধন। মথক্তদা য়েংহুম য়েংখিগে, খুদোপ্ অসি করম্বনো? য়েংলগা বাঃ, মসিদি মহারত্ননিনা! মসিগী মমন্ লুপা লাক্মকম্ ওইনি। হা! হা! ধনদাসগী ভাগ্যসিদো! লৈপাক্

* advice

শোক্ পদা সনা ওই। হা হা হা। বিধাতানা বুদ্ধি পীবিব মী অহুদা পূম্নক্ পীরি। চিন্তা তৌরগা বিবাহ অসিদা মহৈ য়াম্লক্তে হায়হুনা মহারাজনা শাউবিরবদি, শাউবি—রেদনা, মাগী রাজ্য থাদোক্তুন অতৈদা চত্তুনা লৈরুবা হায়সিঙাইদনা। করিদি তৌনি। ঐগীদি হৌজিক্ শেন্থ্রমগী অবাৎপা লৈতরে। হা! হা! বুদ্ধি পাঙ্গন্তনা ধনদাস ধনপতি ওইরবা, অহুমদি ওইরবদা, মসিদা বাবা অমদি উরে, বিলাসবতীগী আশাদি পূমথা থাদোক্পা তারেদনা। শঙ্গীরবু লক্ষ্য তৌহুনা অস্নক্ কুইবা দন খুদিংদা কোযবক্লিবনি, মহুবু হৌজিক্ মতৌ অমা ওইনা খুত্তা চম্লগা করম্না হুন্দোক্লম্‌সিবা! চিন্তা তৌরগা কবিগী? হুন্দোক্লম্ হুনা করিগী চৎকনি, ঐনা বেশ্যা অমবু ভুলাইবা ওন্মরোইদবা! মী কয়া কয়ানা স্বর্গ কন্যাবু বশ তৌখরে, অহুগা ঐনা সামান্য বারাঙ্গনা অমগী মনঃ হূবা ওন্মরোইদবা। হা। হা! য়েংবা তারে করি থোক্ অবা। থোক্খিবা

অহায। চঙশিল্লগা কনা লৈ, নথোয় কনানো মী অসিবু খঙবরা?

অনিরুব। করিগী খঙদনি? মসিদি জয়পুরগী দূতনি। আঃ নোংমা অহিংদা, ভাই, মসিনা ঐবু কয়া রাহল্লম্মে, করি হায়নি?

অহুম্ব। করিগী? করিগী?

অনীতব। ঐনা, ভাই, বক্লিস্ পাম্হুনা মদনিকা কৌবা নূপীমচা

কোয়চচ্চৎপদা শিখরে, করিস্থ ফংলম্‌দে। মমৈদা অয়ুক্তা যুম্‌দা হল্লমদাইদা বেটা ঐঙোন্দা শিকি অমত্তং পীরগা হায়রম্মী,—নং মিঠাই লৈত্থনা চারু। হা! হা! হা!

অহায়। হা! হা! হা! থবক্ মতুং ইষ মহৈনিদনা। অকাশরোম্‌দা য়েংলগা উঃ, অহিং‚সিদি নোঙাল্লেদনা।

নেপথ্যদা—

গীত

ভৈরব—কাওয়ালী।

চৎখরে যামিনী, শাৎকায়রে মলিনী।
উবদা থংশিব দেবদিনমণি
মুঙাইজরে য়ায়া * ভানু-ভামিনী,
চৎখরে চন্দ্রমা মতৌহ্ উবদা
য়াবনা মক্সিল্লে মায়থোং কুমুদিনী। ১
পাইরি খ্বাংজেংব মধুখিবা লৌকান্দা,
কুম্মংলে চেক্লাপী মধুর স্বরনা,
হয়াও হয়াওনা চচ্চরি উমংদা,
মুঙাইরে হানৌদা পুক্লিং শজী'মোম্না॥

অহুমশুব। আহ্ তায়েদমা ? চৎলসি, ঐখোয় হৌজিক্ চৎলসি।

নেপথ্যদা লাবুং য়েবা

অহায়। হোই-চৎলসি। আহ্ মল অমামুক্ লাক্লে।

পুম্নমক্ থোক্‌খিবা

ইতি অহুম্‌শুব অঙ্ক।

* থবাল্ ১ থরো।

## মরিশুব অঙ্ক

### অহান গর্ভাঙ্ক

জয়পুর, রাজগৃহ

রাজা জগৎসিংহ অমসুং মন্ত্রী

রাজা। পাউ অসি নঙোন্দা, মন্ত্রী, করি হায়বা, তম্লে কনানা ?

মন্ত্রী। ঙসি মুংথিন্দা নত্রে, মহারাজ, হয়েং অয়ুক্তা থুংলনি ধনদাস। মাগী মচিন্দগী পুম্নমক্সি তাবিরবদি হেক্ বিশ্বাস তৌবিনিদনা শ্রীযুৎনা ?

রাজা। নহাক্কী বাবু থাজদব্রা ঐনা, জুগোৎ চাথিদ্রেদা ? ঐনা হংলিবদি, সিখি নংনা কনাদগী তারক্পগে রাসি ?

মন্ত্রী। ঐহাক্কী, মহারাজ, * চর অমগী মচিন্দে তারক্পনি। যাম্না বিশ্বাসযোগ্য পাত্রনি মহাক্।

রাজা। শোয়দ্রবরা ? অছুদি ভীমসিংহনা থৌ-বা শাদম্না ঐবু, কন্যা পীগে খবা ওইরিনিনা মানসিংহমক্তা ?

---

* spy

মন্ত্রী। অজ্ঞা, তাজখি, শ্রীযুৎপু য়া ম্না মুং শি ভীমসিংহ রাজেন্দ্রমণিনা; খুদোং চাদবমক্তদৈ তৌ খ রে ম হা ক্না শ্রীযুৎকী বিরুদ্ধ কর্ম্ম। মহারাজ, মনাই ঐনা ব্বা পুম্বসি হা ম্না হ ঙ্গ চ্চ খি ব নি সনা চরন্দা, অদুবু, ঐগী ই রা ই ব ক্না মতম্ অদুদা শ্রীযুৎনা তারম্মি ম্নাপুক্লিং ধনদাসগী পরামর্শদা।

রাজা। আঃ, থোক্থ্রব থৌদোক্তী ব্বারুবৈ করি কান্নদগে?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, চিংনজদে মহুবুদি? অ দু বু, বি চা র তৌবিয়ু, ধনদাসমক্ মূলনি অ মা ঙ বা অসিগী। মহাক্তী স্বার্থ পাঙথোক্নবৈদমক্ সর্ব্বনাশ'সি শাহল্লে রাজ্যগী মহাক্না!

রাজা। করিগী? করিগী? মাগী করি অপরাধ?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, করি অমুক্ হায়নি ঐনা? শ্রীযুৎনদি খণ্ডবিদে নিংথিনা ধনদাসগী চ রি ত্তি।

রাজা। করিগীনো? করিদৌরে, হায়ুদনা।

মন্ত্রী। অজ্ঞা, মনা মাঙদা ব্বা পুম্বসি হঙ্গৎপা হৌনদে করিমত্তা মনাই ঐনা। অদুবু—

রাজা। করিগী

মনবাশশী মসিদা কবরি অপরাধ?

মন্ত্রী। রাজকুমারী কৃষ্ণাগী চিত্র, মহারাজ,
কৈদৌ উৎলখা শ্রীযুবা, হৌজিক খাওবা মহু—
তৌবিত্রিদনা মাবুদ্ধি?

রাজা। কদায়, খওদে? করি
মরম্মো, হায়ুদা তাসি।

মন্ত্রী। বিবাহ অসিগী
মরম্ দা গোলমাল মা থোক্হল্লগা, মবুক্
থল্হনগে মশাগী, মসম্ অসিনি, অতৈদি
করি ওইনি? মহারাজ, মশাগী ওইজব-
তায় মী মাশুম অনি শুত্রা?

রাজা। মহুরনে?
অহুনিদনা থরাই অমুক্ য়াওনা মানা
হোৎনরিবা কর্ম সিদা? খওম্দে ঐহাক্তি
মতম্'হুদা। আচ্ছা, হল্লক্খিস্ মহাক্ হাল্লা।
করে, হৌজিক্ করি তৌবা তারে, হায়ুদনা?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, বিষয়সি থাদোক্পনা করে ঐগী
বিচারদদি।

রাজা। শাউনা করিগী, মন্ত্রি? তাওরব্রা নং?
কমাম্ব কদায়দা থাওবা ওম্বা অপমান
অসিবু? করিবনী, শৈশা লৈত্রেবরা ঐগী?
লৈ ত্ত লৈত্রেবরা? লৈত্রেবরা ইপাক্ন্?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, রাজলক্ষ্মী কৃপাদগী করি রাৎপা মহারাজগী ?

রাজা। অছুদি কৈদৌদনা থাম্মিবা ঐবু ? সম্রান্দগী হেন্না পান্মুবরা পৈশা মন্ত্রে প্রাণ ? অচ্চা ! নংনা নচিন্দা পান্নিবা অসিগুম রাবু ? য়েঙ্, নং হৌজিনক্ চিঠি পাঁথো কিন্না ডাক্‌পশিংদা, চিঠি হেক্ কংবদা সৈন্য পুত্না লাক্লবা নগর অসিদা মখোয়। অছুগা য়েঙ্‌দো—

মন্ত্রী। ডাক্‌পিয়ু ম্না রাথং—

রাজা। নহান্ নংনা হায়খি—ধনকুলসিংহগী ম্না, মহাক্ কনানো, ঐগোন্দা হায়্ নিংথিজনা. ডাসি।

মন্ত্রী। অজ্ঞা, মেবারগী লৈখিত্রব রাজা ভীমসিংহগী মচানি মহাক্তি। অছুদা মপাবুং লৈখিত্রবা মতুংদা পোক্‌পদগী, মহাক্ থাঙ্গেশেংনা ভীমসিংহমকী মচা নত্তে হায়না হায়নৈ কনাগুম মীনা।

রাজা। মত্নরা ? মরুদেশগী বর্ত্তমান রাজা মানসিংহদি গোমানসিংহগী মচানি। গোমানসিংহনা, ধনকুলসিংহগী মবুখো বীরসিংহগী মনাওনি; অছুনা

ধ ন কু ল সিং হ ম ক্লি থাক্লেংবা মপু মেবারগী।

মন্ত্রী। মহারাজ, কলিকাল'সিদা বিচার অমুক্ লৈরিত্রা ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী? শক্তি লৈ ব মীগী জয়। রাজসিংহাসন অমুক্ কঙব্রা কুমার ধ ন কু ল সিং হ?

রাজা। কঙনি শোয়দনা! ঐনা কক্ষলগনি মাপু মেবারগী সিংহাসনদা। য়েঙু, মন্ত্রি, পত্র থুনা ইখরো নং। মানসিংহগীবু মতিক্ অমুক্ য়াম্না লৈজরবা! ঐগী বিপক্ষদা লেপ্পরবা মানা? য়েঙ্গে হৌজিক্, মাগী রাজ্য করম্ ঙাক্পা মানা।

মন্ত্রী। মহরাজ,—

রাজা। হোৌপংলগা অরেম্বদা ঙাওদুনা কৈ কান্নদগে? চৎলো—

মন্ত্রী। মহারাজ, হ নু ব ব্রা হ্ম ণ্নি ঐদি। মহৎকুল'সিগী কৃপানা মী ওইজরক্রে। শ্রীযুৎকী স্বর্গীয় পাবুংনা—

রাজা। আঃ! করি উৎপাতলো! নংথু ঐনা থঙদরা, নংনা ঐঙোন্দা, মন্ত্রি, পরিচয় পীরিবসিবো?

মন্ত্রী। যচ্ছন্দে, আজ্ঞা। অহুমক্পু,

অরুব থবক্ অসিদা, নমাইগী হাখনি,
খুং পাক্-হেক্ থিংজিনা চুমদে।

রাজা। মীওইবগী পুন্সি,
মন্ত্রি, * চিরস্থায়ী নত্তে। অদুবু অ মী ব
মিং চ ঙি চিরস্থায়ীনি। অপমান অসি
থাঙলবদি ঐনা হৌজিক্, মতুংদা ঐহাক্পু
কা-পুরুষগী খুদম্ফম্ লৌনরনি মীনা।
শেন্থু ম-থবাই মাঙলবস্ু কৈ, অদুবু বাসি
হা য় খি দ বা কনানস্ু,—অম্বরগী রাজা
চেন্থি মেবার-রাজাবু কিদুনা। অচ্চাচা।
অপমান অসিদগী শিবনা কৈ ঐ হা ক্
শরুক্ লিশিং। অদুনা নং চৎলো।

মন্ত্রী। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগ। সনা য়াথং,
মহারাজ! মথন্তদা
বি ধা তা না ত স্ব বু ওম্বগে
কনানা কক্পা? হাইরে হাই! দুষ্ট ধনদাস
তুমরা সর্ব্বনাশসি থোক্হল্লিবনিদো।
থোক্থিনা

রাজা। মথন্তদা
হৌরেদো কুরুক্ষেত্রগী যুদ্ধ অমা অমুক্।
অমুক্ হুইনা হং কাদুনা লৈরম্নেদো রাজ-
ভোগ চাদুনা, থজিক্তং লোয়দুনা য়েঙ্গেদো

* permanent

হৌজিক্। মতম্ কুইনা খাংশাং খাঙথুম্‌দা লৈরদ্বি,
মোংলকই-কোংহ্লিং কারক্ই। চিন্তা তৌরগা
অমামা ওইসনু,
দণ্ডি পীবা তারে হন্দক্তি ধনদাসবু।
ঐনা তৌখিব কুকর্ম্ম পূ্র ম ক্তা হূই
অহুনা শুরুনি ঐগী। ওঃ! বদমাসগী
বুদ্ধি চমৎকার! য়েঙ্গে, কৈথোক্পা হন্দয়্।
থোক্‌খিবা

ইতি মরিশুব অঙ্ক অহাম্ব গর্ভাঙ্ক

---

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক

জয়পুর, বিলাসবতীগী যুম্

বিলাসবতী অমসুং মদনিকা

বিলা। বাঃ, নঙ্গী, তাই, বুদ্ধিসিদি? ধন্যনি হায়।

মদ। নোঙ্গিহুনা অহুক্ হাঙ্গা মিথ্যাদি নত্তে! ঐনা উদয়পুরদা তৌরম্বিব খবক্ পূ্রমক্ত খল্লুবদা ইথক্তা নোক্তুনা শিবা তাই। হা! হা! হা!

বিলা। মানিনে! কয়াদ তকথুবা! করে, ধনদাসনা নংবু থাঙ্গৈশেংনা খঙবা তমদেকো?

মদ। ওয়ববু। মানা ঐত্তোন্দা খুদোপ্ অসি পীরম্‌ত্রাউ?

অহুদি ঐঙোন্দা রাজকুমারীগী ম্নারি নিংথিজনা লৈরোদো, তাসি।

মদ। কৈন্দৌদনা? মাগী ম্না তারগা নঙ্গী করি উপকার ওই-দৌরিবা, হায়ুদো?

বিলা। কনা খঙনি, ভাই? নং-নচিন্দগী মাগী ম্না তাবদা ঐসি অস্নুম্ নিংলক্লে,—উদয়পুর চত্না মহাক্পু অমুক্তং য়েঙ্রসিরা কৈনো।

মদ। ভাই, কৃষ্ণাকুমারীবু খক্ উত্রিব মী অহুদা বিধাতানা অরেম্বদা মিং পীবিরম্বনি। মহু থম্খো হৌজিক্, মহা-রাজ অসিদা লেঙক্কবা কয়ানি শুরে, হায়ুদো।

বিলা। ম্বর শাংনা হোন্দোক্লগা করিগী অমুক্ ম্নাহুবু হংবা শারি-বনো? ওসি হুপ্লি শুরে।

মদ। অওইবরা? অহুদি মহাক্ ধনদাস হল্লক্প মুমিৎ ফাওবা অসিদা লেঙক্লেদনা। বিবাহ অসিগী বিষয়দা মহাক্ ম্নাম্না সুঙাইরম্মরোইদো। ওইফম্শু থোক্ই। মহাক্কী দুত্তা ঐনা খোঙ্প্না কল্লম্মেদো,—হা! হা! ধনদাস, ভাই, মপোক্ অসিদা অমুক্ কনাগী ঘটক ওইররোই। হা! হা। হা।

বিলা। হা! হা! হা! ওইররোই।

মদ। য়েঙ্, সখি, মহারাজ ওসি অসিদা হৌজিক্ লেঙলক্পা য়াই। অহুদি নংমনে, ভাই, মহাক্পু ওসি নখোঙ পায়হন্দনা থাদোক্লবদি, ঐদি অমুক্ জম্নসিদা নঙ্গা কৌনম্নরোইদবনি।

বিলা। হাইমাইপেম্মা, করি য়ানো ? ছি। ছি। মতুম্ হেক্ য়াবরা ?

মদ। করিগী য়ারোইদগে ? বুদ্ধি লৈরব্দি ওয়মক্ য়াইয়ে ? লাউ অতুদি, মঙোন্দা, *মানভঙ্গী পালাহ্ উত্তুনা তাক্পা তারেদনা। কথা ঐ মানিনী নায়িকা শাতুনা ফম্মে, নংনা নায়ক শাতুনা লাক্লগা ঐবু থেম্মোদো। মকোক্ খুম্জিন্বা

বিলা। হা। হা হা। বেশ, বেশ। নংসিদি, ভাই কুম্মে কয়াদনো হৈরিবা ? অতুদি ঐনা হৌজিক্ করি তৌদোবা, হাযুদো ?

মদ। হোগৎলগা ওম্ফোক্‌ইদা ! নংতুম্ মান তৌতুনা ফম্মোসে। ঐ নায়ক শাতুনা থেম্মগে !

বিলা। ফম্মগা আচ্ছা—অতুদি ঐ ফম্মেসে।

মদ। হৌজিক্ মান তৌরোদো।

বিলা। তৌরেসে। মমায় খুম্জিন্বা

মদ। হে সুন্দরি ! নঙ্গী চন্দ্র-মুখবু মান-রাহুনা উপ্বা উবদা ওসি ঐগী চিত্ত-চকোরনা —

বিলা। হা! হা। হা।

মদ। ছি। ছি। কৈদোরে ? করিমতা য়াত্রেদনা। মতম্ অসিদা নোক্পা য়াত্রা ?

বিলা। আদৈসি নত্তরা মহারাজ, অসোম্‌দা লেঙবিরক্লি ?

মদ। মানিনে। য়েঙু ভাই, মহারাজ লেংশিল্লকপদা অতুম্‌ককা

* শ্রীমতি রাধানা মান তৌতুনা লৈবদা শ্রীকৃষ্ণনা থেম্‌জিন্বা মতাং

লোক্‌চল্লুকো। ঐদি হৌজিক্ চৎলে। অস্তুক্ কুইরবা মতুংদা ধনদাসগী মকোক্ শায়নবগী যোগাড় লোইরবনি।

খোক্‌থিবা

রাজা জগৎসিংহ চঙলক্‌পা

রাজা। মথক্তদা ওসি হুন্নি গুরে অসিদা লাক্কবা। করম্ হায়-মবু লাকবা? ঐগীদি খব হোন্দোক্লব মতম্ ফাওবা শংলিবরা। হুমিৎ হুন্নিসিদা সৈন্য লিশিং মরিফুতরামুক্ নগর অসিদা লাক্‌্না পুল্লরে। অতুগা ধনকুলসিংহস্মু মী লিশিং নিপান্-তরা লোয়নচুনা লাক্লনি। বীর লিশিং লিশিং। যেঙ্গেদো, হৌজিক্ মানসিংহনা মাগী রাজ্য করম্না ওাবপগে? মসি থম্‌খিসি। য়ুম্ অসিদদি, লৈরাং-লীরুং অতুগা তেম্মঙা নত্তনা অত্তে খুৎলাইগী বা লৈতে। মসিদি ভগবান কন্দর্পগী যুদ্ধ ক্ষেত্রনি। 'হুদি কদায়, বিলাসবতি কদায় চৎখ্রবা! কোংবা কৈদনো, বসন্ত লাক্‌পদা কোকিল মখোন্ থোক্ত্রবরা? যেংলগা সিদা লৈরেদনা—কৈদৌরে প্রিয়ে, নংনা নমায় অহুক্ মক্লা ফল্লিবা করিগীনো? ননাক্তা কদ্য ম্লেচ্ছ ভাই, ঐনা ননাক্তা লাক্লিংদহুনা লাক্ত্রিবনি— অসুম্ থক্ থন্‌গদ্রু নং। কয়াদ ওক্‌খ্রবা! ঐগা বা ওাওনরগা, ভাই, নগী জাত তাগদরা? বা অমত্তদি ওাও্। করিনোসিদে? চেক্ মোক্ লাউত্রবা! অহুদি নংনা, ভাই, ঐভোন্দা বা শুক্‌ভাং ওাওত্রবদি, হায়্, ঐ হুল্লগে। ঐগা থবক্ লিশিং লথা লংখোক্ত্‌না নগীসিদা লাক্লপা নংনা

তুম্মিল্লা-কম্‌ন্থনা লৈরে ।

বিলা। কৈদো চৎপিঁদ্রিবনে:, ঐনা নহাক্‌পু থাম্লিবরা ?

রাজা। করিগী, ভাই, ঐনা করি দোষ ভৌখ্রে, ঙসি নংনা অমুক্‌ চাঘিদ্রিবা ?

বিলা। করি হ্রানো, মহারাজ ? শ্রীযুক্ত রাজকুল চূড়ামণিনি, মতুগী মথক্তা অমুক্‌ রাজা ভীমসিংহগী মমাক্‌ ইবুঙো ওইবিদৌরি,—ঐদি করিম্ব লৈতব—

রাজা। নংসি, ভাই, খঙলে, ঐবু থাঙ্গৈশেংনা শাউরেদো। ছি! করি মতৌনো ? নং অমুক্‌ তুমিন্‌ লৈখবা ? য়েঙু, অমুক্‌ হায়ব-ইম্ব-মীবু অদুক্‌ শাউবা হৌনবরা ? নেপথ্যদা যন্ত্র ধ্বনি অংহা। অমুক্‌ খোয়থুম্নব মখোন্‌ তারবমক্তদমু নঙ্গী অশাওবা কোক্তবা ?

নেপথ্যদা—

গীত

কাফী ঝংলা—যৎ

থম্মইনা য়েঙ্‌না মান’সি হেক্‌ ফরোইনা
মহুবু খঙদ্রনে ?
য়াম্‌-লুনা ভৌবা নহাক্‌পু চালাকী ভৌবা মহাক্‌পু,
ভৌদ্রবদি মহুই প্রতীকার
রা অমত্তা ঙাঙ্ঙোইনে।
নহাকী মনোমোহিনী ওইহব অভিমানিনী
দোষহুই বিথিনি, হে গুণমণি,
খোঙ-পায়ইনা থেম্বুনা!

রাজা। হা। হা! হা। সত্যনিদনা। [illegible], ভাই, নঙ্গী সখীশিংনা ঐতোন্দা য়াম্না কক-পরামর্শ পীরেদো। অদুদি লাই-নঙ্গী মখোঙতুমক, পাম্লগে। হৌজিক, নঙ ঐগী দোষ পুম্ব ক্ষমা তৌরো। 

কোঙ পায়বা

বিলা। [illegible] কিংনা করিনো তৌখিন্নিবা, মহারাজ? হৌমদে! ছি! ছি! ঐনদি খালি শ্রীযুক্তা অহুক, তাং-পাং তৌব-তনি। সিবি, মহারাজনা নুপীগী মান তাক্প্রা ভাক্তবরা [illegible] তৌবনি।

রাজা। ভাই, তাং-পাং হায়বা! ইরাইবক্রা নঙ্গী অনাবগী হিদাক্ [illegible]বসি কথনি, অহুনা কল্লেদো।—করে অহুদি—হৌজিক্তি ঐখোয় অমুক, চায়রেদনা হায়দোনা!

বিলা। করিগী, সখা, ঐখোয়গীদু চাক্কগী অয়াংপা থক্ লৈরম্দেনা।

মদনিকা অমুক চণ্ডলকুপা

রাজা। লাউ লাউ! য়েঙ্, সখি, মংবু উবদা ঐদি কিজে।

মদ। হাইবা!—করি বানো, মহারাজ? শ্রীযুক্তনা তাক্পিবা করি য়াথংবু?

রাজা। মংসি, সখি, মদন* কেতুনি। মংনা কুখ্খিদ শিংহৎ মকম্ অহুদা কমায়নো খাঙদবা। কামদেবগী লায়্ং অতং-অথম্ লৈতনা য়ৈজো, অম্-প্রেম-বৃক্ষ থোক ইদো অহুগা তেম্মঙান্দা খায়বা মীগী প্রাণ থিবা কুক্কিজে।

মদ। শ্রীযুৎকী, মহুগী মহুগী[illegible], কদি চিন্তা, মহারাজ?

* কামদেবগী [illegible]।

শ্রীযুক্তা মদনগী তা-না বিলাবগ্ন মহুগী চপ্‌চাব হিদাক্‌ সনামাক্তা মরৈদনা? অসিগুম ১ বিশল্যকরণী লৈরি- ঙৈদা শ্রীযুৎকী ভয় করি?

রাজা। হা। হা। হা। সাবাশ্‌, সখি, অকব-তাক্তা হায়রেদো! ন সি, ভাই, সরস্বতীগী মবেম্না। অহুনভাইরে, য়াম্না পেল্লে। লৌয়োসে। সদা লিক্‌ পয়েং পীবা

মদ। খুরুমজনা মনাইদি মহারাজগী অপিকৃপ দাসী অমনি!

রাজা। ফম্মু। মদনিকা কথা রেস্তু, সখি, নংনা ধনদাসগী মরমদা ঐঙোন্দা হায়রম্ব ব্রাশিংহুবু সত্যরমে?

মদ। মহারাজ, শ্রীযুৎনা দাসী অসিগী ব্বা থাজবিত্রবদি ঐগী সখীদা হংবিবা য়াইনা।

রাজা। ধনদাস মরৈ চাউই অহুগা স্বার্থ য়েঙিঙ হায়বসি ঐ হোজিক্তদা যাম্না নিংথিনা খঙলে, অহুবু মহাকী সাহস অহুক্‌ লৈবম্নি হ'য়বসি, ভাই, ঐদি থক্‌ বিশ্বাস তৌদে।

মদ। মহারাজ, শ্রীযুৎমা হক্‌থেংননা মিংনা-নাকোংনা ত্তাবি- রবদি বিশ্বাস তৌবিনিদনা?

রাজা। মহুদবুদি করিগী ওইরোই? মহুদগী হেম্ব অতৈ করি সাধ্না লৌমি!

মদ। অজ্ঞা, অহুদি সর্চ্চংলগা লাক্‌চগে। খোক্‌থিবা

বিলা। নরনাথ, দুষ্ট ধনদাসমক্তি সর্ব্বনাশসিগী মূল।

রাজা। সন্দেহ লৈতরে। ঐগী বিবাহসিদা করি দরকাবনো? খোইদোক্না, মধুৎ পায়গুনা খোইদোক্না, নং লৈরিঙৈদা,

ভাই, ঐনা অতৈ কনাবু মুংশিবা গুম্‌গনা ?

বিলা। অছুনিদো, মহারাজ মধুতৈব রাশিংহ্ হায়ছনা ইবুঙো-খোয়না ঐখোয়গী মনঃ চুরিবিদো। মনাক্তা নঙ্গিদগা থাঙ্গৈমক্ শেংনা হায়বিয়ু য়েংসি, মহারাজ, বিবাহসিদা হৌজিক্ ফাওবা মা খোয়দাবিরিবরা ?

রাজা। রামহুম্ শোল্লু। বিবাহসিদা ঐগী দরকার করিনো ? অছুব্রক্তা, ধনদাসগী মন্ত্রণা তাবদা, ভাই, য়াম্না পাম্না থোক্‌খরে, অছুবু ইজ্জৎ ঙাক্তবা য়াব্রদো। অছুননি খোরাং পুম্নমক্তি—

মদনিকা অমুক চঙলকৃপা

মদ। মহারাজ, অসোম্‌দা অমুক্ত থুনা লেঙশিন্বিরবদি ফগনি। ধনদাস লাক্লে। বিলাসবতীদা ভাই, হৌজিক্ মহারাজদা প্রমাণ অছু অমুক্তং য়েংহল্লুদো। রাজাবোম্‌দা লেঙবি-রসি'ছুদি, মহারাজ !

রাজা। হৌগৎলগা আচ্ছা, চৎলসি'ছুদি। নংনা চৎলু হায়ব মফম্‌দা চৎপা তারেদনা। অসিগুম হিনাউ-শাবনী মধু-বাক্তা হি শিন্নবদা কন্নিগী ভয় ? অনিমক্ মফম্‌দা লৈব

বিলা। মথন্তদা ধনদাস ধূর্ত্তরাজনি, অছুবু মদনিকানা ঙসিদি লাং থাক্লেসে, মসিদগী নাম্থোক্‌পা য়াম্না লুরনি লম্মুই ভায়াগী ।

ধনদাস চঙলকৃপা

লাউ, লাউ, ধনদাস, কম্যো। অছুদি, ভাই, মুঙাইরিদনা

ধন। কম্বগা মুঙাইবা, ভাই ? করম্ হায়না মুঙাইনি, হায়ুদো ?

উদয়পুরবগী হয়কপদগী, মহারাজনা অমুক্কম ঐবু রাজসনা মাঙদা কৌবিদরি। অদুগা মী কন্না কয়াগী মচিন্দগী ম্বা কন্না কন্না তায়, করি অমুক হায়গনি? অদুবু নংনা ঐবু নিংশিংলিবসি, ফবনি।

বিলা। আকাশবু, ভাই, পুন্সি চুপ্পা নোং মংহনা লৈত্রা?

ধন। মতুবুদি লৈতে। অদুমদি ওইরবদা, নংনচে, ভাই, নংনচে ঐগী নোং মংব আকাশ অসিগী পূর্ণচন্দ্র ওইরবদি ঐবু ফংদগে কনানা?

মদ। লোন্না মহাবাজ, তাবিবেদনা।

রাজা। লোপা তুমিল্লৈয়ু।

ধন। মথক্তদা বিলাসবতীনা মন্নুং মন্নুংদা ঐবুত-মুংশি-হাযবসি লিশিংলক্ ওইরিনি ঐঙোন্দা মদনিকানা হায়খিবা। অদুগা মসিগী ভাব ভঙ্গি উবদা ম্বা অদুদা যাম্নবু বিশ্বাস ওইবক্রে। কোংনা নংদি, ভাই, তুমিন্না লৈরবোইরে? ঐনা নংবু কয়ামুক মুংশি হায়বসি নং খঙদরা?

বিলা। ইকাই ইকাইনা মতুবু ভাই, ঐনা করম্না খঙনি?

ধন। করি ম্বানো, ভাই? নং মসিমু খঙদবা,—হঙোইদি ইতত্তনা কমলিনীগা লৈমিন্নৈ, অদুবু লৈরাং অদু অমৃতরসগী ফুংকল্লি হায়বদি মধুচুপ্পতনা খঙিও। নংসি করম-বক্সনো হায়বসিবু, মূর্খ রাজাশিংগী মন্ত্রিম্না খঙবা? হা। হা! হা!

রাজা। লোয়্য, তারেদনা? তাও, বেতাগী উশিত্তন রাতাংসি?

মরাবক অসিগী মকোক্ অসি হৌজিক্ ককপিপিও।

থাঙ-কৎকে তৌবা

মদ। করি করিনো মহারাজ? তৌবিরিবনু করিনো?

কহুং পাম্বা

ধন। য়েঙ্, বিলাসবতি—

বিলা। করিনো, ভাই।

ধন। ঐদি ভাই, নংমা য়াম্না মুন্না থঙব দাসনি, অতুগা ঐনা সনা খোগঙতুনা ফংজব পুম্নমক্কি নঙ্গীনি। মথন্তদা নুপী অসিগীদি রাজানা পীব মমন য়াম্ব রত্ন কয়া লৈরিবনি, মতুনা কৈদা ঐগীসিনা কৈদা? অত্তুবু মসিবু অমুক্তং খুং চন্নবগী উপায় করিনো? দেশ অসিদগী মসিবু অমুক্তং পুতুনা চৎলবদি লোইরে। কোংনা নংদি, ভাই, তুমিন্ লৈরেনা?

বিলা। ঐনা করিবু হায়দগে?

ধন। য়েঙ্. হয়েং অমুক্ ওস্তানা রাজা সৈন্য পুতুনা মরু-দেশদা লান্দানবগী যাত্রা তৌগনি। মহাক্ শস্ত্রবিদ্যা কয়া হৈবগে হায়বহু কনানা থঙদবগে। লানকম্ উবদা মূর্চ্ছা ওইদবা লাই খুরুম্মু। হা। হা-হা। মূনা থঙিও ঐ, অমুক্ লাঙলব মীদি অনি ভলে।

রাজা। করি কয়ারনো। বেটা, কয়া করাব্ চাউনা ঐবু চৈরিবা?

হোৎথক হোংনবা

মদ। কাজিগা করি করিনো তৌবিরিবা মহারাজ? থক্তিং তপ্‌থোকিখো, আইত্তে কাঁই হায়রবা, ভাবিখোবা।

মন্থ্ইদা হোচিলে। অতুনা মহারাজ শ্রীতোম্বা মসিগী প্রাণদদি ভিক্ষা পীসবিয়ু।

রাজা। প্রিয়ে, নঙ্গী বাণী ওয়তৈনরা তৌররোই। আঙ্গাড় প্রাণদণ্ড তৌররোই। খাঙ হাপচিবা অহুবু ঐনা মসিগী মমায় অমুক্ হুয়া উদনবা অসুম দণ্ড অমদি পীব দরকারনি।

—রক্ষক।—

নেপথ্যদা—মহারাজ?

রক্ষক চঙলক্পা

রাজা। য়েঙ্, দুরাচারসিবু নগরপালগী মনাক্তা হৌজিক্মক্ পুখো। অতুগা মঙান্দা হায়রু,—মসিগী মরু কোক্লগা বস্থি তৈরগা, মমায়দা হামুক্ তৈরগা দেশদগী তাস্থোকখো অমস্তুং মাগী মরন্-মথুম্ অরৈবমখৈ লাইরব ব্রাহ্মণশিংদা য়েস্থোকখো।

রক্ষ। সনা য়াথং, ধর্ম্মাবতার। ধনদাসরোম্দা চৎলো,—

ধন। মখুৎ লোয়ক্লগা মখিত্তা ঈ চেন্না মহারাজ—

রাজা। চুপ্ রহো, বদমাস। ঐ নঙ্গী বা করিমত্তা তানিংদে। পুখরো মসিবু। মশক্ অসি উবদা পাপ শুনি।

রক্ষ। চৎলো। ধনদাস পুদুনা রক্ষক থোক্খি।

ম্বা। চঙশিলগা অঃহা। প্রাণদি হিংজহৌরে, মসিমক্ ফেরিবনি। হৌজিমক ভায়াগী জীবা লোইরমুবনিদো। হা! হা! অহুভাইরে, উচি ভায়ানা অহিং চুম্ হয়ানা হরান্নলো চারগা, অহিং লোইরম্দাইদা অাংবা থুরেলো। হা। হা হা!

নিলা। পুরমক্, ভাই, নংমকী খুজিন্ লোরামুনীনি। অমামা

ওইরবস্নু, মহারাজনা মাগী প্রাণ কঞ্চিয়ে, মসি য়াম্না করবনি। অন্থুগী মখক্তা, মহারাজগী মরন অমিসি অম্মুক্ কুইরবা মতুংদা পাওলে, মসিমম্নু শুঙাইনিঙাইনি।

রাজা। দুরাচার অসিনা ঐবু ফত্তব লম্বী পুম্বদা পুরম্বনি, মহু নিংশিংবদা ইবু ইকাই। অদুবু করিদি ত্তৌনি, নংনা হায়জবদগী মাঙান্দা দণ্ড খজিক্ত পীতুনা থাদোক্লবনি।

নেপথ্যদা। লাম্ব্, য়ৈবা মহারাজগী জয়, রাজকুমারগী জয়।

রাজা। ইওক্ ওক্না কুমার ধনকুলসিংহ লাক্লবোইদনা। প্রিয়ে, হৌজিক্ ঐঙোন্দা বিদায় পীবা তারে। ঐ হৌজিক্ চৎপা তারে।

বিলা। করি রানো, মহারাজ? অমুক্ হাথু হাথুনা? অহুদি কাদৌঙৈ অমুক্ লেঙক্লনি, তাশ্পিয়ু?

রাজা। মহুদি ভাই, করম্না হায়গনি? ঐদি হয়েং অযুক্ যুদ্ধগী যাত্রা তৌরগনি। শিত্রবদি অমুক্ উননি, নত্রবদি জন্ম অসিগীদি উনরিবসিনা লোইরে। মখুৎ পায়হুনা য়েঙু, ভাই, ঐ শিবা থোক্লবদি ঐবুদি কাউগম্নু, অমুক্তংদি নিংশিঙু, করি অমুক্ হায়গনি।

বিলা। খুম্‌দনা কপ্পা

মদ। মমিত্তা ঈম্বা চেম্না হায়হৈদে, মহারাজ, অহুগুব রাহে শ্রীযুৎনা পম্বিরাইদা।

রাজা। সখি, থোদৌ অসি সামান্যদি নত্তে। পৃথিবীগী ক্ষেত্রি মহৌ যুদ্ধক্ষেত্র অসিদা পুম্নপ্ তিল্লরম্বি। করে, অম্নু-নঙাইরে। হৌজিকং লাউ, বিদ্যাসবতি, ঐঙোন্দা হরাও

হৰাওনা বিদায় পীবৰো লাউ।

মদ। লাউ, সখি, মহারাজবু খোগন্দুনা কোম্বোং ফাওবা চৎলুসি। অমুক্ কপ্তুনা করি কায়দগে, ভাই ? হৌজিক্ পৰমেশ্বৰগী চরন্দা প্রার্থনা তৌ,—মহারাজ তেক্তা কায়দনা স্বরাজ্যদা লেঙলক্লসু।

পুম্নমক্ থাকৃখিবা

---

## অষ্টম্শুব গর্ভাঙ্ক

জয়পুর, নগর চিদাইগী রাজপথগী মমাঙদা দেবালয়

দেবালয়গী মিচুখোঙদা বিলাসবতী অমসুং মদনিকা

মদ। অমুক্ পন্থকচুনা কৈদৌনি, সখি ? চৎলসি, হৌজিক্ য়ুমদা চৎলগা ঈরু-মাইথরুবসি, মুমিৎ য়ুংদোবন্মনি। থৌওইনা দেবদর্শন তৌবশানা অসিদা লাক্পনি, অসিদা অমুক্ লৈথরবদি মীনা করি হায়নি ?

নেপথ্যদা লাম্বুং মৈবা

বিলা। তোতো তাওদো, তাও। মহারাজ অমুক্ লেঙলক্লমাল্লে।

মদ। নঙীদি মচুমা নিংচুনতা লৈবা হায়সিনগাই। নিংথিনা য়েঙ্ুদো, কনানো লাক্লিবসে ?

বিলা। সখি, ঐদি পিনা মিৎ পুম্ক্লাও তাঙলমাল্লেসে। কদায় কদায় ? ঐদি কনাবুসু উদেনা।

মদ। হৌজিক্, ভাই, কঁপ্ন্থুনা করি কান্ননি? আহু য়েঙ্, মন্ত্রী মহাশয় লাক্লে।

মথাদা মন্ত্রী চঙলকৃপা।

মন্ত্রী। বিধাতানা তম্ববু কনানা কক্পা ঙম্দগে? হাই হাই কহিন্নু লৈতব মৈরিক্ অমনা তম্থিরব লম্মৈ ওইনা চাক খংলক্লে! অঃহা! মসিনা ফজব পান্থী কয়া শা-উর্চেক্ কথা কয়া চাক্নুনা উৎ ওইরনি, মশিং লাক্পা ঙম্মবোই। স্বর শাংনা হোন্দোক্পা হৌজিক্ ব্রাক্নবা বৃথানি। ঈচেল্ অসি চীংদগী থোরক্লে, মসিগী গতি থিংবা কনাগী মতিক্ লৈ? নেপথ্যয়োম্দা করিনোসিদে। অর্জ্জুনসিংহ, নহাকীদল হৌজিক্ অসিদা লৈরিবা?

নেপথ্যদা। অজ্ঞা, ঐখোয় চংলে।

মন্ত্রী। সর্ব্বনাশ শারে! করিমতা নঙীবু অকি-অথং লৈত্রবরা কৈদৌরেসে? ময়দা-গাডী পুম্নমক্ হৌজিক্, অস্থুম্ লৈরিনা?

নেপথ্যদা—মহাশয, যণ্ ফংদবা।

মন্ত্রী। নাকোং থাগতুনা এঁ—করি হায়বা? যণ্ ফংদবা সর্ব্ব-নাশ! নখোয অছুদি কৈদৌগে লৈরিবা?

নেপথ্যদা। হোগৎলো হৈ, হৌগৎলো, থুনা গাড়ীশিংসি পান্পংলো।

মানা। অজ্ঞা, লোইরে লোইরে?

মানা। পুং-শেন্-য়েবশা, নখোয়স্নু ভূম্মবরা? থীজু, য়েয়ু।

মানা। মহাশয়, আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু, ঐখোয় চংলে। য়েয়ুবা! থীজুবা!

মানা। লাথ্ং থীবা মহারাজগী জয়!

মন্ত্রী। মথক্ষদা য়েঙ্খিগে, অতৈ দল কনা কদায়দা করি তৌরিবা ? আঃ, পুন্নমন্নিবু মী অমত্তনা ঙম্বরা ? ভগবান * সহস্র-লোচন্না ঙমগ্রা, চিংবু চিংনৈ, ঐগীদি মিৎ অনিদ। খোকৃখিক

বিলা। মদনিকা, চৎলসি, ভাই, ঐখোয় মন্নদা গাড়ী অসিগী মতুং ইন্দুনা মহারাজগী মনাক্তা চৎসি।

মদ। নংবু, সখি, পাগল ওইরবরা ? য়ুম্দত্তুম্ চৎসি। য়েঙু, মতম্সি মুমিৎ মুংখ্রিনি। হৌজিক্ রাজহংসীশিংনা সরোবরদা তাউহ্নবা মশা ইংহল্লরিনি। অত্তনা ঐখোয় অসিদা লৈবা চুম্দরে।

বিলা। ভাই, ঐগীবু অমুক্ য়ুম্দা হন্নবগী মন. লৈরিবরা ?

মদ। হা। হা। হা। নংসি, ভাই, কৃষ্ণ যাত্রা হৌরবরা ? হা। হা ! হা ! সখি, কৃষ্ণ নত্তনা তম্খিব প্রাণ অসি হিংবা য়াদ্রে। হা। হা ! হা। হে রাধে। যমুনা মপাল্লিদা কম্ত্না নথক্তা কপ্পগা করি অমুক্ কান্নি ? নঙী বংশীখোংবজুদি হৌজিক্ মধুপুরদা কুব্জা সুন্দরীগা কেলি তৌরি। হা। হা। হা।

বিলা। ছি ! অত্তুমককা হায়জনু, ভাই। অমাসাশিংদো হৌজিক্ মুণ্ডাইনা থোক্তরে।

মদ। কনালোসে ? ধনদাস, নত্তা ?

মথায়া অনংবা শায়া ধনদাস চঙলকৃপা।

ধন। মাইকৈ মরি য়েংলগা মথক্তা হে বিধাতা, নঙী মনংদা

---

* ইন্দ্র

মসি থৌরম্বা! ঐনা অমুক্ কুইবা নিংথৌ কোন্দগী মুঙাইবা মথল্ কয়া কয়া ভোগ তৌরগা মমৈদা চানি-ঙাই লৈতহনা চদৎনব ছুইদ্রোনা খোঙ থুদিংদা কোয়না চৎপা তারবা? অহুবু নংমক্তী দোষ করিনো? ঐমক্তী কর্ম্মগী দোষনি। পাপ কর্ম্মগী চপ্চাব ফলদি অশুম্ব-মক্ শোক্‌ইদো। হাই! হাই! অপাম্বগী ময়ায়দা মৎ কারবদি মীগী জ্ঞান অমুক্ লৈরা? মতু নত্রবদি * রঘু-পতিনা সীতাবু হন্দোক্লমহনা সনা-শক্তীগী মতুংদা তাম্ন-রমত্রা? অপাম্ব-ময়ায় অসিদা মৎ কাহনা ঐনা কু-কর্ম্ম কয়া তৌখ্রেদো, মশিং নাইদ্রে। কপ্পা প্রভু, ঐগী পিনা নংনা ঐগী পাপ্কী লৈনাং তৈব আত্মাবু শেং-দোক্পিয়ু। কপ্পা হাই! হাই! ঐগী জ্ঞান অসি হান্না লৈরম্ববদি, ঐগী দু:খ দশা অসি থোক্লমদরা?

মদ। অঃহা! সখি, তারেদনা? য়েঙু, সখি, ধনদাসগী দশা উবদা ঐদি ওহোক্লা মুঙাইতত্রে, করি অমুক হায়নি? নং, ভাই! অসিদা ঙাহাক্কুং লৈরম্মু, ঐ চৎলগা মাগা [illegible]বা অমা-নিদং তুক্ ঙাঙনরুগে। চৎখিবা

ধন। মথক্তদা পৈশা তাম্নবগীদমক্ মীনা তৌদবা করি লৈ? অহুবু পৈশা অহুদি কনাগুম্ব চৎমিন্নদে। হাই হাই! [illegible] অসি মীনা করিগী খঙজিবা, মসিনিসে অঙক্পা। য়েঙুদনা, ঐনা অস্থক গানা রত্নমালা অমা লোংলম্বনি,

পরেং অহু হৌজিক্ কদায়দা চৎখ্রবা ? কনানা ভোগ ভৌগনি। হাঃ।

মদনিকা চঙলকৃপা

মদ। ধনদাসনিনা।

ধন। এঁ—কৈমো—কনানা ? মদনিবা ? মথন্তদা যন্ত্রণা অমুক্ বাকি লৈরিবরা করিনো ? ফোংনা য়েঙু ভাই, ঐনা ফংকম্ থোক্‌প দগুদো, ফংলেদো, অহুদা নংনা অমুক্—

মদ। নত্তে, নত্তে, নঙ্গী ভয় লৈত্রে, ঐনা নঙ্গী অমুক্ ফত্ত-নবা ভৌরয়োই। নঙ্গী অবাবদা ঐ অস্থকী মতিক্ ল্লারে, মহু নঙোন্দা করিমুক্ হায়সিগে ? ধনদাস, ঐদি ভাই, সত্তীদি নত্তে হায়ববু ঐগীস্থ নূপীগী প্রাণনিদো— হাজার ওইরবস্থ, অতৈগী অল্লাবা উবদা ঐগী মনঃদা চৈনা কাওই। মহু, ভাই, থোক্‌খিবা থোক্‌খে, হৌজিক্ মসি লৌদো, ঐ নঙোন্দা খুদোপ্ অসি পীরে।

ধন। ইঙক্ ঙক্লা আঃ, খুদোপ্ অসিদি, ভাই, কদায়দৈ ফংলুরিবা ?

মদ। করিগীনো ? নংমক্লা ঐঙোন্দা পীরম্বদাই। হৌজিক্তি কাউবিরবরা ? উদয়পুরগী মদনমোহন্ নিংশিংরবরা ?

হাইরপ্ নোক্‌পা

ধন। এঁ—কনাবুনো হায়রিবা, ভাই ?

মদ। মদনমোহন্—নঙোন্দা মদনিকা উহনুগে হায়রম্বদো। ঙসি মহু থোক্লেদো। য়েংজৌসে— ঐমক্তি মদনিকা অহু।

— · [illegible] চৎলবরা ?

মদ। করম্ হায়নামুক্ হায়রিগে? ঐ নত্তনদি ঘটনামখৈসি থোক্হন্নি কনানা? ধনদাস, নংনদি খল্লম্বদাই, নঙোন্দগী হেৎ মন্নুব অতৈ নৈত্রে, অহুব্ হৌজিক্তি খঙলেদনা, খ্বাই-পুম্বগী মথক্তা মথক্ লৈ? খন্দুনা য়েঙ্দো, ভাই, নংসি কৎাদ হুষ্ট ওইরব্বা। করে মহু থম্মো, মতিক্ ওক্লে। হৌজিক্ নঙ্গী হুষ্ট বুদ্ধি অহু নৈত্রবদি ঐগা চৎসি লাউ। য়েঙ্গে, ঐনা থুদেক্খিব মী অহুবু অমুক্ হন্না শেম্বা ঙম্ব্রা হায়না।

ধন। নঙ্গী ব্রা তাবদা, ভাই, ঐদি ইঙক্পু ঙক্লেনা! নংমক্ ওইরে অহুদি মদনমোহন অহু? কয়াদ ঙক্খ্রবা! ঐনা করিস্নু খঙবা ঙম্মদবা?

মদ। লাউ, ন, ঐগা চৎলসি লাউ। য়েঙ্ বিলাসবতী মথক্তা লেপ্পুনা লৈরি। মাগী মকম্দা, ভাই প্রেমালাপকী মিংষাও পল্লুন্নুকো। অহুগা য়েঙ্, জম্মসিদা নুপীনি হায়-হুনা কনাবুম্ন থৌশাদবা তৌন্নুকো। মহুগী ফল উরে-দনা? চুম্বরা? হা! হা! লাউ, সখি, নং অমুক্ত কুম্থরক্উ। ঐদি চাক্ য়াম্না লায়ে। চৎলোদনা, ধনদাস, চৎলো। ঙমক্ থোক্খিবা

ইতি মরিশুব অঙ্ক।

---

## মঙাশুব অঙ্ক

### অহাব গর্ভাঙ্ক

### উদয়পুর রাজগৃহ

রাজা ভীমসিংহ অমসুং মন্ত্রী চঙলক্‌পা

রাজা। সর্ব্বনাশ শারেদনা। মতুগী মতুংদা?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, রাজা মানসিংহনা থাঙ চিক্তুনা প্রতিজ্ঞা তৌখরে,— মহাত্মা রাজকুমারী কৃষ্ণাবু বিবাহ তৌগনি, নত্রগা উদয়পুরবু ভস্ম শাহন্দুনা মহারাজগী রাজ্য ছারখার ওই-হনগনি। রাজা জগৎসিংহগীসু প্রতিজ্ঞা অসিমক্নি।

রাজা। মুঙাইত্তবা অমসুং অশাওবগা লোয়ননা অওইববা? কলি-কাল অসিদা লোক্লা মসিতবু বীরত্বনি হায়নবরা? লাইবক্তা খুড়ুম্ন' গুবা হাই! হাই। মৃতদেহদা কনানা থাঙনা য়ানবগে? ঐগী অসুস্থ অবস্থা ওইরমত্রবদি মথোয়না অসুক দর্প তৌবা ওয়নত্রা? য়েঙু, ঐগী * রাজকোষ শূন্যনি, সৈন্য বীরশূন্যনি', অদুনা ঐনা ১অভিমন্যুদোনা সপ্তরথীগী অয়ায়দা খুৎলাক্তি য়াওদনা উপ্তিং লৌরিবসিনি, অদুনা ঐবু সর্ব্বনাশ শাহন্নবদা করিমতা অওক্‌পা ওইরোই। হে বিধাতা, অপমান অসি ঐমবু কয়ানি অমুক্ খাঙথিগদগে? থম্না ঐবু কয়ানি লৈরগা উম্বিগবা?

মন্ত্রী। মহারাজ, সনা পুক্লিং অদুক্ লাঙবিরবদি—

রাজা। শাউনা করি রানো, সত্যদাস? রা পুকসি তারগা তুমিন্না

---

* Treasury ১ মহাভারতকী রা

লৈবা য়ারিবরা ? মরুদেশগী অধিপতি কনানো, মহাক্না ঐবু য়ারক্লিবা ? অহৃণা রাজা জগৎসিংহস্থু হৌজিক্তি মশানক্ কাউথরে, মসিস্থু য়াম্না অঙক্পনি।

কোয়চচ্ছৎপা

মন্ত্রী। মথন্তদা হাই। হাই! হৌজিক্পু শাউবগী সময়রা ? ঐখোযগী বর্ত্তমান অবস্থাসিদা অকম্ব বৈরীদলসিবু অথীব রাহৈনা শাউহম্বা হৌনবরা ? স্বর শাংনা হোম্বা হা বিধাতা! কুমাবী কৃষ্ণাগী মরমদা অমুক্ রাথোক-লাম্থোক্কনি হায়বসি মঙদস্থু মঙলম্দে।

রাজা। ফম্মগা সত্যদাস, ফম্মু।

মন্ত্রী। স্নাযাথ, মহাবাজ। ফম্বা

রাজা। হৌজিক্ মসিদা করি তৌবা তারে, হায়ু তাসি ? ঐদি মাইকৈ অমত্তস্থু বিপদ-সমুদ্রসিগী চাংজো উবা ফংজরে। স্বর শাংনা হোম্বা মন্ত্রি, রাজসিংহাসন অসিদা কম্বদগী হৌনা ঐনা মুঙাইবা কয়া ফংখরে হায়রদু নংদি মুন্না খঙিঙ। বিধাতানা করি অপরাধ উহুনা ঐবু অমুক্ বৈরীবিরিবা, হায়ুদা! অসিগুম্ব মণিঙাক্কগী রাজমুকুট অসিস্থু ঐগী কোক্কদি অগ্নিঙাক্ক ওইরে। হাই! হাই! যম্না ঐবু কাউররা। কৃষ্ণা অসি ঐগী যুমদা করিগী পোক্লম্বা ? হাই। হাই!

মন্ত্রী। নরনাথ, রবিবংশগী রাজাশিংনা মমাইদা মশা মশাগী বংশ মর্য্যাদা ঙাক্কবগী তৌখি-তৌখিব কীর্ত্তি অহুবু শ্রীযুৎনা করিমতা নিংশিংবিব্রবরা ?

রাজা। সত্যদাস, নংনা রাগ্নি পুন্নমক্তু ঐগোন্দা হৌজিক্ অমুক্ করিগী নিংশি হল্লিবা ? মঙান্দগী অমম্বদা চঙবদা অমম্বহ্ন দ্বিগুণ ওইনা থল্লি, মমাঙ্গী রা পুন্বত্ নিংশিংলক্পদা ঐনা মিকুপ্ অমা ফাওবা হিংনিংব্রা—

মন্ত্রী। —মহারাজ—

রাজা। হাই, হাই। শৈলরাজগী বংশ অসিদা ঐগুম্ব কাপুরুষ অতৈ কনা কন্দৌইঙ পোক্থ্রবগে ? ব্যাধ কিবনা লম্ন্ধ্রইদি লৈথুন্দা চঙবনি, অদুবু সিংহগীস্তু রীতি অদুবা ?

বলেন্দ্রসিংহ চঙলক্পা

লাউ, ভাই, ফম্মু। নং পাউ-পুন্নসি তারেদনা ?

বলে। কয়গা অজ্ঞা, মন্ত্রীগী মক্মদ্‌গী পুন্নমক্সি খঙজাবে। অদুগা ঐনস্তু দূত থর থারম্মী, মখোয়গী মরক্তা মী অহুম্ হল্লক্লে। মুসলমান-পতি আমীর অদুগা মহারাষ্ট্রপতি মাধবজী, অনিমক্ বাজা মানসিংহগী পক্ষদা য়াওখবে।

রাজা। কবি হাযবা ? আমীর নত্রা ধনকুলসিংহগী দলদা য়াওবম্বা ?

বলে। অজ্ঞা, য়াওরম্বনি, অদুবু মহাক্লা নম্থাক্ তৌদুনা ধনকুলসিংহগী প্রাণ নাশ তৌরে, হৌজিক্ অমুক্ রাজা মানসিংহগী সহায় ওইখরে।

রাজা। এঁ ! অওইবরা ? অঃহাহা ! খঙলে খঙলে, বিশ্বাসঘাত মুসলমান জাতকী ব্রভনি।

মন্ত্রী। অজ্ঞা, মা পুক্নিংদা সন্দেহ তৌবিরুরম্ভ, ভারতবর্ষদা — — — — আদি আন্নি ক্রনখে !

রাজা। জয়পুরদগী, ভাই, করি সংবাদ লাক্লে, তম্মু তাসি।

বলে। অজ্ঞা, রাজা জগৎসিংহসু প্রাণ খুবাক্তা হাপ্তুনা যুদ্ধগী যোগাড় তৌরি। অহুগা রাজবীর কয়া কয়া মহাক্কী সহায় ওইখরে।

মন্ত্রী। হাই। হাই! লডাই অসিগী রা তাবদা মাইগৈ কয়াদগী মী কয়া ওংখৎলকনি মশিং নাইদনা। অকষ নোংন্থংশিং হৌরক্পদা সাগরগী ঈথক্ মপৈ কদৌঙৈদসু শান্ত ওইনা লৈতে।

রাজা। লৈতে, লৈতবমক্লি। অহুদি হৌজিক্ মসিদা করি তৌবা তারবা? নংনা করি হায়রিবা বলেন্দ্র?

বলে। অজ্ঞা, করি অমুক হঙ্গৎনি? মহারাজগী অমদি স্বদেশগী ফনবা হোৎনবদা ননাই প্রাণ কাওবা কথোক্পদসু ননাই ঐদি তৈয়ার লৈজরে। অহুমদি ওইরবদা, বিপদ অসিদগী নাম্থোক্পা মীগী মতিক্ নত্তে। মহু ওইরবসু, ঐগী দেহদা প্রাণ লৈরিমখৈদি ঐনা যত্তন তৌবা থক্ তোক্লোই। হৌজিক্ দেবতাশিংনা—

রাজা। ভাই, হৌজিক্পু মতম্ অহু অমুক্ লৈরিবরা, দেবতাশিংনা মীগী অরাবদা রাবিবা। ঘোর কলিগী প্রতাপ্না অমরশিংসু খাই মাঙ্খরে। অতুবু হৌজিসু চন্দ্র-সূর্য্য থোক্লিবসি, কেবল বিধাতাগী কায়বা-য়াদব বিধিগী প্রভাবননি।

বলে। শ্রীযুৎকী ম্না য়াথং লৈরবদি, অমুক্তং য়েঙ্সিরা করিনো, বিধাতানা ঐখোয়গী ভাগ্যদা করি তম্বা।

রাজা। স্বর শাংনা হোৎবা অহুবু, ভাই, মহুবু অমুক্ য়েঙ্গেদবগা করিগী? খম্বহুনা য়েঙ্ু, কনা অমনা 'বিধাতানা ঐগী ভাগ্যদা করি তম্বা, য়েঙ্গে,'—অসি হায়রহুনা চীং অরাং-বদগী চোংথরবা. নত্রগা অচাকপ মৈহুংদা চোংশিল্লবদি, বিধাতানা মাগী ভাগ্যদা করি তম্বগে হায়বহু খুদক্তা থেংনরেদনা।

বলে। অজ্ঞা, মহুদি থাঙ্গৈশেংবনি। অহুবু,—

মন্ত্রী। বলেন্দ্ররোম্‌দা মনাও ইবুঙোনা পত্র অসি অমুক্তং পাহুনা য়েংবিযুদো। পত্র পীবা

রাজা। মহু করি পত্রনো, মন্ত্রি?

মন্ত্রী। মহারাজ, পত্র অসি ননাই ঐনা ঙরাং অহিং ফংলম্মী। অহুবু মসি কনানা কদায়দগী ইরকপনো, অহুগা কনানা পীরম্বনো—হায়বহু ঐনা কবিমতা খিবা ফংদে।

বলে। সর্ব্বনাশ! রাম, রাম, বিষ্ণু, বিষ্ণু! অসিগুম্ব বাবু চিন্দা পম্নববা!

রাজা। কবিনো, ভাই, স্নাহুবু করিনো, হায়ু, তাসি?

বলে। অজ্ঞা, স্না অসি ননাই ঐদি চিন্দা পম্না চম্‌জরোই, স্না পুক্নিংনা পাম্বিরবদি স্না মিংল্লেং তাবিসি। স্না অসি স্না নাকোং য়োহবা ননাইগী ইতিক্ মত্তে। রাজাদা পত্র পীবা

মন্ত্রী। স্না অসি স্নাম্না অকিবনিদি হায়রবু,—

বলে। রাম! রাম! মহু অমুক্ হায়বগী করি অকারনো? রাম! রাম! অহুবু স্নাহৈয়া! ছি, অচ্চা!

মন্ত্রী। লোম্না আ—সিবি—লিবি—উপায় অসি নত্তনা অতৈ

উপায় অমা লৈরবদি, বিশেষ ওইনা মনাও ইবুঙোনা খম্বছনা লেংবিযুমনা—

বলে। ঐনা রামা মূল্য বিচার তৌরবনি। মহাশয়, মসি মীগী কর্ম্ম রা ?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, শাগৈজাত-ইজ্জৎ ঙাক্পা মীওইবগী প্রধান কর্ম্মনি। বিশেষ ওইনা ক্ষেত্রিশিঙ্গী রীতি করিনো হায়বহ্ মনাও ইবুঙোনা খঙবিরিবনি।

রাজা। অপ অমত্তং তুমিন্নৈরগা ঘর শাংনা হোন্দোক্না মন্ত্রি—

মন্ত্রী। মহারাজ। মা য়াথং।

রাজা। পত্র অসি মঙোন্দা কনানা ইরক্পনো ?

মন্ত্রী। মহারাজ, মহ্ ননাইদি হায়বা ঙম্দে।

রাজা। য়েঙ্, মন্ত্রি, মাইব অসিদি রাম্না কব হিদাকী ব্যবস্থা তৌইদি হায়বরু, খঙলে, অনাবা কোক্নবা তৌবা নিংথিনা খঙিদনা। ঘর শাংনা হোন্না অচুপা তুমিন্না লৈবা

মন্ত্রী। অজ্ঞা, অনাবা অসিগী মসি নত্তনা হিদাক্ অতৈ লৈরোইদমাক্লে।

রাজা। ব্রজেন্দ্র,—

বলে। মা য়াথং—

রাজা। ঘর শাংনা হোন্না ভাই, কদি অরবা ?

বলে। অজ্ঞা, পত্র অহ্ ননাইদা পীবিয়ু, ঐ শেগায়রগা লংশেক্খ্রে। মসি শক্রনা ইরক্পনি, মা পুক্নিংদা সন্দেহ তৌবিয়ু। সর্ব্বনাশ শাররনি।

রাজা। নঙনা করি হায়রা নত্তদনো ?

মন্ত্রী। মহারাজ, বিপদগী মতম্দা মীনা রক্ষাগীদমক্ মথবাক্ শেগায়হুনা দেবপূজাদা ঈ দান তৌনৈ।

রাজা। সত্যদাস, মহ থাঙ্গৈশেংবনি। অহুবু থধাক্ হোগাইহুনা ঈ দান তৌবগা কর্ম্ম অসিগা আকাশ-পাতাল্নি।

মন্ত্রী। অজ্ঞা সত্যনি। যন্ত্রণা অহুদগী যন্ত্রণা অসিনা য়াম্না হেল্লি, অহুবু স্না বুদ্ধি তৌবিয়ু, সময় অসিদা সর্ব্বনাশ ওইবনা নম্লে, অহুনা সর্ব্বনাশদগী—

রাজা। সত্যদাস, ব্রা অসি থল্লুবদা ইশাপূম্ব তুজুভিঙ, অহুগা মাইগৈ মরি ইমম্মম্বগুম্ উই। আ., করিনো ? হা ভগবান ! —নত্তে,—নত্তেদা। মসিস্থ ওইবা য়াত্রা ?

মন্ত্রী। মহারাজ, স্না বুদ্ধি তৌবিয়ু। রাজসতী চা কয়া বংশ অসিগী মানরক্ষাগী অগ্নিকুণ্ডদা চোংশিন্দুনা প্রাণ থাখি, বিশেষ ওইনা রাজাদি প্রজাশিঙ্গী মপাগী মশক্নি, মী অমবু শুংশিবদগী মী লিশিং কয়াগী মরন্-মথুম্-মথরাই মাঙহম্বা হৌনবরা ?

রাজা। হোই, চুম্মি। অহুবু মহ হায়হুনা ঐনা অঙকপ তম্থিব থবক্ অসিদা সম্মত ওইগদরা ? অহুগা রাজমহিষীনা ব্রা অসি হেক্ তাবদা করিবু হায়গদগে ? ঐখোয়দি নিপাগী মপোক্নি, অহুনা ঐখোয়দি য়াম্না থাওবা গুম্মি ; অহুবু—

মন্ত্রী। অজ্ঞা, মহারাণীনা ব্রা অসি করম্না খঙ্গদগে ?

রাজা। সত্যদাস, ব্রা অসিবু লোম্না থুম্না লৈগদরা ?

মন্ত্রী। অজ্ঞা, মহ লৈতবা য়ায়। করিনা হায়রবু, মসি—অমুক্তং

লোইশিন্‌খ্রবদি অহুব্‌হাক্লা খল্লরোই। মরম্‌দি, অন্নাবা শেম্বিব বিধাতা অহুমক্লা অবাবগী মপুন্সি ত্তেলুহল্লম্মে। মরম্‌ অহুনা অবাবা পুন্সি তোলোইদে।

রাজা। চিন্তা তৌরগা ঐগী মৃত্যু ওইবনহুম্‌ ফরেদা। নত্তে,—মহুদা করি কান্নদগে? কেবল আত্মহত্যাগী পাপ লংজবা। বিশেষদি, নিজ রাজ্যগী অমসুং পরিবারগী বিপদপুম্ব খঙনা শিবসু কাপুরুষগী থৌদোনি। নত্তে, নত্তে,—কৃষ্ণা লৈরিমখৈ বাথোক্‌ অসি লোইশিন্নগী মতৌ করিমতা উদে। অহুগা বাথোক্‌ অসি কান্নব্রবসু সর্ব্ব-নাশনি। উঃ—নত্তে, নত্তে, হোগৎপা মসি ঐনা কর্ম্ম অসিদা সম্মত ওইগদরা? সত্যদাস, অসিগুম্ব কর্ম্ম চণ্ডালসু তৌবা ঙম্মোই। অহুগা চণ্ডালদি মীনি, অসি-গুম্ব কর্ম্ম শা-উচেক্‌শিংনসু তৌরোই। য়েঙু, শা-চাব জীব পুম্বনসু মাগী মাগী মচাশিংবু প্রাণ য়াওনা যত্ন তৌনা য়োক্‌-থাক্‌ই।

মন্ত্রী। অজ্ঞা, মহারাজ, মসিদি তর্কগী বিষয় নত্তে। মনাও-ইবুঙোনা করি হায়বিবা, বীরবর?

বলে। ঐনা মসিদা করি অমুক্‌ হায়দগে?

রাজা। বলেন্দ্র, ঐনা, ভাই, ইনিংতৌনা ঐগী মুংশিরবী, কৃষ্ণাগী প্রাণনাশ তৌনবদা সম্মত ওইগদরা? চিঠি অসি ইরকৃপ মী অহু, মচা মুংশিবা করিনো হায়বহু কদৌ-কৈদসু খঙদব ওইরম্‌গনি। ভাই, ন্না অসি খন্নদা প্রাণ কৈনো মতৌ অমা তৌরক্‌ই করি অমুক্‌ হায়নি?

উঃ—মথবাকু নৈয়া নে রিধাতা, ঐগী ইবাইবক্তা মসি তৃশিন্নবয়া ? অংহা ! অন্নুক মবুক্ ঙিংবী নুপী মচানি। ঐগী মরাল্ নৈতবী প্রাণপ্রতিমা—অংহা ! হা ইপাই-ইবেম্মা কৃষ্ণা—আঃ—মূর্চ্ছা ওইরা

মন্ত্রী। সর্ব্বনাশ। সর্ব্বনাশ।

বলে। হাই, হাই, করিনো করিনো ?—করি থোক্লবা ? কনা কনা লৈ, অসিদা !

ভৃত্য চঙলকৃপা

ভৃত্য। সর্ব্বনাশ ! করিনো অসিদে ? মহারাজ। কৈনো সিদে ?

মন্ত্রী। বীরবর, মতৌ অসিদি, তম্থিব রিপদ লাক্লেদনা। অদুদি লাক্লিরো, ঐখোয় মহারাজবু অসিনগী পুরসি। রামপ্রসাদ, নং য়ায়া থুনা রাজবৈদ্য কৌরক্লো।

ভৃত্য। অজ্ঞা। থোক্খিবা

মন্ত্রী। মহাশয় মহারাজবু পায়বিয়ু।

রাজাবু পুত্তনা অনিমক্ থোক্খি

## অনিশুবর গর্ভাঙ্ক

উদয়পুর, একলিঙ্গজী মন্দির মমাঙদা

ভৃত্য চঙ্‌লকপা

ভৃত্য। মথন্তদা উঃ, কয়াদ মম্লবা ! অকাশদা তারা অমাফাও উদ্রেনা। খাইকৈ মরি য়েংলগা কয়াদ কিরব মকম্লো ! অসিদা ভূত কয়া, প্রেত কয়া, পিশাচ কয়া লৈ, মশিং নাই-পোং নত্তে। মহারাজনা অসিগুম্ব সময়সিদা মন্দির অসিদা করিগী লাক্লিবা, করিমতা খঙবা ঙম্‌দরে। ইঙক্ ঙক্লা এঃ বাবা! কৈনো? হেরা, ফবে! মকুবা! ভূত পুবা উচেক্লি। ওইবস্মু য়ায়। মধুর স্বরন্থ ভূতকী মনাকোং নত্তনা অতৈ কনাগী মনাকোংদা নিংথিনা থোক্কদগে? দূব! কোয়চচ্চংপা কয়াদনো! ঙসি কয়া-নিনো শুরে, মহারাজনা য়াম্না তয়াং-তশোইনরক্লিবসে। আহার, নিদ্রা, রাজকর্ম-পুম্নমক্ পুমথা থাদোকখে, অদুগা সদাই "হে বিধাতা, ঐগী ইরাইবক্তা মসি লৈরম্মবা! হা! ইবেম্মা কৃষ্ণা, নঙ্গী রক্ষক অদুমক্লা গ্রহদোষপগী নঙ্গী ভক্ষক ওইররবা!" কেবল রাহৈ খর অসিত শোম্বা তায়। নেপথ্যদা থাঙ্গী শউম্—ইঙক্ ঙক্লা ও করিনো অসিনা? কোণা পাম্বীমুক্ রাঙি! এঃ বাবা! সর্ব্বনাশ! নন্দীরা, ভৃঙ্গীর', বীরভদ্ররা! বীরভদ্র ওইরমাম্লে। নত্তনদি অম্মুক্ বাং-চাউব অতৈ কনা লৈনি! উঃ! এ. বাবা! অসোয়মম্মম্ লাক্লি।

রক্ষক চংলক্পা।

কনানো ? ও। রঘুবর সিংহ! আঃ। শিদে্দনা। ঐদি, ভাই, মহাক্পু বীরভদ্র ওইরবোই নিংহ্না চেন্গে তৌরুরেদো। নংস্থ বীরভদ্রগুম্মেদো।

রক্ষ। তুমিন্নৈয়ুবা। অহুক্ লাউনা বা ভাঙ্গনু।

ভৃত্য। করিগীনো, করিগীনো ? করিদোরে ?

রক্ষ। মহাবাজ, মহা বিপদদা তারমাল্লে, হিঙ্গদরা হিংলোইদ্রা চিংনরে।

ভৃত্য। করি হায়বা, রঘুবব সিংহ ?

রক্ষ। মহারাজ মরক্ মরক্তা মূর্চ্ছাত মওই। ভগবান শম্ভুদাস অহুগা মহাক্তী চেলা মকোক্শিনা হিদাক্-লাংথক্ কযা থারি, অহুবু উত্তা ঘী হৈথবে। অহা! মহারাজগী দুঃখদশা উবদা ইবুক্ শেং কায়। অহুগা রাজকুমার বলেন্দ্রবুস্থ, য়াম্মা বানা উই। যেঙ্, ভাই, অচৌ-অশাঙ্গী ইমুংদা মচিন্নাও অস্থক্ মুংশিনবা ঐদি কদায়দস্থ থেংনদ্রি। অনিসিগী প্রাণ অমত্তগুম্মি।

ভৃত্য। সন্দেহ তৌথিদরা ?

রক্ষ। নংদি, ভাই, ইতবত্তনা মহারাজগী স্নানাক্তা লৈবনি। মহারাজনা অস্থম্ ওইরক্লিবসিগী মরম্ খজিক্তস্থ খঙলাক্তরা ?

ভৃত্য। কদায, খঙদে। করিগীনো ? নংস্থনে ভাই, রাজকুমারগী অহুদা লৈরিবনি। নং করিমত্তা খঙদ্রা ?

রক্ষ। কনা খঙনি, ভাই, করিস্থবু খঙবা-ঙম্দেদা! অহুবু

আন্দাজদা অম্বুম্ খল্লি, রাজকুমারী কৃষ্ণাগী বিবাহ-বিষয়মক্ বিপদ অসিগী মূল ওইরমাল্লে, রেঙ্, মুমিং কয়ানি মকম্‌সি সেনাপতী অমম্বুং মন্ত্রী মহাশয় অনিগী মচিন্দা ভক্তনা মহাকী নাম পবা তায়।

ভৃত্য। সত্যরা ? ঐনম্বু, ভাই, মহারাজগী মচিন্দা মহুত তায়।

বলেন্দ্রসিংহ-চঙলকৃপা।

বলে। মথন্তদা সর্ব্বনাশ ! মসিবু ঐগী কর্ম্মরা, শামুনা তনৌ তনৌব লৈরাং নৈহৎপদাইদো ? অহুবু মাদি শানিদনা। রূপ-রাশি-গুণগী মবম্‌দা মাদি মমিং তাণ্ডি। অহুবু মীনা কদৌডৈদা শাগী থবক্ তৌবা ওম্বরা ? নত্তে, হুম্ হুম্, মসি ঐগী কর্ম্ম নত্তে। ঐ হৌজিম্মক্ মক্কম অসিদগী চৎপনা চূম্মে। কোংনা রঘুবরসিংহ ?

রক্ষ। অজ্ঞা, বীরপতি।

বলে। থুনা ঐগী শগোল্ পুবকউ হায়ু।

রক্ষ। অজ্ঞা! ভৃত্যরোম্‌দা ওঃ, ওম্বোক্লা মমখেনা, লাউদো, ভাই, ঐখোয অনিমক চৎলসি।

ভৃত্য। আচ্ছা, চৎলসি। অনিমক্ থোক্‌খিবা

মন্ত্রী চঙলকৃপা

মন্ত্রী। মথুৎ পায়দুনা রাজকুমার রক্ষা তৌবিয়ু করি অমুক হায়-সিগে ? ইবুঙোনা অমুক শাউবিরবদি সর্ব্বনাশ শানি। লেঙলকউ মহারাজনা মনাও ইবুঙোবু অমুক নিংশিংবিরি।

বলে। মথুৎ থাদোক্‌হল্লগা নংনা করিনো হায়রিবা মন্ত্রি ? ঐবু চণ্ডালা ? পাষণ্ডরা ? মসিবু ঐগী কর্ম্মরা ? কলঙ্ক-

ঙাগার অসিদা মহারাজনা ঐবু কয়িদৌনা নূপ্হম্লিংলিবা ? এঃ! ঐনা করি হায়না মনঃবু থেম্জিন্দগে হায়ুদো ? কৃষ্ণ ঐগী প্রাণগী লাইফদিবীনি। ঐনা করম্না দোষ লৈতনা মাগী প্রাণ নাশ তৌনি ? ইহলোক মুত্তাইনবগী মীনা পরলোক নাশ তৌই, কয়িনা পরলোক্তা করি থোক্কনি হায়বগী নিশ্চয় লৈতে। অদুবু নং হায়ু য়েংসি পাপ কর্ম্মগী ফল ইহলোক্তা ফংলোইদরনে ? মস্কি নংনা তুকচরব কর্ম্ম অসি তৌনবগী ঐত্তোন্দা অমুক্ হায়বিররন্নু।

মন্ত্রী। মখুৎ পায়দুনা রাজকুমার, মন্দিব মনুংদা লেঙশিন্বিরকউ। য়া পূন্নমক্সি মফম্ অসিদা হায়দোক্পা যোগ্য চাদে।

অনিমক্ চঙলকপা

পূন্নমক্তা। মন্দিরগী মমাঙদা প্রণামগা বম্ ভোলানাথ। পূন্নমক্ কপ্না অমসুং শিবস্তব শক্পা লোইরগা বম্ মহাদেব।

সহায়। গোঁসাইজি, মহাশয়না হায়বিখি, ঙসি অহিংদা মহারাজগী বিপদ অমা থোক্কনি, মসিগী কারণ করিনো ? অদুগা মহাশয়মক্তা মসি করম্না খঙবিরম্বা ?

অনিশুব। বাপু, নখোয় ঐগী চেলানি। অদুনা নখোয়গী মফমদা ঐগী করিগুম্ব বিষয় অমা লোত্তুনা থম্বা য়াম্না হেৎনদবনি। ঙসি সন্ধ্যা সময়দা শ্যান্দা উরম্মী, দেবদেবগী মযুন্দা পিশী ধারা শিন্নবগুম্ তৌই, গুহাক্ লৈরগা রাজভবন-গোম্দা য়েংথোক্লিবদা মফম্ অদুদগী ঈ-ঈচেল্ চেপ্তোরক্পগুম্ তৌই ; মতুংদা আকাশ

পাংলা য়েংখিবদা, উরশ্নী, ভুং ভুং চাক্প মৈনুংলা লক্ষ্মীদেবী চাক্পগুম ভোই, অঙ্গা দেব ময়াম্মা হাহাকার লাউবগুম্ তৌই। পুম্নমক্নিগী মতুংদা হেক্ শূন্না মম্বা অসি অঙ্গা মোঙঙংবা হৌরম্মে। বাপু, পুম্নমক্নি অশুভ লক্ষণনি। মসিনা তাক্পদি বিশেষ বিপদ অমা থোক্কনি—মদুদা সন্দেহ লৈত্রবনি।

১ম। অদুদি মহাশয়না করিগী মহারাজদা বিষয় অসি হঙ্গৎলমদে ?

২শুব। বাপু, বিধাতানা তম্খিবদু শোয়দনা থোকনি, অদুনা মহারাজদা বিষয় অসি হঙ্গৎলুবদা কেবল মহাক্পু—মুংশা থিহন্বা তানি। অতৈ উপকার অমতা লৈরোই।

৩শুব। তোতো যুদ্ধ অমদি থোক্কদৌবেদনা, অতৈ করি বিপদ থোক্কদগে ?

২শুব। অদুদি ভগবান একলিঙ্গতনা খঙবিনি। ঐগী অনুমানদদি, মী অময়গীদমক যুদ্ধ অসি থোক্লে মঙোম্নক্কদা অমাঙবা অমা থোক্কবা য়াই। মদু, ওইরলগু, মদু হায়রক্তনা কায়দে। হৌজিক্তি, চংলসি, ঐখোয় মফম্ অসিদগী চখোক্লসি। আকাশ নোংনা কুপ্‌শিন্লিব থোদৌ অসিনে, য়াম্না থুনা অক্কিব মোং-মুংশিং তৌরদৌমাল্লে।

পুম্নমক্না। বম্ শঙ্কর। হর-হর-হর !" বম্-বম্-বম্।

পুম্নমক্ থোক্খিবা

বলেন্দ্র অমসুং মন্ত্রী চঙলক্পা

মন্ত্রী। রাজকুমার, * পিতৃসত্য রক্ষাগী রঘুমণিনা রাজভোগ থাদোক্ত্না বনবাসদা লেঙবিখি। ময়াম্ব অহন্দি পিতা-গুম্বনি। অহুনা মহারাজগী স্না য়াথং অবহেলা তৌবা মনাও ইবুঙোগী করিমতা হৌনত্রবনি।

বলে। পুন্নমক্ অহু অমুক্ হায়বগী দরকার কবিনো? ঐনা মহাবাজগী চরণ শোক্না প্রতিজ্ঞা তৌখ্রবদা নঙ্গী মন দা করিগী সন্দেহ লৈরিবা?

মন্ত্রী অজ্ঞা, নক্তে, মহু করম্না লৈদগে?

বলে। য়েঙু, মন্ত্রি, নং মহাবাজবু চেক্শিন্না স্না কোন্নুংদা পুশিল্লক্লো। হাই! হাই! ঐগী লাইবক্তা অস্নুম্ কবিগী থোক্লরবা? শোয়দনা ঐগী পূর্ব্বজন্মদা শাপ অমা লৈরম্মে, মহু নত্রবদি—নেপথ্যদা বীরবর, শগোল্ তৈয়ার লৈজরে।

বলে। আচ্ছা। ঐ চৎলে, মন্ত্রি। থোক্খিবা

মন্ত্রী। মথন্তদা রাজকুমারনা অকব কর্ম্ম অসিদা সম্মত ওই-বিগনি হায়বসিগী কবিগুম্ব আশা অমতা লৈরম্দে। করে অহুবু, হৌজিক্তি য়াম্না রানা সম্মত ওইরে। অঃহা! রাজকুমারী কৃষ্ণাগী মৃত্যু নত্তনা অতৈ উপায় অমত্তা লৈত্রবনি। হাই, হাই,! হে বিধাতা, মসিবু নঙ্গী সামান্য বিপদরা।

রাজা চঙলক্পা

রাজা। সত্যদাস, বলেন্দ্র চৎখ্রবরা? হাই, হাই, হে বিধাতা, ঐগী ইরাইবক্তা নংনা মসি ইরম্নবা? মেমা, ঐনা অমুক্

* রামচন্দ্রগী প্রসঙ্গ

নঙ্গী চন্দ্রমুখ অহু উবা ফংলরোইদো? হাই, হাই,। অচ্চা, ঐসি পাষণ্ডনি। নরাধম—

মন্ত্রী। মহারাজ, হৌজিক্ লেঙবিরো, রাজপুরদা লেঙসি।

রাজা। সত্যদাস, ঐ *শ্মশান অহুদা অমুক্ করম্না চঙ্গদগে?

মন্ত্রী। ধর্ম্মাবতার,—

রাজা। সত্যদাস, নংনা ঐবু কৈদৌ অমুক্ ধর্ম্মাবতার হায়রিবা? ঐদি চণ্ডালদগীস্থু অধম্নি। ঐদি স্বয়ং কলি অবতারনি।

মন্ত্রী। মহারাজ, পুম্নমক্ অসি বিধাতাগী ইচ্ছা নত্তনা করিনো?

নো:-মু:শিং অমস্থং আকাশদা নো: থাকপা

রাজা। আকাশরোমদা হায়রপ্ য়েংহুনা রজনীদেবীনা পামর অসিগী তুক্‌চব কর্ম্ম উবদা য়াম্না শাউবিবমাল্লে, অহুগা চন্দ্র-তাবানচিংবনা মণিগী পোছাক্ থাদোক্কুনা, চামুণ্ডাগুম্না ঙংবিরিমাল্লে। উঃ। কয়া কিরব থৌদৌনো। প্রলয়গুম্না মম্নবা! হে অমম্ব, নংনা ঐবু উম্নবা থৌরাংলবরা? উঃ! ‡ মেঘবাহন্না অমম্ববু হন্না হন্না অঙাম লিচৈ অসিনা ফুরি,—দ্বিগুণ শাউরমাল্লে। বজ্রগী কয়াত কিরব শব্দনো। মসিবু প্রলয় কাল্লা! অহুদি ঐগী কোক্তা কৈদৌ বজ্র তাদে? মথক্তা য়েংলগা হে কাল, ঐবু উম্মো। হে বজ্র! পাপী অসিবু নাশ তৌরো। হে নিশাদেবি! পাষণ্ড অসিবু পৃথিবীদা করিগী অমুক্ থম্লিবা? কদায়? পম্থরিবা করিগীনো? জ্ঞান তাদনা মকোক্তা মথুং হায়া

* মোংকম্ ‡ ইন্দ্রনা

অসি [illegible] ! [illegible] তুমিলেবা [illegible] ! [illegible] কিছুনা চেন্থ্রবরা ? থাক্লা নোক্পা *

মন্ত্রী । [illegible] কৈদনো বিপদ, অমামুক [illegible] । মহারাজ পুম্ঙাও ঙাওরে । কোংনা মহারাজ, করিনো তৌকিরিবা ? লেওসি, হৌজিক্ সঙ্গাই মনুংদা লেঙশিন্নসি ।

রাজা । আদনা পরমেশ্বর, রাজা মৃত্যু ওইররোইদরা ? কৈদো ওইরোই? করি তৌরি রাজা বরিগী ? করিগী ? এ কম্রি থোক্-অনি ? 'ছদি করি থোক্ অনি ? ঐগী করি থোক্-অনি ? কপ্পা

মন্ত্রী । মথন্তদা করিনো' সিদে, সর্ব্বনাশ ! হৌজিক্ কৈদৌনি ? মসিবু পুননবা উপায় কবিনো ?

রাজা । করিনোসিদে ? হা মেমা, কৃষ্ণা ! কৈনো, মেমা ? লাউ, লাউ, নঙ্গী নকোক্ অমুক্ত চুপ্কে । নঙ্গী করি থোক্লবা, মেমা ? অ হা ! ঐদি নঙ্গী অরা-নংলব নপানি, নহাক্না য়াম্না মুংশিবদো । কপ্পা মহু করিনো ভাই, বলেন্দ্র ? কৈনো মহু ? কৈনো মহু ? কৈনো তৌরিবা ? কৈনো তৌরিবা ? অহুম্ব কর্ম্ম —ওঃ—মূর্চ্ছা

মন্ত্রী । মথন্তদা কৈনোসিদে কৈনোসিদে ? কৈনোসিদে, সর্ব্বনাশ ! করি থোক্-অনি ? অসিদা কনাম্থু লৈত্রা ? থোন্ হৌনা কনা কনা লৈবগে ।

ভৃত্য, [illegible] চঙলক্পা

ভৃত্য । কৈনোসিদে ! —কৈনো—সর্ব্বনাশ—।

মন্ত্রী । পায়্, পায়্, মহারাজবু থুনা সঙ্গাই মনুংদা পুশিন্নসি ।

রাজাবু [illegible] থোক্খিবা

* সেক্সপীয়রগী কিংলিয়রগী ওত্থুর অঙ্ক, ২অরু দৃশ্যগা মাত্রবা ।

## অষ্টম্শুব গর্ভাঙ্ক

### উদয়পুর, কৃষ্ণকুমারীগী মন্দির

অহল্যাদেবী অমসুং তপস্বিনী চঙলকৃপা

অহ। মাইগৈ মরি য়েংলগা ভগবতি, কদায়, ঐগী কৃষ্ণাদি অসিদা লৈতেনা ?

তপ। অদুদি রাজকুমারী হৌজিকৃফাও সঙ্গীত শালাদগী হল্লক্ত্রি-মাল্লে। করিগী ইবেম্মনা অদুক্ তয়াং তশোইনবিরিবা ?

অহ। খুম্দনা কপ্পা

তপ। মখুৎ পাইদুনা ছি, ছি! করি মতৌনো মহিহি ? মঙবু কদৌঙৈ হেক্তা চুম্বরা ? মদু ওইরবদি পৃথিবী অসিদা গরীব কয়া কয়া রাজা ওইরম্লি, অদুগা রাজা কয়া কয়া গরীব ওইরম্লি, সীমা নাইররোই। মী কয়ানা মঙদা করি করি উবা, পুম্নমক্তু সত্যরা ? মঙদি মঙ্গুম্মী।

অহ। ভগবতি, ঐগী প্রাণসি কৈনো মতৌ অমা তৌরে, ইবেম্মনা ঐগী কৃষ্ণাবু কৌবিরক্উ। ঐ অমুক্তং মাগী চন্দ্রবদনদু নিংথিজনা য়েংজগে। কপ্পা

তপ। মহিহি, অদুক্হান্না পাখৎপিনু। ইবেম্মনা কয়ামুক্ শুক্প মঙ মঙনিখ্রবগে, হায়বিযু তাসিদনা।

অহ। ভগবতি , মঙ্গী ব্রা অদু নিংশিংবদা ঐগী ইশা পুম্বদা তু খ্যাও-খ্যাও চুপ্তি। কপ্পা

তপ। কৈননো, ব্রারিহুবু করিনো ?

অহ। ঐহাক্ খোংজিন্ অসিগী মনাক্তা লেপ্পগুম্ তৌরম্মী,

খুদক্ অদুদা ভীমসিংহ বীর পুরুষ অমনা থাঙশাং পায়রুনা মন্দির অসি তাম্না লাক্লগা— চণ্ডলম্মী—

তপ। কয়াদ ওক্লবা। অদুদগী?

অহ। কৃষ্ণানা শয্যা অসিগী মথক্তা মথক্তা তৃম্বগুম তৌরম্মী। অদুগা বীরপুরুষ অদুনা করি তৌরম্বগে হায়রবু—শয্যা মনাক্তা চণ্ডশিন্দুনা মাবু থাঙনা য়ান্‌গে তৌরম্মী, ঐনা কিয়রুনা খুদক্ অদুদা খংলাউ লাউরম্মী, অদুদগী মঙ্- ফাওনরম্মী। ভগবতি, ঐগী ইরাইবক্তা করি থোক্লগবা, হায়রবা ওম্‌দরে। কপ্পা

তপ। ইবেম্মা খঙবিদরা, মহিষি, মঙদা ফত্তবা উরগা কৈ, অদুগা অরুবা উরগা ফত্তে?

অহ। মতুম্মু ওইরসম্মু, ভগবতি, ঐ ঙসি অহিং ঐগী কৃষ্ণাবু মন্দির অসিদা করিমতা তৃম্মলবোই।

তপ। মোমোল্লুনা করিগী মহিষি, করি দোষ লৈরদনা? নেপথ্যদা যন্ত্র ধ্বনি আতু তাওদো? ঐনা হায়খিদ্রদো, রাজনন্দিনী সঙ্গীত শালাদা লৈরি। অদুদি লেঙসি, ঐখোয় মফম্ অদুমক্তদা চৎলসি। মহিষি, কৃষ্ণাগী মমাঙদা অম্মুক্ পাখংপা করিমতা ইবেম্মনা তৌবিরোই। নৃপী- মচা অদুনা ইবেম্মবু অবস্থা অসিদা উবদা মথরাই য়াম্না শুঙাইরোই। মঙোন্দা অমুক্ কৈদোনা অবেম্মদা মথরাইদা অনাবা পীদগে? অদুগা বিচার তৌবিদ্রিবা করিগীনো, অপদি নিদ্রাদেবীগী ইন্দ্রজালনিদনা। লেঙসি; ঐখোয় হৌজিক্ চৎলসি। অনিমক্ লোক্‌খিবা

থাওনাং থারুহুনা থানেরুসিংগী চক্ষরক্‌পা

হলে। থংঙদা মন্দির'স্নিগী মহুংদা ঐনা কল্লাবক্‌ চঙথ্‌রবনি, মশিংবু মাইদে। অতুবু ঙসিদি চঙবদা ঐগী খোঙ থাংনিংদগুম্‌ তৌইদা। তৌদৌবমক্নি। চোরদোনা শঙুন্‌ তৌহুনা মুম্বুগী মমুম্‌দা চঙববু বীরপুরুষগী ধর্ম্মরা? হাই, হাই। মহারাজনা করিগীনো ঐবু শাথিব ঝঞ্ঝাট্‌ অসিদা লংশিন্নিরে? তম থিব কর্ম্ম অসি ফটে কনা অমবু তৌহন্না য়াদ্রবরা? কৃষ্ণাবু হাত্তনা ইথক্তহুম্‌ শিসিন্না থল্লক্লে! মর শাংনা হোম্না অতুবু মহুদদি কন করিমতা ওইরবোইদ্রা? শয্যা তান্না চঙশিল্লগা কদায়? কৃষ্ণাদি লৈতেনা। হৌজিক্‌ফাও তুম্বা লাক্তি্রমাল্লে। অতুদি হৌজিক্‌ কৈদৌনি? কোমচক্কৎপা নেপথ্যদা গীত মথন্তনা অংহা! হে বিধাতা, ঐগী অসিগুম্বী কোকিলাবু পুল্লি-চুপ্লগী মচিন্‌ মেন্‌গে লাক্লবরা? পাপ অসিগী প্রায়-শ্চিত্ত লৈব্রা? কৃষ্ণা অসোম্‌দা লাক্লেদনা। হাই! হাই! হে বিধাতা, নংনা করিগীদমক্‌ রাজবংশ অসিবু অম্ভুক্‌ য়েংথিবিরে! অসিগুম্ব মণি পীবিরগা অমুক্‌ মাবু হূদৌ-রিবা! হাই, হাই, মেমা, নংনা করিগী মুংশিহৈতর কৈসিগী থায়াত্তা তাররবা। মরুমদা লৈবা

কৃষ্ণাগা লোয়নদুনা তপস্বিনী চঙলক্পা

তপ। নুপীমচা, অহিং অমুক্‌ থেংলকাও ঈশৈ-নোংমাই তৌহুনা লৈবা হৌনবরা? চৎলো, রাজমহিষী শয়ন মন্দিরদা লেঙশিন্‌থরে। নংমু তুম্মুরো, অমুক্তু পম্বরহু।

কৃষ্ণা। ফগনি, ভগবতি, ইমাসিবু ঙসি অছুক্ পাখৎনা উরম্বা করিননো, তাক্পিয়ুদো? মহাক্না ঐবু ঙসি অহিং মন্দির অসিদা তুম্‌দনবা হায়রম্বা কৈননো?

তপ। রাজনন্দিনি, অমরোম্‌দা মমাগী প্রাণনিদো, অছুগী মথক্তা অমুক্ নংদি মহাক্কী অমত্তা পোকপী থাদোইনিদো। অছুগা হৌজিক্ বিবাহ অসিগী বিষয়দা গোলমাল তৌরক্লেদো—

কৃষ্ণা। মোমোন্দুনা অছুদি ঐবু কনা অমনা মন্দির অসিদগী হুছুনা পুথিগনি হায়না ইমাসিনা খম্বিরবরা?

তপ। নুপীমচা, মছুম্ব খক্ হেক্ ঙইবা যাত্রা? চন্দ্রলোক্তগী অমৃত হ্‌ববু অমা অমগী মতিক্লা?

কৃষ্ণা। মিছথোং হাংলগা উ, ভগবতি, যেংবিযুদো কয়াদ ময়ুব রজনীনো! রজনীনাথ য়াওদবনা রজনী দেবীনা মফী-মরোন্ লংশেক্তুনা দুঃখ-সমুদ্রদা লপ্তুনা লৈবিরিমাল্লে।

তপ। মোমোন্দুনা মেমা নংনা অমুক্ বাতাশিংদো কৈদগী তম্লক্লিবা! চৎলো তুম্‌থুম্ তম্মুরো। ঐস্থ হৌজিক্ যুম্‌দা চৎলে। অহিং নোংয়াই য়োরম্মনি।

কৃষ্ণা। অস্তা।

তপ। অছুদি ঐ হৌজিক্ চৎলগে। থোক্থিবা

কৃষ্ণা। মথক্তদা রাজা মানসিংহ লান্দা অমুক্তি মাইথিরে অছুবু মসিম্থ তারি, মহাক্না অমুক্ হন্না সৈন্য-সামন্ত ময়াম্ লোয়নছুনা জয়পুর রাজাগী বিরুদ্ধদা লান্দানবগী থোরাংনি, য়েক্তে বিধাতানা ঐগী লাইবক্তা করি

তম্বিবা! খর শাংনা হোৎা * সুভদ্রাগীদমক্ অর্জ্জুনা যদুবংশগা শাথিব লান্ শোক্করম্মী, মসিস্থ মহুম্ তৌরক্ক-মাল্লে। মিহুখোং হাংলগা ইস্, কযাদ কিরৈব বিজুলীনো! প্রলয় কালদা মৈরিনা পাপী থিহুনা পৃথিবী কোয়ব-মাল্লে। অহুগা নোঙংবা তাবদা মহা মহাবীর পুরুষগী হৃদি নীকৃই। উ ,কযাদ কিরবা আন্ধিনো। ঙসি করিনো সিদে মহাপ্রলয় লাক্লবরা? মন্দির অসি চীংজাওদৌনা লেঙদরে, অকম্ব নোং-মু.শিং তৌরবস্থ মসিদা কিনিঙাই লৈতে। অহুবু খাংপোকুম্ব যুম মচা-মচাদা লৈব মী-শিঙ্গীদি ঙসি কয়াদ বারিগবা! অ' হা! পরমেশ্বরনা মখোয়বু রক্ষা তৌবিসনু। হে বিধাতা, মী অহুনি, বুদ্ধি অহুনি, মঙং অহুনি, অহুবু কনানা ঙক্লা ৱাংব সনা দোলান্দা ইন্দ্রগুম্না ঐশ্বর্য্য ভোগ তৌই, অহুগা কনা অমনা আশ্রয় লৈতহুনা উখোং-ৱাখোংদা য়াম্না বানা জীবন লেল্লি। অহুগা মসিস্থ হায়গে, দোলান্দা লৈর-গভা মীসি হেক্তা সুঙাই হাযবা ৱা নত্তে। ঐগীদি করিমতবু অৱাংপা লৈতে, অহুদি কৈদৌনা ঐ সুঙাইতে? মনঃ সুঙাইবনি সুঙাইবদি ! খর শাংনা হোৎা ক্ষরে, ঐগী মনঃ ঙসি অমুক্ চরাংনরিবা করিণীনো? পৃথিবীগী পোং অমত্তস্থ নিংথিনা থোক্তরে। ঐগী মনঃ, পোয়ুংদা থম্ব চেক্লাগুম্না ইপাপাখংলে। য়েংহুম য়েংথিগে, ঙহাক্তং তুম্নগা ফবা য়ায়। তুম্মুরগে। হে মহাদেব,

মনাইসিগী মকম্দা মমাবিরুনা মাগী মনংগী চরাংনবা কোক্হল্লুঃ প্রভু মালী অসিনা নঙোন্দা একদম্ শরণাগত তৌজরে। তুম্বা

বলেন্দ্রসিংহ অমুক্ চঙলক্পা

বলে। মথক্তদা হাই। হাই! ঐনা অসিগুম্ব কর্ম্ম তৌনবা লাক্শিল্লে, অদুবু রসাতল হেক্তা য়োগদরা কিবদগী, পৃথিবীদা খোঙথাবকাও শম্না ওইরে। খোংথাং থুদিংদা মেদিনীনা ঐহাক্পু য়োংনবা লাক্লমাল্লে হায়না খল্লে। মহ্ ওইরবস্থ অমরোম্দা করে। রজনীদেবী নংমক্ ঐগী সাক্ষীনি। ঐনা কর্ম্ম অসি ঐগী খুসীনা তৌবা নত্তে। মনাক নক্শিল্লগা হাই। হাই। ঐনা রাজবংশ * মৃণাল অসিদগী অশাংপ সনা মৃণালিনী অসিবু থাজেশেংনমক্ ছারখার শাহনগে লাক্লে। অসিগুম্ব সনা মন্দিরদা শঙন্ তৌহুনা মসিগী প্রাণগী মশক্ মন্ হুবদগী হেন্বা অতে করি পাপ লৈরিবা। চিন্তা তৌদুনা করিদি তৌনি? ময়াম্ব আহন্গী অস্তা খোঁশাদবস্থ মহা পাপি। মর শাংনা হোৎম ঐহাকী উরেদো, * মারীচ রাক্ষসগী দশা তারেদো, হিংকম্ লৈত্রে। অদুনা মপোক্ অসিগী ওইনা, মেমগী চন্দ্রবদন্দু অমুক্তং য়েঙ্গে। মশক্ য়েংলগা হে বিধাতা, ঐনা রাহু শাহুনা অসিগুম্বা পূর্ণিমাবু য়োংনবা লাক্লুবা? ঐনা প্রলয়গী মম শাহুনা মসিবু মপুক্সিগীয়মক্ ইশিংদা লুপ্হনবা লাক্লুবা!

মথিৎ শেংদোক্পা অঃ হা। মেসা। ঐসে মুংশিহৈতব চণ্ডালনি! অপরাধ নৈতনা নঙ্গী প্রাণনাশ তৌনবা লাক্রে। অঃ হা। ইচাদি মৌজিক নীঙাইদনা নিদ্রা দেবীগী তম্বাক্তা বিশ্রাম তৌরিদো', অহুগা মমঃ হ্‌বা মণ্ড মথল্ মখানা য়ায়া মুডাইহুবদৌনা উরিনেসে। অহুকু মনাক্তা মপা-পোক্‌মিয়ব-শাব যম লাক্‌না লেপ্লরে, হায়বসিদি খণ্ডদরে। হাই! হাই! ঐনা প্রাণগা মায়না অহুক্ মুংশিরব, মাগী প্রেমগুন্না লান্ তৌব মীগী অকম হুদিদা মুংশিবগী রস অপার চেল্হব— মহাক্‌পু ঐনা মাগুহন্না তাববা? বলেন্দ্রগী খুংলাইগী মমৈদা কীর্ত্তি অসি ওইববা? তোল্লিদা। তোল্লিদা! চিন্তা তৌহনা অহুদি অমুক্ করিগীনো? —ওঃ! মুংশিব-য়োংহ্লিং অসি থদংপা মীগী কর্ম্ম'রা? * দ্রৌপদীগী ফিদৌনা চিংথোক্লিবমথৈ শাংদোরক্লবা। হে পৃথিবি, নং সাক্ষীনি। হে রজনী দেবী, নং সাক্ষীনি। হাৎকে মথুৎ থাবথপা।

কৃষ্ণা। ফুক্ হোগথনদা এঁ-এঁ-কাকা! সিদি কৈনো? সিদি কৈনো?

বলো। থাজ্‌ কৈপাক্তা লংলেক্পা।

কৃষ্ণ। এঁ-কাকা! সিদি কৈনো? নহাক্তা মাকুম্ অসিদা মফম্ অসিয়া লাক্‌পিরিবা?

বলো। নংজো, করিস্কু নংঙ্গে। থাজি নংমু অমুক্তাং য়েক্লে লাক্‌পনি।

অহুদি মেমা। অহুদি মেমা! ঐবু বিদাইরো ঐ চৎলে।

কৃষ্ণা। কাকা, নহাক্তি মহাবীর পুরুষ অমনি, অহুদি নহাক্কা দাসী অসিদা নমথাক্ তৌবা হৌনবরা?

বলে। মমায় খুমগা খুম্দনা কপ্পা

কৃষ্ণা। থাঙ্ মেৎলগা মথন্তদা করিনো সিদে? থাঙ্ মথবাক্কা লোৎপা অমসুং কোংনা কাকা, ঐনা নথোঙ্ পায়হনা হাযজরি, ঐঙোন্দা ব্রাকম্ পূম্নমক্ শেংনা তাক্পিযু।

বলে। মেমা, নংনা তোল্লব-মিহুৎশি থঙদব অসিবু অমুক্ কাকা কৌরহু। ঐদিনে নঙ্গী কাকা নত্তে, ঐদি চণ্ডালনি, ঐনা নঙ্গী * কাল ওইনা লাক্লিবনি। কপ্পা

কৃষ্ণা। করি হায়বা, কাকা?

বলে। হা ঐগী কুললক্ষ্মি! হে পৃথিবি, নংনা অনি থোক্না চেক্খাইরগা ঐঙোন্দা লৈফম্ পীযু। কপ্পা

কৃষ্ণা। মথুৎ পায়বা করিদোরে, কাকা, অপুক্ পাথৎপিরিবা করি-গীনো?

বলে। কৃষ্ণা, ঐ নঙ্গী প্রাণ লৌগে লাক্লম্লিবনি।

কৃষ্ণা। করিগী, কাকা, নহাক্কী কাদা ঐনা করি অপরাধ লঙ্জখরে?

বলে। মেমা, নংদি স্বয়ং কমলাগী অবতারনি। নংনবু অপরাধ করিনো হায়বহুবু থঙবরা? কপ্পা মরুদেশগী রাজা মান-সিংহ অহুগা জয়পুরগী রাজা জগৎসিংহ,—অনিমক্না প্রতিজ্ঞা অসি তৌখয়ে,—নহাক্পু বিবাহ তৌগনি,

* যম

নত্রগা উদয়পুরীবু ভস্মরাশি শাহল্লগা রাজ্য অসি লণ্ডভণ্ড তৌগনি। ঐখোয়গী হৌজিক্ করি অবস্থানো হায়বহুদি নংদি মুল্লা খণ্ডিঙ! মরম্ অহুনা—

কৃষ্ণা। কাকা, ঐখোয় পাবুঙ্গীম্ন ইচ্ছা অসিরা,—

বলে। মেমা, ঐনা অমুক্ করি হায়সিগে? শ্রীযুৎকী য়াথং নত্তনা ঐনা চণ্ডালগী কর্ম্ম অসিবু তৌনবা হোৎনদরা?

কৃষ্ণা। অওইবরা? অহুদি মসিগীদমক্ নহাক্না অহুক্ রাবিরিবা করিগীনো? কাকানা পাবুংবু অসিদা অমুক্তং কৌবিরু। ঐ মহাক্কী স্না চরন্দা মপোক্ অসিগী ওইনা বিদাই-জগে। কাকা, ঐ রাজকুমারীনি। রাজেন্দ্র ভীমসি হগী কন্যানি। নহাক্না বীবসিংহ। নহাক্কী নয়াম্বগী মচানূপী-ঐনা মৃত্যুবু বিদোবা? আকাশদা মেঙনা পূ য়ৈবা আহু তাবিয়ু। কাকা, অমুক্তং আদগী থোঙলোম্দা মুল্লা য়েংবিয়ু। অ:হা। কযাদা ফজরব বপনো। মহাক্সিনি পদ্মিনী সতী। মহাক্না ঐঙোন্দা মসিগী মমাঙদা অমুক্খক্ উৎপি-রম্লে, জননি, নঙ্গী দাসী লাক্চরে। য়েঙু, কাকা, মন্দির অসি খুদক্সিদা নন্দন কাননগী সুগন্ধনা হাহা-লাউরে। অঃহা। কয়াদ ফরব লাইবক্লো ঐগী! নেপথ্যদা খোঙ্গী শাউম্

বলে। কৈনোসিদে? কৈনোসিদে?

রাজাগী মতুং মতুংদা মন্ত্রী চঙলক্পা

রাজা। অঙাওবদোনা কোয়েং কোয়েং য়েংবা

মন্ত্রী। কৃষ্ণাবু উরগা মথস্তুদা সিদি, অহুদি হৌজিক্কাও লোইস্ত্রি-মনা। আঃ। রক্ষা ওইরসন্থু! চণ্ডশিল্লগা বলেন্দ্রদা লোম্না

রাজকুমার, অমুক্ করি য়েংবিরিবা ? সর্ব্বনাশ শুংলরব্রা। মহারাজ খণ্ডহৌদনা পুম্ডাও ডাওরক্লে।

বলে। করি হায়রবা ! সর্ব্বনাশ। রাজা কিদা রাজদনা কপ্পা হাই ! হাই। করি থোক্লবা ! অহুদি মন্ত্রি, নংনা মহাক্‌পু অসিদা পুরক্লিবা করিগীনো ?

মন্ত্রি। করিদৌনি ? মহাক মশামক্লা অসোম্লা লাকপিরিবনি মরম্ অহুনা, মহাক্লা লোয়নহুনা ঐশু লাক্‌পা তাবনি। কনা খণ্ডনি, অতৈ কদাযদা চৎখ্রবদি। অহুগা অমসু খল্লক্ষী, মহারাজগী অবস্থা অসি ওইরবসিদা অরুব পাপ-কর্ম্ম অসিগী অমুক দরকাব করিনো ? অহুনা মনাও-ইবুঙোদা নিবেদন তৌগে লাক্‌পনি। মসিগী মতুংদা ঐগী লাইবক্লা অবৈবহু থোক্লসনু। হাই, হাই, রাজ-কুমার—

রাজা। বলেন্দ্র। ছি ভাই। অশুম্ব কর্ম্মশু তৌবা ! হৌগৎ হৌগৎনা কৈদৌরিবা, কৈদৌরিবা ? নত্তে, নত্তে-নত্তেনা-- মানসিংহ, মানসিংহ, মানসিংহ। হুম্। মহাক্‌পুদি হৌজিক্-মক্ হাত্তোকনি। ঐ চৎলেসে। খর চৎপা অসিনিদনা ঐগী কৃষ্ণা। করিগীনো, মেমা ? করিগীনো ? ইবেম্মা অমুক্তং বীণা থোঙ্‌দো। মেমা, ঈশৈ অমতা শক্‌উ। আ—হাহা-আহু, আহু—হা ঐগী কুললক্ষ্মী ! নং কদায় চৎখ্রবনো ? * কপ্পা

কৃষ্ণা। রাজাগী অবহাসি রানা খন্দুনা কাকা, পাবুংনা অমুম্ তৌবিরি-

* ভীমসিংহগী অঙাওব-অবস্থা সেক্সপীয়রগী লীয়রগী মপৌনি।

বসি করিবনো ? পাবুং, করিগু লৈতবা বিষয় অসিগীদমক্ অমুক্ হায়বিরিবা করিগীনো ? জীব মথৌসি যমগী মথা পোল্লি ; মসিদা হায়হনা করি কায়নি ? জীবসি কদৌতৌনগু মতম্ কুইনা লৈতে। ওসি শিক্রগা হয়েং মশিগনি। জাতীগী সম্মান রক্ষাগীদমক্ প্রাণ-দানদগী হেন্‌ব অচৈ করি পুণ্য কর্ম লৈরি ? আকাশদা মেঙনা-পুং লৈবা আহু ভাবিযু ? রাজসভী পদ্মিনীনা ঐবু কৌবিরি। মহাত্মা অসিগী মমাঙদা ঐঙোন্দা মঙদা উৎপিহুনা হায়বিরম্মী, "জাতীগী সম্মান রক্ষাগীদমক্ মশাগী প্রাণদান তৌবী যুবতীবু লুনা তৌবগী সীমা স্বর্গলোকতা লৈতে।" পাবুং, দাসী অসিদা জন্ম অসিমগী ওইনা বিদায় পীবিযু। অন্তকাল অসিদা ইমাগী চরণ অনিহু উবা ফংব্রেদো, মুঙাইতবা অসিমদি পুন্নিংদা লৈরেদো ! কপ্পা

বলে। হায়হৈদে, মেমা, ছি ! ন, অহুম হায়হেশিংদো চিন্দা পম্ব‌্দা ! নঙ্গী শক্রগী অন্তকাল লাক্লনু।

কৃষ্ণা। কাকা, বিধাতানা লাইবক্তা মৃত্যু ইবিদব জীব অমত্তা লৈতে। অহুবু পুন্নমক্কী ভাগ্যদা মৃত্যু ফিংচৎ পীবা ওইদে। পাম্বী কয়াবু মীনা কক্ক‌্না মৈ থাদোক্ই, অহুবু অমুক্ করি করিগুম পাম্বীগী উনা দেব মূর্ত্তি শানৈ। জাতি মান-রক্ষাগী অমদি মীগী উপকারগীদমক্ প্রাণ্ থাব মীবু মতম্ কুইনা নিংশিংনৈ।

বলে। . নং, ইবেম্মা, অহুম হায়দো অমুক্ হায়রমু। নংদি ঐখোয়গী

থীবনগী লৈজবপুবনি। নত্তোন্দগী হেক্সা রাজপার অমিনা পাম্মুনব্রা ?

কৃষ্ণা। কাকা, অহুম রাহৈদো চিন্দা পবিগনু। মহাক্না ঐবু অত্তাং ওইরিঙৈদগী প্রাণদৌনা হুংশিবি, অদুনা মহাক্না হৌজিক্ ঐগী অপরাধ পুম্নমক্ তাক্পিদুনা ঐত্তোন্দা বিদায় পীবিয়ু। পাবু, মহাক্তি নরপতিনি, বিধাতানা জীব লিশিং-লখা য়োক্লনবগীদমক্ মহাক্পু রাজপদদা হাপ্লিরে, অদুনা মখোয়গী অরা-মুত্তাইবা কাউবা মহাক্না করিমতা হোৎনদে। মহাক্না দাসী অসিদা জন্মসিগী ওইনা বিদায় পীবিয়ু। তুমিন্না লৈবিরিবা করিগীনো ? ঐনা করি অপরাধ তৌখ্রদুনা মহাক্না অমুক্ ঐত্তোন্দা ব্রা তাও্ বি-ক্রিবা ? ইপা ইবুঙো, মহাক্না য়াম্না চাব নচা নুপীদা হন্দক্তি অরোইব আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু, সংসার-যন্ত্রণা অসিদগী কোক্চদুনা স্বর্গপুরীদা চৎপা ঙমজগে। চরন্দা তুবা

রাজা। মসি নত্রা মানসিংহগী দূত ? কুত্তানি অমুক্ তৌরিবা, ঐবু কাগে হায়রিবা ?

কৃষ্ণা। হৌসৎলগা করিগীনো, ইপা ইবুঙো, ঐনা মহাক্কী কাদা করি অপরাধ তৌখরে ?

রাজা। করি অপরাধ ? ঐগী কাদা নম্থাক্ তৌবা ? চৎখরো, চখোক্খরো !

মন্ত্রী। কৈনোসিদে, সর্ব্বনাশ !

কৃষ্ণ। হা বিধাতা, ঐগী লাইবক্তা মসি অত্রবা ? মতম্ অসিদা থৈগানবু মমায় লৈখোক্পিখ্রবা ? কাকা, ঐন্না পাম্বুনা